

**Maru-Hunba :** .....
A collection of fifteen (15) Short-stories written by Beenapani Thokchom.



অহানবা ফোংবা — ২০০১

ফোংদোকপী — [illegible] লৌরেম্বম

কোপী মশীং — ১০০০

মখুম য়েকপা — বাও পেইন্টিং

মমল — লুপা ১০০.০০

টাইপ সেটিং ঃ
টেক্নো প্রেস, কোংবা

নম্ফম ঃ
ইবোয়াইমা প্রিন্টরর্স, লোক্রাওবুং, ইম্ফাল



# কংচরি

*ইবগী পম্বীদা পমজীং পমতাকপীরম্বা*

*ইবুং শরুবা শ্বর্গীয় শ্রী অরাম্বম সমরেন্দ্রদা*

*বীনাপানী থোকচোম*

# ৱাহৈ খরদং

অইবী অসি হান্নদগী মশক মুন্না খঙখি— ফিলম অমসুং লিলাদা থবায় য়াওবী নুপী অমা ওইনা। মদুদগী খর চংশিন্না ঙসি অমুক শকখঙলি ৱারিমচা ইবী অমা ওইনা। মরি ইরে লৈনে। মঙোন্দা মপুং ওইনা উরিবদি ক্রিয়েতিভ টেলেন্ট অসিনি। 'করিগুম্বা খর' ফোঙদোকনিংবগী ৱাখল অমদি অইবী অসিদা লোয়নরি। মণিপুরী সমাজগী ফিভম অসি অইবী নুপী অমা ওইনা মঙোন্দা লৈরিবা টেলেন্টশিং ফোঙদোরকপসি থম্মোয় শেংনা তরামনা ওকনিংই।

ৱারিমচা ১৫ না শাবা, লামায় ১৫০ পানবা লাইরিকনি। থিমশিং অসি ইয়ান য়াম্নরি— হৌজিক্কী মতমগী এক্সপরিএন্স ঙাক্তনি। করিগুম্বদা থম্মোয় লৈতানা চনিং তানা ফমদুনা মঙ মঙলুই। থংনবা মিকুপ্তা খুত্তা পায়রম্বা চাগী গ্লাস থাদোক্তুনা তথক-তথক মিপায়না য়েংলুই। য়াশিন্নবা মহাওশিংগী মরক্তা ঙসি ঐখোয়না হিংলি। মসিগী মশক অসি অইবীনা ওন-ওন্দুনা নিংথিনা ফোঙদোকলি। অদুবু অইবীগী চেংনা পায়শিন্দুনা থম্বা পোৎশক খরদি অপাবশিংনা তশেং তশেংনা উই। নুপা-নুপীগী ওইনজবা মশক্তা, মীওইবগী থম্মোয়গী মচু লাংলবা শৈশক্তা, লোয়ালমগী তপ্পা হুম্বা পুন্সিগী শৈরোলদা, নুপী ওইবীগী চৈথেং ফংলবা পুন্সিগী তাম্বাদা, অইবীগী হৈ-শিংবা খুৎ উবা ফংই। ৱারিমচাদা খুৎ থারিবা কলমদা অপাবশিংনা থেংনরিবসি পুক্নিং থৌগৎনিংঙায়নি।

টেক্নিক্কী মরমদা অযাম্বনা কন্না ঙাংনৈ। মখল মখলগী টেক্নিক কয়া অপাবশিংনা ঙসিগী সাহিত্যদা থেংনরি। অইবা অমগা অমগসু মান্নবা লৈতে। ইশা-ইশানা পাম্বা মওংদা কেজববু কনানা নোক্নরুগদগে ? অইবী অসিগী তোপ-তোপ্পা টেলেন্ট অমসুং টেক্নিক লৈজে। পাবদা নুংঙায়বা, ফোঙদোকপদা তরু তকবা, লোলগী খুর্জি পায়বা ঙম্বা, অহৌবা অমসুং অরোইবদা মিৎ-না শিংহনবা ঙম্বা, মসিদগী হেন্না অইবী অমদগী করিবু পাল্লিবগে ?

লোংজম জয়চন্দ্র
দিরেক্তর
জেঃ এনঃ মণিপুর দান্স একাদমি, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

লাইরিক অসে থৌদোক-ৱাথোক মচাশিংগী ইবা লাইরিক ওইনা খনবসু য়াই, অদু নত্রগা থম্মোয়দা ফাওরকপা মতম কুইনা ফুমদুনা থল্লকপা মলোম কয়া ফোংদোকপা ৱারি মচাশিঙনি হায়বসু য়াই। ঐগীদি পংইদা ইখিবনি। খুন্দা লৈতাদবা চরাংনবনা হাকমল্লবা মতমসিদা ঐনা ইহান হান্না "মরু হুনবা" হায়বা ৱারী অসি ইখিবনি। থৌদোক ৱাথোক ময়াম অমা মীৎনা উরকই, নাকোংসিনসু তারকই। ঐহাক মথং মথং ইথবগী ৱাখল লাকই। য়ুমদা লৈবসু, লম্বী শেরোক্তা চৎপসু, মীগী দেব কর্ম্ম য়াওবদসু, লৈতাহন্দ্রবা নুংঙাইফম খংদ্রবা পুন্সিশিং অসিনা ঙাংনরিবা, লাওনরিবা, কপনরিবশিং অসে উরগা, অচুম্বসু, অরানবসু খেৎনবা লৈতনা ইমান মান্ননা লৈখিবগুম ফাওরকই। ইতোমতা হংজে করিনো তৌরিবসিবো ? লুশিল্লকলিবদি অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা ইনিংলক্লিবসিনি।

ঐহাক অথৌবশিংগী নিংশিং থৌরম কয়া শরুক য়াখ্রে। লৈ কৎলুই, কেন্দল কৎলুই, তৌফম থোকপা ইথৌ অমা পাংথোক্লুবনি, হৌখ্রবা ইতিহাসকী ৱারী ওইনা অদুম থম্মী। খেন্নরীবদি ফোং ফোং শানা ফংলিবা চৈথেংশিং অসে খাঙবদা অসুক্কী মতিক ৱাই। তিঙ্খং নত্রগা মৈরী মথক্তা হিপ্পগা চপ মান্নে। মমি খরদি অঙৌবা চেবাং মথক্তা তাহৌবসু ফৈ খল্লী।

ইমা পোক্লফম লমদম অসি ঐগী ইমা অপোকপিদুগা চাংদমনিংই। ইমানা থুপ্পমদাইদা ঐনা তৌফম খংদনা ফম্মাংদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎখিবদো,

চিতাগী পোৎ-চৈদি অসুম অসুম লাংশিল্লকই, ঐ তৌফম খংখিদে। ইমাসে লোইখিদৌরে খনখী। চপ মান্নবা ৱারে অসিগুম্বা মতমসিদা থম্মোয়সে

হে ইমা মণিপুর
নঙবু লোইগদৌরবরা ?
ঙাওন ফৈনা শান্নজরকপনি নতম্পাক্তা নচানা।
শোনবনা করিসু তৌবা ঙমদ্রে ইমা নঙগীদমক
পাংদ্রবা ৱাহৈ পরেংসিমতংদি ইরমগে,
অচুম্বনা জয় ওইদুনা,
খুন্দা লৈতাবা লমদম অমা ওইসনু।

লাইরিক অসি ইবদা রাজেন মীতৈ অমদি সংগীতাগনা য়াম্না চাওবা মতেং পাংই। ঐনা চোয়রোলদৌনা পংঙাংদা ঙাংলগা সংগীতানা য়াম্না খুৎলৈ থুনা ইশিনবিবনি। চরিত্রগী মতাংদা রাজেন্না মশাগী ওইবা য়ানিংবা য়ানিংদবা ফোংদোক্লুনা খন্ন-নৈনৈ। মখোয় অনিদা ঐগী চাওরবা লমন তোঙ্গবগা, লোইননা হন্না হন্না থাগৎলি। লাইরিক অসি ফোংবদা ঐগী ইনাও নুপী মেরী অমসুং নোরেননা য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং লৌবিখীবগীদমকসু থাগৎচরী।

ওঝা লাইশ্রম জয়চন্দ্রনা মশাগী অচিনবা মতম কাইথোকপিদুনা লাইরিক অসিবু পাবিদুনা ৱাহৈ খরদং ইবিরকপবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

বীনাপানী

# য়াওফম তাকপা

লামায়

# অনৌবা লৈকোন্দা অরিবা লৈরাং

চীনখ্রবা বস অদুগী মমাংগী সিটতা ফল্লিবী নয়নিবু চাওতোন্না য়েংলি। নয়নিনদি উপোৎ নত্তে। মাদি মমাংলোমদা চুমদ্রিং য়েংলি। বস অদুনা লেংবদা নয়নিগী মকোক অদু হায়দোক-হায়জীন তৌই। চাওতোন্না তান্ন-তান্নদুনা য়েংই। চাওতোনদি সিটতসু ফমদে, লেপলিবনি। বস অদো চীনবনসু মওং অমনি। চাওতোন্দি চিনবগা খংদে নয়নিবু যেংননবা হোৎনবদা। উদ-উরক্ত্রবদি মমাংদা লেপ্পা মীগী মরেংবান ইম্বোক্তুনা য়েংনবা হোৎনৈ। বস অদুনদি কন্না চেনবনিনা মমাংদা লেপ্লিবশিংনা লেং-ওৎপদা অমুক অমুক উবা ফংদে। চৎন-চৎনা চাওতোন্না অমুক খল্লি- "করিগী অসুকয়েংনিংলিবনো মীগী ওইখ্রবী অসিবো।" গাড়ীনা লেপ্তুনা চেনবনিনা মাগী মাগী লমথুংফমদা কুমথনখিবগা চাওতোন মমাংলোমদ খজিক খজিক চংশিল্লকই। নয়নীগী মনাক য়ৌগদৌরে। কৌসিরা কৌগুমসিবা খল্লি। মীহুন তিং-তিং চোংই। মথন্ত খল্লি, কৌবদি করিসু কাইদেনা । খর চংশিল্লগা তুংলোমদগী কৌই-

"নয়নি।"

"হৈমা! তা- চাওতোন্নিনে, কদোমদগীনো ?" লৈথোক্লগা য়েংলকই ।

"নঙবু নুংঙাইরিবরা ?"

"নুংঙাইতেদা" হায়রগা মমাই লুকথদুনা লৈ ।

মখোয় অনি মখা তানখিদ্রে। গাড়ীনা কন্না চেনবগী মখোলনে মরক্কুদা গাড়ীগী কন্দক্তরনা ইম্ফাল য়ৌরে ভারা পীয়ু হায়ররে। নয়নিনা মাগী বেগ মচা অদু হাংদোক্লগা ভারা পীখি। চাওতোন্না নয়নিগী ভারা অদু পীনিংলম্বনি অদুবু নংহৌদ্রে। কৈশামপাৎ পার্কিং য়ৌরে। কুমথরমদাইদা চাওতোন্না হায়রম্মী-

"ঐ মখারোমদা লৌ অমা লৈবা চৎলুবনি, হয়েংসু চৎকনি।"

নয়নি করিমত্তা খুমদে। চুমদ্রিং চৎখি। শমু মখোংদগী য়োননবা লৈবাক হব্রাই,মঙ্গল চনা অঙৌবা খরদং লৈদুনা হনখ্রে। তা চাওতোন্দু ওম্ভোক্লা থাজদনা উন্নখ্রেদা খল্লি মবুক্লিংদা। নোংমা নিনিসে নয়নি পোৎ য়োনবদা খোইজংদে, খোইরাংই, পোৎফম ঙস্তা লোয়শিল্লি। নয়নিখোয়গী য়ুমসে কৈথেল ময়াদনি। ইনাক কৈরাক খুনবা মচানি। খুঙ্গং ওইজরবসু চান্ন থক্লবা ব্রাত্তে। মচা-মব্রা লৈজদবগী মীরক তিনবা নুঙাইনবা পোৎফম মচা অমা ফমজবনি। পোৎফম ফম্না-ফম্না নীংশিংলকই, চাওতোন্দা ময়ুম পানবা মতমদা পাঞ্জিনা হায়খিবা- "অঙাং অনিসে লৈপুন্নি, কাইনরোই।"

পোৎফম লোয়শিন্দুনা নয়নি ময়ুমদা চঙ্লক্লে। ঈশিং শোকপা ওইনা শনাবুন পাইরগা লাই পুখ্রী অচৌবা তম্না লাকই। অঙাং মচাদৌনা ঈশিংদি শোক্তনা থোংগ্রাদা ফমদুনা লৈথোকই। মমাংঙৈদা থোকখিবা থৌদোক নীংশিংলকই।

◆◆◆◆ ◆◆◆◆ ◆◆◆◆

"হৌজিক-হোরেলগী চাননবা চেং ফাওবা লৈতবা ইমুং অসিদা নঙনা লৈগদৌরিবা! ইম্ফাল নুপাদা নয়ুম পানব্রা হায়ববু চারা হেনদনা শিজনি ।"

"মীবু সুম লাইরদনা লৈগদরো ?"

"অপংবী নংনা খংপোৎ নত্তে।"

হায়রগা নয়নিবু মমানা শোরো শোরো চীংই। নয়নিনা কাংথোন মখোংদা পাইদুনা খাংই।

"ঐ চৎলোয়, সুংচৎ চৎলোয়। য়ুম পানববু ফাগীদৌনা।"

নুপা ময়ুমগী মীনা নয়নিগী মমাদা খুরুম্মী –

"ঝারৌবীগনু ঐখোয়না লানবা ঙাক্তনি। নুপা মচা অসে থবক ইনখাং শুরগা য়ুম পান্নবা হোৎনহনগনি। লৌয়াম চাদবা চেংগৈ-ফৌগৈ খিন্দবা মীসু ইম্ফালদদি অদুম হিংবা ঙম্মী।"

ঝাহৈগী লান ফন কন্না শোক্লরবা মতুং ফাওবা ময়াদ্রবদা মচানুপীদা শাপ তৌই- "নংনে ঐনা চাক্লিবা মৈচাকসে ফংবা ওইয়ুকো।"- হায়রম্লগা চৎখ্রে।

নয়নী তৌফম খংদনা নুংঙাইতনা লৈহৌরে। চাওতোন্না থঝাই ঝানা চংলক্লগা- "নখোয়গী ইমানা হায়বদু ইনখ্রগদরা খনবদা থঝাই অসে ওছোক্লা পাখৎলুরে। অস ! ইমাগী মতৌদো ওছোক্লা শাথি।"

"মাগী হৈনবীনি, করিসু খল্লুনু।"

"ফরে, অদুদি করি চানিংঙি ? নঙনা কৈনোমা চাবদু য়েংলগা থঝাই মচাসি অমুক্তং ইংথগে।"

"শিংজু-বোরা।"

লুহোংবগী নুমীদাং অদু ফিরুক খুমজিন্দুনা নয়নি ফম্মুং মথক্তা ফমদুনা লৈরম্মী। চাওতোন্না চঙশিল্লগা কোকখুম ফী থজিক্তং হায়দোক্কে

হোৎনরুই। নয়নিদু ইকাইরপ তৌনা চাওতোনগী খুৎতু ইয়োকই। নয়নীবু নুংশিবগী লিংজেল পুম্নমক পুথোক্নুনা অরোইবা ওইনা কোকখুম ফী অদো নমদুনা হায়দোকই অদুগা য়েৎথংবা খজাইদা নাল্লগা তপ্পা হায়রকই –

"নপী ইরা চেল্লিবদু করিগীনো ?"

"কপ্লিংলকই।"

'করিগী কপ্লিংলিবনো ?"

"খংদে।"



ভাব তারকপদা নয়নি মথন্তা থোংগ্রাদা ফন্নম্মী। পানখৎলকপা থাজগী মণ্ডালনা অতিয়াসু পুমণ্ডাল ঙাল্লমলে। নয়নি তপ্পা হৌগৎলগা ঈশিং শোক্নুনা চঙলকই। মবুংগী য়ুমদগী তপথবা কা অদুদা করিমত্তা লৈতে। ফমুং অমা, পোৎ য়োন্নবা অমনবা লুকমাই মচাদুমা, মল্লবা ব্লেক এন্দ ব্রাইটকী মশামক্কী মীংশেল চনবা ফোটো অমা। ফোটো অদো চাওতোনগা খংনরকপা মতমদা নমখিবনি। ইনখৎলকপা মতমগী চহী ১৫ শুরকপা মতম অদুব্রাইগীনি। ঙসিদি থাবল ফরবা নুমিদাং অসিদা ফোটো অদো য়াম্না ময়েক শেংই। নয়নিনা থোং লোনশিল্লে। নুমীদাংগী চাক চাদনা ফমুং চংখি। মথং মথং ব্রাখল খনবা হৌই। শীন্নখিবা শরৌ করিসু কান্নদবদা, মতম অমদা ইনাক খুনবী ওইরম্বী নয়নি লাইরবী অমুক ওইরে। মমাগা মপাগা লৈরিঙৈদা শঙ্গোয়সু, সুমাংসু, মাঙ্গোলসু ফৌগী ফৌ ঙাক্তা হোনজিন্নগী লোইবা নাইদে। লৌয়াম চাবা ইমুংদা পোকপী নয়নি হৌজিক্তি চহি অমদা চানবা ফৌ বোরা অহুম মবুংশিংনা খায়নদুনা পী।

নয়নিসু ফমনখ্রে খল্লি। পোৎফম মচা অমা ফমবদুনা উকল ওই, খনবা হৌখ্রবনিনা ব্রাখলসু মখা চখ্ররকই।

◆◆◆◆ ◆◆◆◆ ◆◆◆◆

লুহোংবা থা ফাগ্রবা মতুংদা নয়নিগী মনাক্তা নুপী অমা লাকই।

"পাও অমা তমগে হায়দুনা মোইরাংদগী য়াম্না ব্রানা লাকপনি নখোয়গী নমাদো য়াম্না কন্না নারে। শীখি নাখিবা থোক্লবদি নীঙমহৌরোই, অমুক্তং চৎলুচো।"

নয়নি পাখৎলি অমুক্তং চৎলুগে খল্লি চাওতোন্নসু য়াই।

"হৈ-রা ফজ-ফজবা খর য়াম্না পুরগা চৎলু নয়নি।"

নয়নিনা মপাম চৎখিবদো গাড়ী মখোং ফাওবা থীন্দোকপী।

"নকোক ঙাও-লাক্কনি, চুমদ্রিং য়েংদুনা চৎলুকো। থেংনা লৈরক্কনু, মতুংদা অমুক চৎপসু য়াই।" মনাক্তা চংশিন্দুনা হায়- "নঙ য়াওদনা ঐ করম্না লৈহৌদোইনো খঙদে"- হায়রগা নোকই।

"অদুগুম্বা চোয়বোলদো হৌরকঅনু মীগী মমাংসিদা, ঐ থুনা লাক্কনি।" গাড়ী থৌখ্রে।

চাওতোন্না মমীৎনা হেক উরিমখৈ য়েংদুনা লৈহৌই। অদুবু নুমীৎ অদুদগী নযনিদি হল্লকখিদ্রে। চাওতোন্না ঙাইখি - মানা শেৎখিবা ফনেক অঙাংবা, ইনখিবা ইন্নফীগী মচু নিংশিং-নিংশিংনা - মপামদগী পোৎযোম অচৌবা অমা পুবগা নোকফেৎ নোকফেৎ লাক্কদৌবোই খল্লি। মথংগী নুমীত্তা মী অমা থাবকখি - "নযনিদো মবিনি মঙানি লাকখিরোই। মমাগী সেবা তৌহৌবি।"

চাওতোন্না হংই- "ঐবু লাকউ হায়ব্রা ?"

শোমদনা নয়নি কপ্লি মমাগা খৎনরি ।

"কন্না নাবসু নত্তনা নংখোয়না ঐঙোন্দা মীনন্নিবা করিগীনো ?"

নয়নি মথনতা তুমিন্না চৎখিগে তৌই। গাড়ীদগী চীংথরে। লৈকাই কুম্মে ওইনরে ।

"নুপানি হায়দুনা মৌ অনৌবী লাকপবু ফী অহনবা অমা ফাওবা ইলহল্লক্তবা, মচা মসু য়াওদ্রিঙৈদা কাইনবনা ফরনি।"

মতম খব লৈরগা চাওতোন্না নয়নিদগী পাও অমা ফংই -

"অয়ুক নুংথিলদদি থোক্লকপা য়াদরে। নুমীদাং অথেংবদা চেল্লক্রে, খর লৌবীররো লাও।"

চাওতোনসু ইপং পংনা অদুম লাকই । অমম্বদা থোংগান্দা ফল্লিঙৈদা হুরানবনি হায়দুনা ময়াম্না ফুগদবগী তান্নে। অদুগী মতুংদদি চাওতোন অমুক হন্না চৎখিদ্রে। মানা খল্লি-

"মথন্তা লাকচবা য়াবনি, লাক্লিংদদুনা লাকত্রিবনি ।"

নয়নিসু খল্লি- "নুপা ওইবনবু লাক্কে হায়রবদি দেশা উপায় তৌদুনা লাক্কদবনি, ঐবু কাওখ্রবা জাৎলা খংদে ।"

অহিং কয়া মাগী ব্রাখলদা তুমখিদ্রবনি ঙসিসু অমুকহৌগদৌরে।

◆◆◆◆ ◆◆◆◆ ◆◆◆◆

নুংতি নুমীৎ খুদিংগী তৌবগুম ঙসিসু পোৎফমগী পোৎ থারে। বস মথক্তগী চাওতোন্না ছাতিন অমা পায়রগা কুমথরকপদু নয়নিনা উই।

"হৈম্মা তা চাওতোনসে শোমদা লাকএনে, কমদৌনিসিদি !"



চাওতোন্না নয়নিগী পোৎফম তম্না পরপ পরপ চংশিল্লকই। পানা মতপ অমা চারগা চৎখি। ব্রারী থোইদোকপা শারমদে। হল্লকপদসু পোৎ অমা লৈরগা হনখি। নোংমা নিনি হৌখি, নুমিৎ ১০ নি ২০ নি কান্নরগা অদুম লাকই নয়নিনা ব্রা হৌদোকই-

"তা চাওতোন, ঐ যুম পাল্লুরে ।"

"ঐ লোয়না খংলে তুমিন লৈয়ু। ঐনা লোয়না তারগা লাকইবনি। ঐবু নংনা হান্নগুম অপংবা চাওতোন্দো অদুগুম্না খনগনু। নংনা চৎখ্রবা মতুংদা ঐসু ঙাওদুনা কদাই কদাই য়ৌরুরে। মীরমদা লৈরুরে। ইচানুপা অহুম লৈ। হৌজিক্তি পৈশাসু য়াম্না লৈরে, লৌসু লৈরে। নংগী লাইবক থিবগী পাওসু খংলে ঐদি হৌজিক নঙোন্দা ব্রারৌদ্রে। লাইবক্লনি খন্দোক্লে উন্নরিবসিসু লাইবক্লনি। ঐগী নুপীদো খাসী নীঙোলনি। মহাকসু লৈখিদ্রে। নংগী লেংগানি। ইচানুপা অহুমদো অরাপ্পা লমদা থবক লোয়না তৌরে। শেল য়াম্না থোকই অমনা বোম্বেদা, অনী অমনা হোং-কোংদা লৈ। ঐসু মখোয়না পুবীদুনা চৎলুরে। ওম্বোক্লা ফজখ্রবা লমনি। মপান থোক্ত্রবদি মীসে হৈবোং মনুংগী তীলগা চপ মান্নবা জাৎনি। ঐখোয়না নহান মখৈ পংবদগী পুন্সিবু কান্নদবা থৌরী কয়ানা কোইশিল্লগা পংব্রাদা ব্রাদুনা লৈরম্মী। মী অমত্তা মীখা পোন্না পোক্লক্তে, ইশানা ইশাবু নীংতমহনজগদবনি। ঙসিগীদি চৎলগে ব্রাবী কোন্না লীরগে, লীগদবা ব্রারী য়াম্না লৈরী।"

চাওতোন চৎখি। নয়নি পুংঙক ঙকতুনা লৈহৌই। অপেনবা থম্মোয় অমনা মাগী চাওতোনবু হন্না হন্না থাগৎলি মপুক্লিংদা। তোয়না তোয়না লাকহন্নিংই। লংজখিবা মরাল পুম্নমক কোকপীয়ু হায়জনিংঙি।

নোংমা নিনি লৈরগা চাওতোন অমুকসু লাকই। হন্দক্তি খাও অচৌবা অমা পুরকই। নয়নিগীনি হায়দুনা ইন্নবা, শেৎনবা ফী মচু মচু য়াম্না পুরকই। নয়নিনা হায়-

"অয়াকপা মচু ঙাক্তা লৈরকপা, শীবু ঐনা শেংলু হায়রিবরো হনুরকানসিদা।"

চাওতোন্না হায়-

"নংবু চহি কয়া শুরবগে?"

"তরামঙাদা কুনমঙা হাপচিল্লো, নিফু শুরবনে।"

"চহি নিফু শুববো হনুবরনে ? আ ! কোংবদদি চহি ৪০গী লৈশাবীঙাক্তা লৈহৌই। ইচা নুপা অহলদু চিঠি অমা পীরকই। মরোলদু খংনিংব্রা?"

"খংনিংঙী।"

চাওতান্না চিঠি পুথোক্লুনা পাই-

"ইমা অহনগা বাবাগা উনরে তাবদা য়াম্না নুংঙাইরে। বাবা হকচাং ফন পুন্সি নুংশাংনা হিংলনি খনবদা নুংঙাইরে। ঐহাকসু জুলেখাগা লোয়ননা লুহোংলগে। বাবানা হায়রকপা জাৎ বীজাৎ থীদে হিন্দু ওইরবসু পাঙল ওইরবসু নংনা নংনা অপাম্বা নুংশিবা থুংনজৌ হায়বদো য়াম্না নুঙাইরে। ঐগী লুহোংবদা বাবাগা, ইমাগা পুন্না লাকউ। বাবানা লৌ লৈনিংঙী হায়বদো লৈনীংলিবমখৈ লৈয়ু। পৈশা থারক্কে। চিঠি লোয়জরগে.

*বাবাগী নুংশিবা নচানুপা*

প্রেম

*(হোংকোং)*

নয়নিনা হায়-

"ইমাই পেম্মা ঙকচরেদা লুহোংগদৌরিবী অদুবু পাঙল নীঙোলনি হায়বা নত্রো?"

"অনম য়াম্না কল্লি ইচানুপাদো, মখোয় অনি নুংশিনবনি হায়, লুহোংদবা য়াররোই।"

"অদুবুদি মপাগী মচানিদনা।"

"নংবু চৎনিংব্রা?"

"চৎনিংইবু। হৌজিক্তি লবায়-ইম্ফাল চপ মান্নরে। ইমা লৈখিদ্রবা মতুংদা ইমুং মনুংদা অহোংবা কয়া লাকএ। নংগী ৱারীসি ঐনা ইমৌনুপী, লৈশাবীশিংদা তমলুরে। মখোয়দি গ্যান লোয়না তারে। মমাংঙৈগী মতমদা খন্নরম্বা ৱাখল্লোন অদু হৌজিক্তি হোংদোক্লে। নুংবু নুংশিনরবদি, থাজনববু লৈরবদি, নুপী নুপাগী লৈপুন শেম্বদা অকায়বা লৈতে। ইবুংশিং-ঈনম্মশিংদা অনৌবা ৱাখলসে মখোয়না ভাব তাহনগনি হায়বনি। ইবুংনা পোকপা ইমৌ নুপী অহলদ্ ইম্ফালগী দি: এম: কলেজদা তমলি। মানা হায়বদি নুঙায়খ্রজাৎনি, ঐখোয় অনিগী ৱারীসি লাইরিক ওইনবু ফোংবীগে হায়রি।"

"লাইরিক ওইনবু ফোংবীগে হায়রবদি য়াম্না ফবা ৱানি।"

"অদুম হায়না তৌদৌ ওইরদি ঐদি পোৎফমকাসি ফম্বা ঙমজরোই।" নয়নী তপ্না তপ্না মপোৎ লোয়শিল্লি।

— — —

# কাংশী মখোল

কাং কাং কাং... কাং কাং কাং

কাং কাং কাং .......!

খুটি পোষ্টা য়ৈরকপা মখোলনা পুমনিল নিল্লি।

"হায় অঙাংশা তত্রা, খুতি পোষ্ট খিংলক্লে, মৈনমদি ? মৈখেতু খর খেৎলকঙা হো ...মখারোমগী ইচে... ইচেহল পোষ্ট খীংলে তত্রা !"

"হো তারে, তারে। মাইকৈ কদোমদনো ?"

"মাইকৈ খংদে থোক্লগা খংগনি। থোক্লকউ লাকও, কাংশি খিংলিবসে কনামত্তা তাদ্রবরা খংদে ? থরোম্না, নমা হৌদোকউ। নখোয় ঙাইবা ঙমদ্রে, ঐদি থোক্লমলগে।"

হোবে-হোবে থোকখিবদু উরগা মচানুপাদুনা হায়হৌই-"ইমা কদায়দনো, নশা ঙমদে হায়বদাই। নুমিদাংসিদা কদায়দনো থোকখিনু।"

"থোক্লনি নখোয়না খংপোৎ নত্তে, ৱাঃ য়াম্না ঙাংগনু, লৈকাই ৱারেপ তান্নখ্রবনি, খীংবা তাবগা থোক্তবা য়াপোৎ নত্তে।"

কাং... কাং ... কাং....কাং...কাং...

তোম্বীনা হাথু-হাথু চেঙ্খোকপদু উবদা মৌপৱানা করেমনরকই-

"কোক কায়দনবা ফিদু চাওনা য়েংশিল্লু।"

"নহানবাই নুং মচা অমা অনি অদুক থোম্লকপগী ৱানি হৌজিক্তি নুংনা থোমলকপা কাইয়ে মৈরা-পাইবী উবদা মরাল লৈবা মখৈ হৌ-হৌদুনা চেল্লিবনি।"

ঙাংনা ঙাংনা থোকপদা নত্তে, মৈনমগী মখোক্তুনা লৈরম-লৈরম্বা পোষ্টা মরম খংদনা পংখীংদা থীংদুনা থোকখী তোম্বীসু।

মনীং লৈকায়গী শখীদো থবক লোয়না লোয়শিল্লগা তুমগে তৌরম্বনি। কাংশি মখোল তাবদা ফমুংদগী ফন চোংথরকই। মাগী নুপানা লাওরকই-"নঙ থোকখীনু ঐনা হায়রিসিনি, ঐবু ফত্তে হায়জনু হয়েং অঙাং লংফৈ চৎকদৌরিবসে ঙম্ভানা হৌগৎনবা, তুম্মুরো।"

"থোক্তবা য়াপোৎ নত্তে। কুইদ্রবসু ঙাইহাক্তং থোক্লুগে। করিগুম্বা অমা শোয়দনা থোকঅম্মনি।"

"হৌজিক মতমদা নুমীৎ চুপ্পগী থৌদোক অমা নত্রগা অমা থোক্তুনা লৈরবসিদা, নুপী নখোয়না করি তৌগদৌরিবনো? নখোয়না করি তৌববু ঙমগদৌরিবনো?

"নুপী ময়ামগী অপুনবা পাঙ্গলনি মৈরা পাইবীসে। লৈকায়সিদা য়ু ঙাওবা য়াম্না লৈরম্বদো হৌজিক্তি মশিং য়াম্না হম্ভরবনি। নুপাদুনা মখা তারকই-"মৈরা পায়বী নখোয়না মীনা য়ু থক্লগা কোয়তান তান্নরগা ফারিবদুবু করিগীনো?"

"য়ু খংদে, ফোর খংদে, নীশা শিজিন্নবমখৈ ফাশি হায়দুনা ফারিবনি। লৈকায়গী নুপীমখৈ অমত্তা চীখর্বা য়াবা পোৎ নত্তে। ঙাইহাক্তং থোক্লুগে, কাংশী য়ৈরীবসিগী মরম থোক্লগা খংগনি।"



ফীয়ান্দা য়াল্লম্বা ফী অমা তাপ পায়রগা শখী থোকখী। শখীনা থোরকপদা মনাও নুপানা চেষ্থোরক্নুনা হায়

- "ইতেমা ঐ হয়েং চৎলগনি হায়না মখোয়গী মনেদুদা পাও খর হায়বীরম্মু।"

- "হায়দ্রবসু য়ারে ইবুঙো, মখোংনা থোংনা লাক্লম্লবনি, নঙনা চৎথোকখ্রিঙেদা।"

মৈনমগা মৈনমগা নুপী চনী চহুম শড়ক্তা তিল্লরে, "করিগী কাংশী য়েবনো, করি তৌরে"অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা হংনৈ। শড়কী মতায়রোমদা নুপী মচা অমা তুদুনা লৈরিবদু নুপী খরনা কোইশিন্দুনা য়েংই। "কমদৌনি, কমদৌনি" অমগা অমগা ঙাংনৈ। খর অমনা হৌগত্তুনা থোকখ্রগা কাংশীদ পংয়েদ য়ৈ। কাং...কাং... কাং... কাং... কাং... কাং... কাং... কাং... চেষ্থোরকপগী লোয়বা নাইদে, নুপীগী নুপীঙাক্তা শড়ক্তু পীক থল্লে। ইকোন কোন্না লাকপা হনুবিদুদি মরম সুকখং খংদ্রি। মানা সিফাই গাড়ী লাকপদি উরে অঙাং নহারোল ফাদুনা পুরিবোয় নিংলুরমানে।

"নাশা থৎশি নখুৎ শমনৌ।"

অমগা অমগা মখুৎ শম্নদুনা লেপখি। গাড়ী ব্রেক ফাখী। আসাম রাইফলসগী গাড়ীনি। মাংদা তোংবা জে:সি: ও: অদুনা হংঙি -"ক্যা হৈ" ?

নুপী ময়াম ওমশিন্দুনা গাড়ী মনুংদা মুন্না য়েংই।

"য়াওদে, য়াওদে থাদোকপীখ্রো।

"নমাই থকখ্রে নখোয়সিমা! মী চুম্না চৎচ্চবনি নখোয়না থৎলুরিবা করিগীনো"?

"য়েংদবা য়াব্রো, মখোয় সিফাইশিংশিনা ককব্রাদগী অঙাং অমা পুখ্রগা মাংখ্রে হায়রম্লগা মমৈথংদা শিখ্রে হায়নরিবদুদি। ঈচা পাখংশিংশিবু হিংফা-হিংফা ফারগা হাৎতোকপা; সিগুম্বা থবকশিং অসিদগী কল্লগে হায়বগীদমক মৈরা পাইবী ঐখোয় থোক্ললিবনি।"

"কাংশি খিংলিবসিবু করিগীনো? মরম অমদি শোইদনা লৈরমগনি।" মরম খংদ্রিবাশিংগী মরক্তা শখীসু য়াওরি। লাংতক্লনা হায়-

"ঐসু হয়েং ইনাওনুপাদো লংফে চৎকদৌরিবনি। মরমদুদা খঙলগা চংখ্রগে তৌবনি।"

তঙ্গা অদুদা ময়ামগী লুচিংবী অহল অমনা লাওরকই-

"লৈবাকমচাশা, থোকচোম লৈকাইগী ইমা ইবেল, ইচিল ইনাল পুম্নমক্তা ওসি কাংশি খিংলিবগী মরম হায়জগে। মীরোনবী নুপী অমা মশকসু খংদে। মফম অসিদা তুদুনা লৈরম্লে। মশাসু কুম-থা শুরে। মশকসে উবদা চীংগী নীঙোলসু মাল্লি। লৈফমসু খংদে। মাগী মতাং অসি ঐখোয় ময়াম্না দেশা উপায় তৌদূনা মমায় মমীৎ পাংহনসি হায়দুনা ওসি ঐনা কাংশি খিংবনি।

কাংশি খিংবগী মরম মহৈ মহৈ লোইনা খংনরে। ময়াম লাংঙম্বদো খরদি ইংথরে হায়ববু অনৌবা লাকপশিংদি করিমত্তা খংদ্রি। হংবগী লোইবা খম্বা নাইদে। অমনা অমদা পংহংদা হংঙি। নৌনা থোক্লকপা নুপী য়াওরী। মখোয়দি মরম করিমত্তা খংদ্রি। পুং ১১:৩০ হেনখ্রে। তঙ্গাদুদা সাইকল থৌবা য়ু ঙাওবা অনিখক হায়রং তুরং লাকই। লৈরম্লিবা মৈরা ময়ামদু উবদা মমায় লৈদুনা চেনগে তৌই। মমায় লৈবদা অনিমক

তুশিল্লি। সাইকল হুন্দোক্লল্লগা মখোংনা চেনগে তৌই।

- " য়ু ঙাওবানি, য়ু ঙাওবনি, ফারো ফারো।"

ময়াম চংদুনা লাওশিল্লি। মখোয় অনি চেনফম খংদ্রে। নুপী ময়াম্না চৈরকই।

- " অসুক থেংলবা অহিংসিদা নয়ুম নয়ুমদা তুমিন্না লৈগে হায়দ্রগা সরক্তা হায়রং তুরং চৎলিবা করিগীনো? কদাইদগী থক্লুই, য়ু য়োনফম তাকউ। ময়াম চংদুনা ময়ুম মৈ থাদোক্কে। নখোয় অসিগুম্বনে ফাগে হায়বগীদমক্তা ঐখোয় অহিং তুমদ্রিবনি।"

অহল অমনা হায়-

- "ইবুংঙো অনিমক, মৈরা পায়বী, নিশা বন্দ ঐখোয়বু উশিত্তদনা য়ু থক্লবনিনা দন্দি ফংবা তারে, অহিং অমা লোকপ্তা লৈরুরো।"

" ইমা য়ু থকচদে।"- য়ু ঙাওবা অমনা মখুৎ লোন্নদুনা হায়।

-" য়ু থক্তবা নংনা করিগী নিশা বন্দ উরগা চেল্লি? য়ারোই য়ারোই, মনমসিনা কদায়দগী?"

- " য়ু থক্লবা পৈশাদুনা ঙা লৈরগা ইমুং-মনুংগা হাওনা চামিন্নবদি কৈদৌই।"

মানা মানা থোকপা চৈরকই। য়ু ঙাওবা অনিদু খুমদে তুমিন্না লৈ। অমনা অমুক চৈরকই-

-" হোরেল হনখ্রগা নুপী-অঙাংদা অমুক ওৎলুগদৌরিবনিনে, ঙসি নোংমদি লোকপ্তা লৈরো।"

নাকল্লোমদগী লাওবা হৌরকই-

-"য়ু ঙাওবা ফারে, য়ু থকপা ফারে।"

ময়াম মরক্তগী অহল ওইরবী অমনা হায়রকই-

"ঙসিদি মখোয় অনিদু থাদোকখ্রো, অরুবা থবক অমা লৈরে।"

অমনা খুম্মী-

"কদাইদগী য়াগদগে, নখোয়না অদুম্না মীয়ামগী থবক্তা মীচং মীখাই নাইরক্কনু। থাদোকপা য়াদে। ঙরাংতা ইমুং অমত্তদা লৈবা ইনাওনুপানা য়ু থকপদি ময়াম চংশিন্দুনা ফাবগা পুনবগা ঐগী ইম্নাইসু য়েংবীদে। ইনাওনুপাদুনা কয়াম শাওই।"

"ফরে, অদুদি থানাদা পুরসি।"

শোমগী কাচিন্দনা নুপীমচাদুনা মরোল থোক্তবীনি হায়বা তাক্লনবা মখুৎ মশানা ইঙ্গিৎ তৌই। অহল খর ওইবীদুনা হায়-

"মলোলসু থোক্তমাল্লে।" চংশিন্দুনা য়েংই-

"ইচাশা, ইনাওশা য়াম্না লুবা তাঞ্জানি, নুপী অসে ঈশিং ইব্রা কাইরবা মাল্লে।"

মওং অদু উরগা শখীনা ইপা পাখৎনা হায়রকই -

-"ময়াম পুম্নমক নুপী অসে ঐখোয়দা পুশিল্লসে। ঐখোয়গী মমাং শঙ্গোয়গী কা অহাংবদুদা ফম হেক্তা থারগে।"

-"ফরে, ফরে মদুনা ফরনি" হায়নরে। ময়াম চংদুনা নুপীমচা অদু থাংবোই পম্বোই পুশিল্লে। নুপী ময়াম চংদুনা মানা মানা ঙম্বা থবক তৌনরে। খর অমনা চাক থোঙ্গৎলি। থাং কাতি থৌরাং তৌই। ঈশিং

অশাবা, ঙমু-লৈরৌ পুথোক্লরকই। মায়োক্লবী মাইবী শারিবীদুনা হায়-

-"করিসু ব্রাগনু ইবেম্মা, নুপী হায়বসিদি অসি ঙাক্তনি, নরীংজেল পাল্লু। নশকসুখংদে নমীংসু খংদে, শাগৈ জাংসু খংদে। তাইবং মীরা খোয়ুম লাইরা নবুক্তগী অঙাং অসিমত্তংদি পোকথোকউ। নখুত্তো ঐঙোন্দা পাইরকউ অদুগা কন্না শংঙু। ঙসি নংনা পোক্লিবা অঙাং অসিনা লৈবাক অসি ঙাক্লবসু য়ারিপোংনি।"

অঙাং অদো পোক্লে, নুপানি। মহৈ মহৈ শ্বর হোন্দোকনরে। শখিনা ময়ামগী চা লোন্দুনা পুথোরকই। বেরী পুথোকপা, পানা ক্কা মতপ পুথোক্লরক্তুনা চামীন-থকমীন্নে। চাবোকপী চাক পীজরে অমুক নুপী মখৈ পুল্লগা ব্রা-ব্রা নোকই।

-"হৌজিক্তি য়চা নুপা অমসু ফংজরেদনা, ঐখোয় থেংনরমদ্রবদি মানা ঙসি ব্রাগদবদো!"

নুপীদুদি চাক ফজনা চাথোক্লগা নুঙাইনা তুমথরম্মী। "মখা তাবসিদি কমদৌবা?"- মহৈ মহৈ ঙাংনরকই। -"নুপী অসে মশা কন্দ্রিফাওবা চয়োল অমা ফাওবদি থগ্বীরসি। পৈশা খর মৈরাগী ফন্দগী কাইথোক্লসি।"

শোরোক্লোমদগী নুপী অমা তফীং - তফীং চেনশিল্লকই। কৈদৌরে কৈদৌরে হংনৈ। নুপীদুনা খুম্মী-

-"করিসু নত্তে, আমেরিকাদগী নুপা অনি, নুপী অনি লাক্তুনা মনিপুরগী মৈরা পায়বী, নিশা বন্দ, কাংশি থিংবশিংসে ফীল্ম নমলি হায়, ঐখোয়গী মপা য়ৌরক্লে। ঐখোয়বুসু ফোটো নমগে হায়রি। ঐখোয় লৈকায়গী জগোয় ওঝাদুসু য়াওরকলি।"

-"ঐখোয়দা ফোটো নল্লগা মখোয়দা করি কান্নবগে?"

"নমজসনু কৈদৌগে ঐখোয়দদি করিসু মাংদেনা।"

হায়রিঙেদা মখোয় মরী-মরী চংলকই। জগোয়গী ওঝাদুনা হায়-

-"ইমা-ইবেলশিং ঐখোয় মনিপুরগী মৈরা পায়বীগী শক্তম অসি মখোয়না য়াম্না থাগৎলি। মখোয়দি থবক অসে অঙকপা ওইনা থোক্লে। ফোটো খরদং নমজগে হায়রি।"

পাউখুম পীবা নংহৌদে মখোয় মরীনা কেমেরা অমমম পায়রকই। মশক মমীং খংদে ফোটো নল্লিব্রা ফিল্ম নল্লিবরা খংদে, নোংথাং কুপ্পদু মঙাই প্রেক-প্রেক লাওবা মখোল থোকই পংনমদা নমই। মৈরা পায়বী ইমা ইবেলশিং নম্মী, মৈরা উতোং নম্মী, কেরোশিন হানবদুদা নম্মী, মৈখেৎ খেৎপদ্দসু নম্মী। ঙসাই মায়োক্লবী শাবী অহলদুনা হায়-

-"ঐবুদি লাইরি মমা মচাসে নমলোরাও।" ব্বাং চাওরবা আমেরিকা নুপাদো মখুৎ পাইদুনা পুশিল্লি। নুপাদো মৈতৈলোল খংবদৌনা পংনোক্তা নোকই। ময়াম নোকমীম্লে।

-"কয়াদা নুংশিব্রবনো অরাপ্পদা লৈবা মখোয়না ঐখোয় মৈরা পায়বীশিংগী কাংশি মখোল তাবদৌনা নুমিদাংসিদা লাক্লিবসে।"

- "হোয়নে, মখোয়সি তন্দবা, মরম ওকপা জাৎনি।"

- "নখোয়না মনিপুরদা লাকপদা গাড়ী ভারাদি কয়াম তীংই?"

অহলদুনা আমেরিকা নুপীদুদা হংঙী। নুপী অদো পাউখুম পীবা ঙমদ্রে, পংনোক্তা নোকই। জগোয় ওঝাদুনা অর্থ হন্দোক্লুনা খংহল্লি, ভাব তারদুনা মমৈদা নুপীদুনা হায়-

"ফিফটি থাওজন্দ দোল্লর।"

জগোয় ওঝানা হায়-

"মখোয়না ইমা-ইবেলশিংনা তৌরিবা থবকসিদা দোকুমেন্টরি ফিল্ম অমা নম্বা পামদুনা মফমসি তান্না লাকপনি। মখোয়গী পৈশাদদি মখোয়না তৌরিবা খরচ অসে য়ামখ্রবজাৎনি।"

ফোটো নম্বা লোয়রগা মখোয় লোয়না হনখ্রে। ময়ামসু হন্ননবা থোক্লরকই। ময়াম মরি মরি থোরক্লুনা শোরোক হেক য়ৌবকান্দা কাংশি মখোল অমুক তানরকই। মহৈ - মহৈ চপ-চপ লেপ্পী-

-"ইনম্মা, কাংশি মখোল নত্রা?"

-"মান্নি, মুন্না তাশি কদোমদনো, অসুক ৱারবা কান্দসিবু।"

-"ইয়া অঙাওবিসিদি, অংসিদি মন্দিরগী কাংশি মখোলনি।"

- "ইস ঐদি পাখৎলুরে।"

- য়েংঙু নোং ঙান্দৌরে, ঙাইহাক-ঙাইহাক পোথানরুসি।"

মখোয় মরি -মরি ময়ুম-ময়ুম চংনখি।

---

# স্বর্গগী লৈকোন্দা

মোতোর এক্সিদেন্ট অদুদা চিত্রা দেবী অমদি ডাক্তর নিলকুমার পুন্না শীবে। হোস্পিটালগী ওপরেসন ঠিএটর অদুগী মমাংদা মীযাম্না লৈগী দোলাই শেম শাদুনা ঙাইদুনা লৈনরম্মী। অশিবা অনিদো স্ট্রিটচরদা হাপ্তুনা তপ্পা-তপ্পা ইঙ্খোরকই। খুৎ থারবা ডাক্তব অমা-অনিসু মতুং ইন্নরকই। বজাই-বেংগুল খোংলদুনা হোস্পিটালগী মাইকৈদগী পোৎলোইফম ফাওবা পুগদৌরি। খংদবশিংনা হংঙী-" নুপা অসিনা কনানো? নুপী অসিনা কনানো? মখোয় অনি করি থোক্লে?"

অখঙবশিংনা পাউখুম পী-

"শীরিবা নুপী অসে চুম্নগী নুপী নত্তে। মীগী মপোক্তা পোক্লবসু দেবীনি অদুগা নুপা অসিনা মীয়ামগীদমক কখোক্লবা ডাক্তর নিলকুমার হায়বদুনি। মখোয় অনি লৈখিদবা হায়বসে মীয়ামগী অচৌবা মাংজবনি।"

ময়াম অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা হংনৈ-ঙাংনৈ, মী তিনবা অসুম-অসুম হেনগৎলকই। অসুক য়াম্বা মীয়াম তিনবা অমুক্তসু য়াওখিদ্রি। লৈগী দোলাই অদো অঙকপা ফংনা ফজে। মনম নুংশিরবা লৈগী মখল শুনা লৈতেংঙী। লৈশাবী, পাখঙ, অঙাং-অহল খাক্তনা দোলাই অদুগী মতুংদা জীপ, কার গাড়ী মচানশিংবা কয়ানা লুহোংবগী কৈন্যা থিনবগুম তপ্পা-তপ্পা ইন্নরম্মী। ভলুন্টিয়ারশিংনা সড়ক লম্বী চৎপদা খুদোং চাননবা ঙাকশেল্লম্মী। সড়ক ময়াগী দুকান পরেংশিংদগী

কনা কনাগুম্বনা অৱাংবা দলান মথক্তগী মচু-মচুগী লৈগী লৈনাশিং চাইথরক্লম্মী। থোৎলবা লৈনাশিংনা অশিবা হকচাং অনিদুগী মথক্তা কুপশিল্লম্মী। লম্বী নাকল অনিমক্তগী চাইথরকপা লৈনাশিংনা ইচম-চম্বা কোলাসকী লম্বী অদো স্বগগী লম্বীগুম নিংথিরম্মী। ওল্ড এজ হোম অমদি ওরফান হাউসশিংদা শাবা অগরবটি ধুপশিংনা শাংলবা সড়ক লমশাং অদু নুংশিবা মনম নমহল্লম্মী। সমাজ সেবা তৌবা সেন্টরশিংগী অমদি হোমগী থৌ পুবশিংনা লৈখিদ্রবা আত্মা অনিগী পোৎলোইবগী মরমদা ৱারেপ লৌরম্মী -

"ঐখোয়না ঐখোয়গীদমক হায়বদি সমাজ অসিগীদমক হোৎনবদা পুন্না থৱায় থামিন্নখ্রবা হকচাং অনি অসে পুন্না সংস্কার তৌফম থোকই। মরমদি চীত্রা দেবীনা মহাক্কী লৈজবা পোৎ-চৈ শম্পতি পুন্নমক হোমশিংদা চপ মান্ননা দান তৌথোক্লমলে অদুগা ডাক্তর নীলকুমার ঙসি ফাওবদা মশাগী ওইজবা অমত্তা থিদনা মীয়ামগীদমক সেবা তৌরক্নি।"

অমনা হায়-

"ইমুং-মনুংগী ওইবা মহাক্কিনি হায়বদা কনামত্তা লৈজদ্রে হায়না ইরল্লিবী চেত্রা দেবীগী মপুরোইবদি হিংলি।"

"হিংলম্বসু ওইসনু মহাক্না মীয়ামগী মরক্তা কর্ম্মা তৌবা অসিদা য়াওবীরবদি ঐখোয়গীসু লাইবক ফবনি অদুবু হৌজিক ফাওবদি লাকপা উদে।"

ইরোই লোইবদা, অহল অমনা হায়রকই-

"অশিবা হকচাংদি পন্থবা য়াদে ঐখোয়না তৌবীমল খংবা অমা উৎন্নবগীদমক পুম্নমক শীল-লাংলীবনি।"

অমগা অমগা ঙাংনরম্বা পুম্নমক অহল অসিগী ৱা তারগা তুমীন-তুমীন লৈনরে। ইরোং অহুম ফাংনা চেনবা তুরেলগী তোৰ্ব্বান মতা ফবা মফম অদুদা পোৎলোইনবা শীং শেম্লম্মী। অমনবা হকচাংনা লৈগী দোলাইদা মীয়াম্না চেকশীন্না পুরি। হকচাংদগী খাইদোরক্লবা আত্মা অনিনা মতম কুইনা অৱা অনা শরুক য়ামীন্নরক্লবা হকচাং পোলাং অদুবু নুংশিনা য়েংজরম্মী। অরোইবা কাইনবগী নুমীৎ অসিদা মখোয় অনিনা তৌজরম্বা কৰ্ম্মগী ফল ওইনা মীয়াম্না থৱাই য়াওদ্রবা হকচাং পোলাং অদু মতিক চানা ইকাই খুম্নবা ঊবদা পেনজরম্মী। নীলকুমার অমদি চিত্রা অনিগী থৱায়না খুংকা - খুংকা শম্নদুনা ৱারী শারদুনা চংলি।

চিত্রানা হায়-

"ঐ ইশাগী চহি ১৬ শুবা ম়তমদা ইনাক খুনবা ইমুংদা ময়াম চংদুনা লুহোংবীরম্মী। লুহোংলবা মতুংদা চংনবী নিয়ম কয়ানা ঐবু পুনশিল্লম্মী। ঐগী নুপাদো মরক মরক্তা ঊবা নত্তনা তোয়না ঊবা ফংলমদে। ঐ য়াম্না হংনিংলম্মী, হংলুরবসু পাউখুম অমত্তা ফংলমদে। চাবগা তুম্বগা নত্তনা ঐগী করিসু ত্রৈনিংঙাই লৈরমদে। ঐ ইশোন শোল্লম্মী, মমৈদদি খংলকএ ঐগী নুপাদো লুহোংদ্রিঙৈগী মমাংদা নুপী অমা লৈরম্মী। মাদি মফম অদুদা নুংঙাইনা ঈশৈ শক্কুনা জগোই শাদুনা লৈরম্মী। ইনাক খুনবা ইমুংদুদা ঐগী ৱা তবীনবা কন্নামত্তা লৈরমদে। ঐ সুম তল্লক, সুম তলক, মমৈথংদদি পুমতন তল্লে। ইকুবোক অদো মতম খরা লৈরগা কন্না নারম্মী। ঐগী সেবাদা পেল্লদুনা, মহাক্কী মরল মথুম সনা-লুপা ময়ামদো ঐঙোন্দা শিন্নরম্মী। শিরমদাইদা ঐগী কোক নানবীরদুনা "লাইবক ফবী ওইয়ু, নুংঙাইনা পাল্লু" হায়দুনা বর পীরম্মী। মহাক্কী অদুগুম্বা খোম্থোক অদো তাবদা ঐহাক য়াম্না নুঙাইরম্মী। নুমিৎ

অদুদগী হৌদুনা ঐহাক্না মীগী সেবা তৌগে, মীগী সেবাদা কৎথোক্কে হায়না খনখিরম্মী। মীওইবনা, মীওইবগীদমক, অকনবনা অশোনবগীদমক হোৎনবা হায়বসে খ্বাইদগী চাওবা ধর্ম্ম ওইরম্লে। অহলদু শিগ্রবা মতুং, যুমদো ঐগীদমক্তদি পুমহাং হাংলম্মী। মমিংতা ঙাইরবা ইপুরোইবগী মমিদু নোংমা-নোংমগী শামলকখী। লৈতাফম খংদ্রবা ঐগী ইতৌদু উরগা মীয়াম্না পুক্লিং ফাথবীবা ওইনা ঐগী অব্রাবদো ফজরবা মাইথোংদা তাবা পকচদে হায়রম্মী। ঐনসু শকয়েং-মীংশেলদা য়েংজরুই অদুবু মীৎলুদগী শীঙ্থুরকপা পীরাংনা ইশাগী ফজবদু উজরমদে। ইশাদা পকপা লৈতেংশিং অদো লৈকাইগী লুহোংবা অমদা কৈন্যাদুগী অউনপোৎ ওইনা পীথোক্লমই। নুমিৎ অদুমক্তদা ঐনা অমুক হন্না শকয়েং মীংশেন্দা ইশাগী শক্তম অসে য়েংজরম্মী। মীংশেন্দা ঐহাক নোক্লম্মই। লৈতেং য়াওদ্রবা ঐগী শক্তম অদো অসুক্কী মতিক ফজরম্মী।

নীলকুমারগী আত্মানা মখা তারকই।

"মীওইবগী মপোক্তা পোক্লবী, ফজবা পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরবী নহাক্কী ব্রারিশিংদো তারগা নোংমদি ঐনা নংবু খংনিংমন্দুনা থিরকখিবনি। নুমিৎ অদুদা নংগী হাংলবা য়ুম অদুগী হাংদোক্লবা থোংজাও অদুগী মনাক্তা নংবু উখি। নংগী শক্তম উবদা ঐদি ঙকখি, থাবলগী লাইরেম্বী হায়বদো নিংশিংলকখি। ঐনা ব্রা ঙাংবা ঙমদ্রিবৈদা নংনা অমুকসু হায়রকখি "অনাবা লায়েংবদা ব্রারম্লগনি", নখুৎমক্না অইংবা ঈশিং পীথকখি।

নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা ঐসি ভীক্ষারী অদুম ওনখ্রে। ঐনা কপ্পগী মরমসু কাওখি। ডাক্তরগী লাইয়েংদি করিমত্তা কান্নখিদে। পংলবা মরাইবক থীরবা দ্রগ-এদিক্টশিংগা নংগা লোইনবা মতমদা মাইপাকপা ফংখি। হিদাক্কী লাইয়েংদা ঐহাক মাইথিখি অদুগা নুংশিবিবা হায়বা নহাক্কী

পুন্নমক্তা কান্নে, পুন্নমক্লা পাম্মী। নং অসে পুন্নমকপু চপমান্ননা নুংশিবা ঙম্বী লাইরেম্বীনি"।

"মীগা মীগা নুংশিনবা, পীথোকপদা কৎথোকপদা ঐ নুঙাইখী। অদুবু নুবু উরুবা নুমিত্তগী ঈখৌ লাংবা হৌরকখী। নঙগী নুংশি ঈরিক ঐ পামখী। অপাম্বা অসিগী মঙালনা ঐবু ঙাওহনখী। কুইনা ঙাইজরকপা খোংলোয় অমা ঐনা ফংলে খনখী।"

"খনবা নত্তে অশেংবনি। নঙনা চৎপা লম্বী ঐগীসু লম্বীনি। চৎলিবসে কদাইদনো, লমথুংফম খংববা?"

"খংদে।"

"অমুক হন্না কাইনরোইদবা মফম অদুদনি। মীনোক মৈশা য়াওদ্রবা তাইবং কনামত্তনা উবীদ্রবা মহৌশা লাইরেম্বীগী শান্নফম চীং-পাৎ, অশংবা উমং-ব্রামং, মচু- মচুগী উচেকশিংনা পায়বা চীংয়া তময়াদা কোইরুশি।"

মখোয় অনি অঙাং মচাগী মতৌগুম্না মখুৎ শম্নরদুনা নোক খেদুনা নুংঙাইনা চৎলি। স্বর্গদা লৈরাং অপবাজীতাগী লৈনানা মখোয় অনিগী কোকথক্তা জ্বায় জ্বায় তারকলম্মী। লৈবাংশীংগী নুংশিবা লৈনম্না মেংলবা নুংশিৎকা অমতা ওইনা তিনশিন্নবম্মী। পূক্লিং হুরবা যন্ত্রগী মেংলবা খোঞ্জেল তাবা ফংলম্মী। নুমিদাংব্রাইগী মঙালনা ফজবগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না পুক্লিং শুমক্মৎলম্মী। ডাক্তর নীলকুমারনা চীত্রাগী মরেংবান্দা পাইরদুনা খুদোম্বী থিল্লদুনা হায়রম্মী -

"য়েংউ স্বর্গগী লৈকোল হায়বদো য়াম্না নক্লা লৈরে।"

"স্বর্গগী লৈকোন্দা অঙাং ওইরীঙেগী মতৌগুম লৈরাংশিংগী মরক্তা শান্ননিংঙী, য়াগদ্রা?"

"করিগী য়ারোইদগে থাপ্পা চৎকদবা নৎত্রে ইনক-নক্লা লৈরে, স্বর্গগী লৈকোন্দদি লৈ অমত্তা লৈমন চনবা লৈতে হায়, য়েংলুরশি।"

শোমদসু অহল-লমন পুম্নক্না য়ানরে। সমাজ সেবাদা কংথোক্লবশীং, লৈবাক্কী মপী-মপাশিংগীদি শোরাৎকীদমক্তি করিসু ৱানিংঙাই লৈতে। কর্ম্মসে তৌনিং তৌনিংবা মফমদা কমুনিতি হোলশিংদা পাংথোকপা য়াগনি। অরাপ্পদা লৈবা, খুঙ্গংগী অঙাং অমদি নুপীগীদমক দান কয়া তৌরম্মী চীত্রা অমদি ডাঃ নীকুমারনা তম্পাক্কী মফম কয়াদতা নত্তনা চীংগী মফম কয়াদা চত্তুনা দ্রগ কী মায়োক্তা তোইনা প্রোগ্রাম কয়া তৌখি, ডাক্তর নীলকুমারগী মমা, মপা, মরি মতা শুনা তিল্লে। অদুবু চীত্রা দেবীগীদি কনামত্তা লাক্তে। তিল্লিবা মীয়ামগী মরক্তা ঙাংনরকই - য়ুমগী মৌনেসু হায়, মহাক্কী মপুরোইবনা কনানো, শাগৈ-নতৈ মরি-মতা লৈত্রবজাৎলা?

"মহাক্তি ঈশ্বরগী মচানুপীনি, ঈশ্বরনা মাবু তাইবং পানবা অসিদা করিগুম্বা খরা পাংথোক্লবা থরক্লিবনি। পোৎ-চৈ পৈশা পুন্নমকসে ঈশ্বরনা পীবনি লোইনা পীথোক্লম্লগা খুৎ-হাঙলগা অমুক হনখিগদৌরিবনি"-হায়রম্মী।

তশেংনমক ঙসি নোংমা নিনিগী মমাংদসু মাগী লৈজবা শেনফম, মফী-মরোল অমত্তা খাক্তনা ওরফান হোমদা শীন্নবিয়ু হায়না ইরম্মী। অদুগী থংনবা নুমিত্তা করম্মা খুদোংথিবদু থোকখিবনো হায়না মী খরগী মবুক্লিংদা খন্নে।

সংস্কারগীদমক মী লাকপ লেপ্পা লৈতে। মীশিংগী মরক্তা হাইস্কুলদগী হৌরগা কলেজগী ছাত্র-ছাত্রি, য়ুনিভর্সিটিগী থাক্তা লৈরবা ছাত্র-ছাত্রিশিং য়াওরকই। মখুৎতা মানা-মানা ঙমজবা অঙৌবা নত্রগা অঙাংবা মচুগী গুলাপ অমমম পাই মতাং অসি য়ৌরকপদা লৈবাক্কী রাজনিটি ব্বালাশিং-তুমিন-তুমিন লৈবা য়ারক্তে। কোইচেন চেন্নরমই,গাড়িগা-গাড়িগা য়ৌনরকই। টেলিফোন খীংনরকই। সংস্কার অদু লেপখো থেংলবসু থেংনা চীফ মিনিষ্টর য়ৌরক্লগনি। চীফ মিনিষ্টর মশানা ফোন তৌরকই শোইদনা থুংলগনি হায়। লৈবাক্কী অঙম-অথৌ ঙাইবা ওইনা অঙাং, নুপী-নুপাশিংবু অমমমতা ওইনা চংহন্দুনা মানা মানা কৎনীংবা লৈ কৎহল্লি। য়ামখ্রবা মীয়াম অদুগী মরক্তা রেডিওগী পাও শন্দোকপা মী, পাও -চেশিংগী মী সুনা তিল্লি। টেলিভিজনগী কাংবুনা সংস্কার অদুদা লাক্তুনা লাইফ টেলিকাস তৌন্নবগী শেম শারি।

অঙকপা, ইকাইবা অমদি শাওনিংবা পুল্লপ পুল্লদুনা চীত্রাগী নুপা ধন্নজয় য়ুমদুদা মথন্তা ফমদুনা লৈ। থবক শুবীনবা মীনাই-মীশন, য়ুম শংবীনবা কনামত্তা লৈরমদে। য়ুম অদু পুমহাং হাংলম্মী। চহি কয়া হল্লক্রবা মতুংদা ঙসি মহাক য়ুমদা লাকপনি। করি তৌগদবনো খংদনা তুমিন্না চপ য়ুংনা লৈ।

অহল খর চংলকই অদুগা ধন্নজয়দা হায় -

"নঙ হৌজিক অদুম্না ফকচিনবা মতম নত্তে। কর্ম্ম অসে নংনা পাংথোক্কদবনি। মসে নংগী নথৌনি। নংনা লাক্লমদ্রবদি অমনা হেক্তা তৌবা য়াই হৌজিক্তি নংসু লাক্লে"।

ধন্নজয়না শাওনা খুম্মী -

"করিনো হায়বীরিবসিবো ময়াম্না মহাক্না শীমিন্নরিবা নুপা অদো কনানো খংলবরা ? শুকশোয় শোয়দনা মহাক্না ঙাংনবা নুপা ওইরমগনি। শীরিবা খুৎশি অসিদা ঐনা করম্না কর্ম্ম তৌগদৌরিবনো ময়াম্না খন্দুনা য়েংবীয়ু"।

অমনা হায় -

"চাম্মারক খল্লবনি নংনা তৌফম থোকই হায়রিবসিনি। নুপা অদো ডাক্তর অমনি। মহাকসু নহাক্কী নুপীগুম্না ওইজবা থাদোক্লবা সোসিয়েল ৱার্কর অমনি। মখোয় অনিমক সমাজগী থবক পুন্না তৌর্মিন্নে মসিদবু ঐখোয়না করি হায়রুনি। চিত্রা দেবীদি নহাক্কী নুপীনি। মসিদা নংনা করিমত্তা য়েৎপা য়ারোই। মদুগী শরুকপুদি নংগী নথৌ অদো য়াম্না লেম্না পাংথোকউ"।

ধনঞ্জয় তপ্না হৌগৎতুনা ফৈজোম, পুময়াৎ শেৎচিল্লে। অদুগী মতুংদা সংস্কার তৌফম অদুদা অশিবগী কু অনিদুগী মরক্তা লেপ্লগা মানা তৌগদবা থবকশিং অদুগী য়াথং ঙাইবা ওইনা লেপ্লি। ধুপ থাউমৈ চুখৎলম্মী, শীং ফজনা শেন্নগা পুং-ঝান থিন্দুনা ঈশ্বরগী মীংখৈ শোল্লম্মী। লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিংনা খুৎ অনি লোন্নদুনা আত্মা শান্তিগীদমক ঈশ্বরদা খুরুমলম্মী। ধনঞ্জয়সু চিত্রাগী খোং ময়াদা লেপ্লগা মখুৎ লোন্নরমই। য়ামখ্রবা মীয়াম অদুগী মমাংদা থৱাই য়াওদ্রবা মাগী নুপীগী খুয়াদা খুৎ লোন্নরিবা নুপা অসিগী থম্মোইদা করি ৱাখল লাক্লমগদগে হায়না মীয়াম্না হংনবা য়াওখি।

---

# অশিবগী চিঠী

জেলগী গার্দশিংনা নুপামচা অদু পুশিল্লকই। মখুত্তি পুন্দে মখোংদা য়োংকী চেন অশাংবা অমদি পুল্লি। মদুনা খোংথাং খুদিং চ্রেং-চ্রেং লাওবা মখোল থোকই। মহাক রন্বো হায়না থাবা টি-সার্ট অমা লিংলি। হিগোক মচুগী জিন খোংগ্রাও অমা শেংলি। মশম মনা থোইদোক্লা ফাদে। মমাই মমীৎসু তরু-তরুই। মহাকপু পুরক্লিবা গার্দ অদুনা হায় -

"উকিল অসিনা, নংগা ৱারী ঙাইহাক শাসি হায়রি , চ্যারসিদা ফম্মু।"

নুপা মচাদুনা হংই-

"ঐবু হেঙ তৌরনি হায়বদাইনে, করি ৱারী শান্নীংঙাই লৈবিবগে?"

জেলগী অশাংবা কোবিদোর অদোমদগী মী চৎপগী মখোল তায়। লাওনবা - চৈনবগুম্বগী খোঞ্জেলসু তাই। ঈশিং শোকপা থোক্লকপা মীয়াৎ তারবা ফাদোকশিংনা কবেম কথাইনদুনা ঙাংই-

"শিরমদাইদা লৈশাবীগা ৱারী শান্নহনবোইরে।"

নুপা মচাদুনা উকিল নুপীদুদা ওনশিন্দুনা হংলকই-

"করি হংগে হায়বিবনো ?"

"ইবুংঙো অদুম্না ফিংগনু। ৱা হংবা নত্তে। নংগীদমক কন্সোলেসন তৌগদৌবিবনি।"

“ঐগীদি দরকার লৈতে।”

“নংগী হকচাংগীদমক দরকার লৈত্রবসু অত্মাগীদমক দরকার লৈ। ঐহাক নংগীদমক মতেং পাংবা লাক্লিবনি।”

অদুগী মতুংদা নুপামচা অদু মমীৎ উইশিন্দুনা তুম্মীন্না লৈখ্রে। থোংনাওলোমদগী ফাদোকশিংদুনা নাতে চাদবা ৱা ঙাক্তা পংলাউদা লাউরকই। ফন কুইনা লৈরবা মতুংদা নুপামচা অদুনা -

“চুরুট অমত্তা পীথকউ।”

নুমীৎ অদুমা ৱারী শাবা য়াদনা হৌখ্রে। মথংগী নুমীৎতা মেরীনা চুরুট উপু অমগা, মৈখেৎ উপু অমগা পুদুনা নুপা মচা অদুনা লৈরিবা কা অদুদা লাক্লে। চুরুট - মৈখেৎ পীরগা ৱা ঙাংবা হৌরে-

“ঙসিদি ঐখোয় অনি ৱারী শান্নসি, নংগী নমীং করি কৌই ?”

“কুমার।”

“পাথৌ হায়বদুদি করম্বা মীংনো?”

“অদুসুনি।”

“নংবু চহি কয়া শুরবগে?”

“খংদে।”

“মী কয়াদি সুরে নংনা হাৎখিবা?”

“খংদে।”

“নংসে ননুংদি ওম্ভোক্লা কল্লি। মী পুন্নমক শীগদবা ঙাক্তনি। শিবগী মরম কয়ামুক লৈ। অরানবা কয়া তৌখ্রবসু অরোইবা মীকুপ্তুদা অশেংবদুদি হায়রম্মু। ঐনা হংবা ৱাহংগী পাউখুম ফজনা পীরম্মু। ঐদি

সোসিয়েল ৱাকর অমনি। নংগীদমক মতম কাইথোক্লবনি। ঐগী ইমিং খৃষ্টিনা মেরী কৌই। ঐখোয় অনিনা শান্নবা ৱারী কনানসু খংলোয়। নঙ করিসু ৱারুগনু। লানবা হায়বসিদি পুন্সিগী মচৎনি। মচৎ অসিদগী মীওইবা কনানসু থৈদোক্কুনা চৎখিদ্রি। মীওইবা খুদিংমক চপ মান্নে। নংনা তৌখিবা থবকশিং অদু চুম্মী নত্রগা লাল্লি হায়না খনব্রা? পাউখুম অমতংদি পীয়ু।"

"দরকার লৈত্রে।"

"দরকার য়াম্না লৈরি।"

নুপা মচা অদুনা চুরুটকী মৈখু শাংনা শাংনা কামথোক্লগা তুম্মীন্না লৈ। পাউখুম অমত্তা পীরক্তে। মেরীনা চে অমা ফাক্তোক্কুনা ঙহাক পারুরগা হায়রকই -

" ফরে নংনা হায়য়ু য়াদ্রবদি ঐ হায়গে তাও। নহাক কুমার কৌই। নহাক্কী অপোকপা লৈখিদরে। নচীন-ননাও লৈতে, নথন্তনি। নহাক্না চহি ১৫ সুবা মতমদা ওঝা অমা হাৎখী। ওঝা অদুগী নুপী অমদি মচা ৫ লৈ। ওঝা অদু মহাক্কী ইমুং-মনুংগী মপা অমা ওইবতা নত্তনা স্কুলগীসু অচৌবা থৌ পুবা, মথৌ মশক খংবা মীশক অমা ওইরম্মী। শুবা-নোম্বা কনবা মীনি। স্কুল কাদ্রিঙৈ অহাংবা মতমদা থবক ইন্খাং শুদনা য়ুমগী অমদি লৈকায়গী অফবা থবক কয়া তৌবা মীশকনি। মীপুম খুদিংনা মহাকপু নুংশি। করিগুম্বা স্কুলগী ফক্লাং কায়রকপা, টেবল-চৌক্রী তেক্লকপা মহাক্তনা শেমজীন-শাজিল্লি। অদুগুম্বা ওঝা অদু, নোংমা নুমীদাংৱাইরম স্কুলগী কেম্পসতা ফাল অশাংবা অমা থাদুনা ফল্লগা চা থক্লিঙৈদা নংনা নোংমৈনা কাপখিবনি। নংগী অহানবা নোংমৈ মরু অদুনা মহাক্কী লেংজুমদা পানখী। অদুগী মতুংদা অনিশুবা মরু অমনা মহাক্কী

থবাক্তা পানখী। মনাক্তা লৈরম্বা মীশিংনা নহাকপু ফজনা উখি। অদুবু মখোয় করিসু তৌবা ঙমখিদে। মহাক্কী ইমুং মানুং অমদি মরুপ মপাংশিংনা খবরগী থোংদা কয়া হংলকখী অদুবু পাউখুম অমত্তা ফংখিদে। শিবগী মরমসু খংখিদে। নুমীৎ অদুদগী নং য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবা নত্রা? হৌজিক্তি হায়রো- ওঝা অদো করি মরমগীদমক নহাক্না হাৎলিবনো?"

" ঐ খংদে।"

" মথংগী চহীদা সহরগী মতাইদা লৈবা খুঙ্গং অমদা ললোন ইতিক তৌদুনা হিংজবা ইমুং অমা লৈরম্মী। য়ুম্বুরেল অদুনা চৎথোকখ্রিঙৈদা নোংমা নুমীদাংৱাইরম অমা ইমুং অদুদা লৈবা, অঙাং অনি থারগা লৈশাবী অমগা পাখং অমগা য়াওনা মখোয় মরী পুন্না হাৎলম্মী, অদুগা চেনখীবা মতমদা নহাক্কী নোংমৈ অদো তাহৌই। নোংমৈ অদুদা তারিবা খুৎকী ময়ী অদু নংগী খুৎকী ময়ী অসিগা চপ মান্নে। নংনা করি মরমগীদমক্তা মখোয়শিং অদুবু হাৎলিবনো? নংনা করিগুম্বা মরম অদু পীবা ঙম্লবদি নহাক্কী নরাল খরদং ওইরবসু হন্থগনি। ঈশ্বরনা চংজরকপা মী খুদিংবু ঙাকপী অদুগা লাল্লুরবা কনাগুম্বনা অচেৎপা অনিংবগা লোয়ননা লাল্লে হায়না ঈশ্বরদা হায়জবদসু তাবী। ঐনা হায়রিবসি অচুম্বনি নহাক খঙবরা?"

নুপামচাদুনা মঙক হায়দুনা খুম্মী-"ঐ খংদে।"

"অহুমশুবা চহীদা নং অমদি নহাক্কী খোঙলোয় কয়ামরুম য়ুম অমদা থুংখী। নখোয় মশেল অমগা অমগা খৎন-চৈনবা খর থোকখি। নংনা মশিং খংদনা নোংমৈ রাওন্দ কয়া কাপখী। মী কয়া অমা শোকখি, কয়া অমসু শিখি। থংনবা কাদা মশা লুম্লবী নুপী অমবুসু নংনা হাৎখি। পুম্নমক অসিগী রায় তারকপদা নহাক হয়েং অসে ফাসি তৌগদৌরিবনি।

নং লাল্লে হায়বসে নশানা খণ্ডজরবরা?"

"ঐ খংদে, করিমত্তা খংদে, ঐ সুকখং খংদে।"

মেরী তৌফম খংদ্রে। মবান্নিমক তুমীন-তুমীন ঙাইহাক লৈনরে। ঈশ্বরগী মরমদা ব্বা খর হায়নিংঙি মদুসু তাগদবা মান্দ্রে। নুপামচা অদো ফন কুইনা তুমীন লৈরুরবা মতুংদা নুংশা শ্বর অমা হোন্দোরকই। উপাই লৈত্রবা মেরীনা মঙোন্দা মুন্না য়েংঙী অদুবু নুপামচা অদুদি মেরীদা য়েংদে। মেরীনা কয়ারক হায়খী-

"নংনা নরাল লৈত্রবদি নংগী নমীৎ অনিদু অমুক্তং য়েংলকউ অসুক য়াম্বা মী হাৎলুরবা নংনা করিসু খংদে হায়বসিবু করম্না থাজগনি নংনা শিখ্রবা মতুংদা ঐনা করি হায়না ঈশ্বরদা নঙগীদক খুরুমগনি?"

মতম অদুদা নুপামচা অদো য়াম্না কন্না নোক্লকই। মেরী খংপ্রেক খংই। নোক্লিবা অদুদা তুমীন্না ফমদুনা য়েংঙী। মীনোক অদো তমথীবা মীনোক নত্তে করিগী নোক্লিবনো হংবা মতমদা-

"ভাব তাদনা শিগদৌরি, মদুগীদমক নোক্লিবনি। ঐনা শিখ্রবা মতুংদা মীয়াম্না হংবদা নংগী পাউখুম অমত্তা লৈররোইকো।"

"তৌগনু কুমার নংগী অরোইবা চৎলমদাইগী মীকুপ অসিদা নংনা হায়নিংবা হায়বা য়াগনি, চৈনীংলবসু চৈয়ু মদুগী দায়ত্ব ঐনা লৌগনি" - হায়দুনা কয়ারক হায়রে। মমৈথংদা-

"ব্বাহং অমদি হংগে নং শাওগনু। শেংনা খুম্মু। নং হৌজিক নশাগী চহী ২০ শুরে নংনা চহি ২০ শুরকপা অসিফাওবগী মনুংদা কনাগুম্বী লৈশাবী অমফাওবা নুংশিনখিদ্রা? নংনা নুংশিজবা লৈরবদি করি মমীং কৌবগে?"- হায়য়ু।

"ঐগী পুন্সিদা নুপীমচা অমখক নুংশিখি, নুংশিনবদি নত্তে। ঐনা মাবু নুংশিবনি। ঐখোয়গী য়ুমগী মমাংদা মখোয়গী য়ুম লৈ। ঐখোয় অনি  ক্লাস ফাইভ ফাওবা তম্মীন্নরকই অদুগী মতুংদা ঐদি লাইরিক তম্বা তোক্লে। অঙাং ওইরিঙৈদগী ঐখোয় অনি লাইরিক তম্বা কামিন্নরকই। ঐনা লাইরিক তম্বা তোক্লবা মতুংদা  তোয়না উন্নখিদ্রে।"

মহাক্কী থম্মোয়দগী অশেংবা পাউখুম অদো তাবদা মেরীনা অপেনবা অমদি নুঙাইবা, নুংশিবা অহুম্না পুনশিন্দুনা মীৎতগী পী তাখিবা খংহৌদে।

"অচুম্বা পাউ তম্বগী ঐনা নংবু হন্না হন্না থাগৎচরি, কুমার।"

২শুবা নুমীৎ অদুসু মেরী নিংবা কায়না হনখী। জেলদা লৈরবা মীহাৎপসু ওইরবা পুম্নমক অসিগী মথক্তা ফাঁসি তৌদুনা হাৎলগদবা তোনবদগীসু তোল্লবা নুপামচা অদো মানা হাৎখ্রিবা মীশিং অদুগী মরমদা করিমত্তা খংদে, হায়বসে হায়ফম থোকপা ৱাদি নত্তে। অচৌবা চীংনবা অমা হৌজিকসু লৈরি। অহিং অদো মেরী তুম্বা শুকয়া য়ারমদে। থাজনা চীংয়া লানখিরম্মী।

ফাঁসিগী হুকুম অদো কনা অমত্তনা ককপীখিদ্রে। নৌরিবা পুন্সি অদো লোয়শিনখ্রে। নুমীৎ খরনি লৈরগা মেরীনা হল্লকপদা চিঠী খাও অমা তাদুনা লৈরম্মী। চিঠী খাওগী মনিংদা চিঠী থারকফম এদ্রেস ইবদুদগী খংলে জেলগী সুপরিন্টেনদেন্টদগী লাকপা চিঠীনি। হাংদোক্লুনা য়েংবা মতমদা অসুম্না ইরম্মী-

"ইচে নংনা হংবা খুদিং ঐনা খংদে হায়না খুমখি। হংবা খুদিংগী খংদে হায়নতা খুন্নকপদা নহাক য়াম্না ঙকখি। ঙসি ঐগী অরোইবা

নুমীৎসিদা নঙোন্দা চিঠী অসি ইনিংলকখি। ঙসিগী ঐনা পীবিবা পাউখুম অসিদি নহাক থাজবা ওইয়ু। ঐ অশেংবা মী হাৎপনি। অদুবু করিগী হাৎলুরবিনো হায়বদুদি ঙসিসু খংদ্রি। ঐ নোংমৈ কাপ্পা য়াম্না পাম্মী, পাল্লগা মী শি হায়বসু খংই। ঐদি সুপ্নগী নোংমৈ অদো পীরকপা মীশিং অদুগী য়াথং ইনবনি। নংনা ঙকখিবগুম ঐসু ঙক্লি।

ইচেগী,

অশিবা কুমার

— — —

# শক্লোন পুবা

মৌ নহা অদুনা নুমিদাংগী চাক থোংনবা হোবে হোবে হোৎনরিঙৈদা অচৌবা চঙলকই। মাগা লোয়ননা মমান্নবাঅহুম অমসু মরী মরী চঙলকই। ব্রাহং পাওহং অমত্তা তৌদনা লময়াইদা লৈরম্বা মোরা অদুদা তুমীন তুমীন ফমদুনা লৈরম্মী। মৌ নহা অদুগী পাখৎপা মীৎয়েংদু উরগা অচৌবনা মকোক্তা উপলিবা তুপিদু লৌথোকরকই।

"অচৌবা নং ওইরেকো ঐদি ইপা পাখৎলুরে।"

"মানি ইন্দোমচা, করিগী পাখৎলিবনো?"

"নংনা তৌরিবসিবু করিনো য়ুমদদি চৎলুরব্রা?"

অচৌবনা নোকফেৎ তৌদুনা খুম্মী-"চৎলুদে।"

মাগা লাকমিন্নবা মমান্নবশিং অদুসু নোকফেৎ নোকফেৎ লোইনা তৌই। মশকসু ফজৈ চহী ২০ গী লোংগা ঙাক্তনি।

"নখোয় চাক চারব্রা?"

"চাদ্রি ইন্দোমচা, ইন্দোমচাখোয়দা চাগে হায়দুনা চংলকইবনি। ঐখোয় লোয়নমক্কী চাক হাপ্লিয়ু।"

"হোয় হোয় থোংলগে নখোয় ফম্মু অদুগা অচৌবা নং চংলকউ

কোবী শোয়রোলাউ।"

মখোয় অনি চাকখুমদা চাক থোংবা চংমীন্নরকই। ফন্নিবা মমান্নবশিংগী মরক্তগী অমদি মপান থোকখী। মন্দোমচানা অচৌববু নুংশিনা য়েংলদুনা-"অচৌবা নংসে ইচেনা পোকই হায়বতনি। ইন্দোমচাগী নঙ্গন্দা চাউরকপনিকো। নংনা তৌরিবা অসিবু করিনো? নংগী ব্রাখলদা ইচেসু লৈখিদ্রে।"

অচৌবা করিমত্তা খুন্নকতে। কোবীগা আলুগা শোইদুনা লৈ। মন্দোমচানা নমহং হংঙী-

"নংবু অসুম্না চারম থক্লম খংদনা লৈবসে নুঙাইব্রা?"

"য়াদদুনা তৌরিবনি, ইন্দোমচা।"

"ইবুংঙো মদুবু অফবা থবক্লনে।"

"খর ব্রাজরবসু তুংদা অফবা থবক্লি হায়বা খংলক্কনি।"

মপান্দা লৈরুবা মমান্নবদু চংলক্তুনা অচৌববু কৌথোক্তুনা ব্রারী শান্নখী। অচৌবনা অমুক চঙলক্লগা মন্দোমচাদা হায়-

"ইন্দোমচা ঐখোয় অমুক থুনা লাক্কে, অস্বাই ফাওবদং চংলুখিগে। মিনিট অনিদনি, চে অমতং লৌরুগে চাক থীদোকপিরমলো।"

মখোয়না থোকখীবদু য়েংলদুনা মন্দোমচানা হায়হৌই-

"ঐদি চাক লোয়রবনি থুনা হঞ্জিল্লকউ।"

অয়ুক্কী পুং ১০ চপ চানা তাবে। চর্চকী ফাদর অদো জিপসি অদুদগী কুমথরকই। গেটতা লেপ্লিবা গার্দ অদুনা ফাদর মেন্দ্রিয়ু চঙলকপদা কেম্পাস মনুংদা লৈবা মী খুদিংমক লেপ্নবা হুইশেল খোংই।

কেম্পস মনুংদা থবক শুরম্বা লৈ থারম্বা, চর্চ শিতোক শেংদোকপা, য়ুম শাবা মীস্ত্রী চপ মান্ননা লেপ্তুনা লৈ। ফাদর মেন্দ্রিয়ুদা ব্বার্কর খুদিংমক্কা শন- মান তৌই। ফাদর অসিনা চর্চ চংদ্রিঙৈদা কেম্পস মনুং য়েংশিল্লি। কেম্পস মনুংগী ফেন্সিং অদো খিত্তং কায়বা লৈরম্মী মদু শেমননবা অমদি খর হেন্না ব্বাংখৎনবা ফাদরনা হায়রম্মী। ফাদর মেন্দ্রিয়ু না ঙসি পুং ১১ তাবা মতমদা অচৌবা পব্লিক মীটিং অমদা ব্বা ঙাংগনি। কেম্পস য়েংশিল্লুরবা মতুংদা ফাদরনা পব্লিক মীটিং অমদা ব্বা  ঙাংলুনবা শেম শারদুন থোরক্লে। গাড়ী দ্রাইভরনা গাড়ী স্টার্ট তৌরে। সিস্টর এনিনা তফিং তফিং থোরক্লগা ফাদরদা গন প্রুফ হাপকদ্রা হায়না য়াম্না তুমিন্না হংখি। ফাদরনা দরকার লৈতে হায়না মঙক হাইরম্মী। অদুগী মতুংদা গাড়ী অদো থৌখ্রে।

মী লিশিং কয়া তিল্লবা লম্পাক অদুদা ফাদরনা ব্বা ঙাংগদবগী লেপখৎলম্মী। য়াম্না ব্বাংচাউবা  ফাদর মেন্দ্রীয়ু ঙৌরোক ঙৌবা জোন জোন লাউবা ফুরিৎ  অমুবা অনোক অমদি ঙৌরোক ঙৌবা কুচু অদুনা মীয়াম পুন্নমকপু শুমহৎলম্মী। ফাদরগী চহী ৬০ গী বার্থদে তৌখ্রে। অদুবু মহাক্কী চহী ৪০ গী শক্তমদগীসু হেন্না নৌরি। নোক্লা নোক্লা ব্বা ঙাংই। নাকল অমরোমদা টেলিভিজন কেমেরানা ফাদরনা ব্বা ঙাংবদু লিভ রেকোর্দিং লৌগদবগী ঙাইদুনা লৈ।

ফাদরনা ব্বা ঙাংবা হৌখ্রে।

মীয়াম মরক্তা হেন্দ গ্লোভ উপ্পা নুপামচা অদো ফল্লি । মশা পুন্নমক হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে। মহাক্কী মমীৎ অদো টেলিভিজনগী মোনিটর অদুদা য়াম্না কুপ্পা য়েংলি। করিগুম্বা কেমেরা অদুনা মীয়াম ফল্লিবা অদুদা ফোকস তৌরক্লবদি মশাগী মমি শোইদনা য়াওখিগনি খনবদগী গ্রীন

ফ্রে ারদা অঙাং ময়াম মরক্তা অমুকসু য়াওশিল্লুরে। কেমেরা মেন অদুনা অঙাং মচাগুম্বদদি লো-এঙ্গল থারক্লোই হায়না খল্লি। লৈবাক্কী মরু ওইবা পোলিটিসিয়ান- সেলেব্রেটিজ অমদি অচৌবা ব্যুজিনেস তৌবা মীশিং টেলিভিজনগী মোনিটরদা থারকই। তাঞ্জা অসি লৌরদুনা মখুৎতা গ্লোভ উপ্পা নুপামচা অদুনা মাগী ফুরিৎখাউদগী পিস্টোল অদু শৎতোরকই। অমা অনি, অহুম মশিং থিবগা লোয়ননা মাগী ট্রিএগর অদু খপখ্রে। ফাং লাওবা মখোল অমা থোকখী। ফাদর মেন্দ্রীয়ু তপ্পা তপ্পা লৈমায়দা ফমথরকই মমীৎ উইশিনখী।

অঙৌবা গাউন অদুগী থবাক মপাদা অঙাংবা ঈগী ঈচেল অমা ফাওদোরকই। তিল্লম্বা মীয়ামশিং মায়কৈ খংদনা পংচেন্দা চেম্থোকন্নরকই। পোলিসশিংনা ফাদরগী মাইকৈদা চেনশিল্লকই। অমগা-অমগা লাউনবা, কম্লবগী মীনিল মরক্তা পিষ্টোল পায়বা নুপামচা অদুনা মশাগী লীৎলম্বা ফুরিৎ লৌথোরক্লে। ফুরিৎ অদুনা নোংমৈ অদু কুপশিল্লি অদুগী মতুংদা খোংথাং তপ্পা থাংলদুনা গ্রাউন্দ অদুদগী মপান্দা থোকখিদুনা শোরোক লাম্থোকখ্রে ।

পোলিসশীং মথং মথং চেনশিল্লকই তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা ঈশ্বরগী পাউ শন্দোকপীবা ফাদর অদুদি অমুক হন্না মীৎ পাংলকখিদরে । শেংলবা ফাদর অদুগী অঙাংবা ঈগী ঈচেলনা লৈমায়দা চেম্থরক্লে। মেদিকেল দিপার্টমেন্ট কী এম্বুলেন্স অদু থৌজিনলক্লে। য়াম্না থুনা ফাদরগী অশিবা হকচাং অদু কনবা ওন্নবদি হায়বগী ব্রাখলদা হোস্পিটালদা পুখ্রে। ফাদরনা পায়রম্বা ব্রিফ-কেস অদু লৈমায়দা উপ্তুনা তাদুনা লৈরম্মী। মীয়াম কনাসু চংহন্দ্রবা মতুংদা দি:আই:জি:না ব্রিফকেস অদু লৌখৎলম্মী। মদুগী মনুংদা অপীকপা টেপ-রেকোদর্দ মচা অমা,

পিস্টোল মচা অমা, য়াম্না চেকশিন্না য়োল্লবা পাওদর মকুপ ময়োম অমা, চে-চাং খর য়াওরম্বা থেংনৈ।

" মীয়ামগী খ্বাইদগী থাজরবা মশক নাইরবা লম্বোইবা অসিগী ব্রীফ-কেস অসিদা কনানা পিষ্টোল অসি হাপচিন্নীরিবনো?"

চাওরাক্লা পুং ১২ তাবা অদুব্বাইদা ইন্তেলিজেন্সকী মীওইশিং লাক্তুনা ব্রীফ-কেস অদু মখা তানা য়েংশিন্নবগীদমক লৌশিনখ্রে।

ফাদর কাপখিবগী পাউসি মরী-মরী শন্দোক্লরকপদগী অচৌবগী মন্দোমচাসু তারে। নুমিদাং চাক চাগনি হায়রল্লগা হল্লকখিদবদুদা মওল মওল খল্লি।

তিল্লিবা মীয়াম অদু কোইশিন্দুনা থল্লগা মীহাৎপা ফাননবা হোৎরিবা পুলিসশিংদা সি:আই:দি:না পাউ খর পীরকই-

"হৌজিক বসকী টিকেট লৌরে।"

খাসীয়া- জয়েন্টিয়া হিলস লান্দুনা চৎকদবা টুরিস্ট বস অদু মিনিট ১০গী মনুংদা থারগনি। টোম, জোন, মাইক হায়না মী অহুমগী টিকেট কল্লদুনা মখোয় অহুম তোঙান-তোঙান্বা সিটতা ফম্লরে। গাড়ী থাগদবা মীনিট ৫দা ঙাইরে। লেরী কৌবা নুপামচা অমসু খ্বাই মমাংগী সিট নম্বর ৩গী টিকেট লৌরদুনা ফম্লরে। সিট অদু মী অহুমগী ওইবা থ্রী-সিটরনি। মী অমদি হান্ননা ফন্নমলে। ড্রাইভরনা গাড়ী স্টার্ট তৌবা হৌরে। অরোইবা পোসেঞ্জর ওইনা ভি:আই:পি: বেগ পাইবা ব্বাং চাওবা মশম য়াম্না তেন্না ককপা নুপা অমা চঙলকই। লেরীগী মনাক্তা হাংলিবা সিট অদুদা ঙেক লাওনা ফমথরে। অহানবা গাড়ী চেনখৎলকপদা মখোয় অহুম ব্বারী অমত্তা শান্নদে। কি:মি: ১০ রোম চৎলবা মতুংদা ব্বাং-

চাউবা নুপাদুনা ৱারী শাবা হৌরকই।

"মিং করি কৌবগে?"

"লেরী।"

"কদাই চৎলিবনো?"

"লাইরিক তম্বা, সেন্ট এডমন্স কলেজদা তম্মী।"

"ৱারী শানিংদবদগী নুপামচা অদুনা মমায় লৈথোক্কুনা চীংমান্দা য়েংঙী। নুপা অদুনা ৱারী মখা তাই-

"ঐহাকসু কোয়না চৎপা লল্লোনবনি ঐ লোয়নমক খংই নংগী নমীং অসে লেরী হায়বা নত্তে।"

অদুগী মতুংদা মখোয় অনি মিৎ চান্নে। লেরীনা ফুরিৎকী কুদামদো মথং মথং থাদোকপা হৌই। অমনা অমবু খংন্নবা য়েংনৈ। লেরীনা হৌগৎলগা মনীংদা ফল্লিবা মখোয়শিংদা ইঙ্গিৎ তৌই। মখোয় অহুম অদো হৌগৎলগা বসকী থোং মনাক তম্না চংশিল্লকই। ইখং খংহৌদনা বসকী মনীং থংবা শরুক্তগী মৈখু কারকই অদুগী মথংদা য়াম্না হৌবা মখোল অমা থোরকপদগী তোংলিবা মীয়াম পুম্নমক মফম খংনখিদ্রে।

মী কুন্থ্রাতরুক তোংবা বস অদুগী মী খরদি চোংথোকহৌরে। বস অদুনা মৈবুল ওইনা চীংখাদা ওন্থখি।

বসতা বোম পোকখায়গ্রবা মতুং নুমিৎ হুমনিগী মতুংদা হোস্পিটালগী মোর্গতা অশিবা খরগী হকচাং তাদুনা লৈরম্মী। মখোয়দুবু কনামত্তনা লৌরখিদে। নুমিৎ মঙানিগী মতুংদা অচৌবগী মন্দোমচাগী য়ুমদা পোলিস ও: সি: য়াওনা থানা খর লাক্লগা ৱাহং খর হংঙি-

“য়াম্বেম অচৌবা চাওরাক্লা চহী ২০ রোম শুরবা নুপামচা অদুগী মরমদা করি করি খংবগে?”

মন্দোমচানা খুম্মী-

“মহাক ঐগী ইচেনা পোক্লম্বনি। মাসু মমাসু লৈখিদ্রে। মচননুপী অমা লৈরম্মী, মদুসু মমাংগী চহিদা ময়ুম পানখ্রে।”

“মহাক হৌজিক কদাইদা লৈবগে?”

“অদুদি খংদে, পীশক পীক্লিঙৈদগী ঐনা য়োক্লকপনি চহি অনি অহুম শুরে য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎখিবা।”

“শেংনা খুম্মু নুপী, নত্রবদি নংসু জেলদা লৈগনি। নখোয় অসিগুম্বশিংসি লৈবদগী ঐখোয়সু পোত্থাবা ঙমদ্রিবনি। হায়য়ু মহাক্লা করি-করি পোৎ থনম্বগে পুথোরকউ। হৌজিকমক হপ্তা অমগী মমাংদা মহাক শোইদনা নংগী য়ুম অসিদা লাক্লমগনি।”

“ হোয়, লাকপদি লাক্লম্মী, চাক চাগনি হায়দুনা থোংলগা চাদনা অদুম্মক চৎখ্রে।”

“নচীন থীগনু মানা থনম্বা পোৎশিং অদু পুথোরকউ।”

“ ঐনা হায়জরিবসে অচুম্বনি, মানা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা থনমদে।”

অদুগী মতুংদা পোলিসশিংনা ইমুংদা চংলগা থি বা হুম্বগী থবক পুং ১হেন্না চৎথরম্মী। ইমুংদগী পোৎ-চৈ লোইনা চাইথোক্তুনা থিরম্মী। প্রমান ওইবা য়াবা পোৎ-চৈ অমত্তা ফংদ্রবসু ইমুংদা লৈরম্বা ফোটো অমদি য়ুমগী চে-চাং লোইনা পুথোরকই। ফোটোশিংগী মনুংদা অচৌবনা অঙাং ওইরিঙৈদা নম্বা অমদি খর চাওখৎলগা নম্বা লোয়না লৌশিনখ্রে।

মন্দোমচাদা পোলিসকি ও: সি: অদুনা অমুকসু হংঙী-

"হাপ্তা অমগী মমাংদা লাক্লম্বা নচেগী মচা অদুনা করি হায়রম্বগে হায়বদু চীৎথদনা তম্মু।"

মন্দোমচানা কপ্লম্মী অদুগা হায়-

"ঐনা কয়ারক হন্না হায়জখ্রে, মহাক্না করিমত্তা হায়রমদে।"

"করিমত্তা হায়রমদনা চৎখিবা হৌনদে, করিগুম্বা খরদি শোইদনা হায়রমগনি।"

"থানা বাবু, ঐহাক য়াম্না ৱারবনি মাগী ৱাখলদা। মহাক করিমত্তা হায়রমদে, চাক চাগনি হায়রগা চাখিদনা চৎখিবদো ঐ য়াম্না নুঙাইহৌদে। তশেংনা মহাক অশ্বাই ফাওবদং চৎথোক্লুগে হায়রগা হল্লকখিদবনি।"

থানাদুনা হায়-

মহাক্না মীটিং তৌফমদা ৱা ঙাংলিবা ফাদরবু কাপলবা মতুংদা নানথোক্লবা চেনখিবনি। মহাক অদো সুকহন হল্লক্ত্রবসু য়ানা লৈবে। মহাক্কী ফোটোশিং অসে পুবগে। অশিবা অমা হৌজিক মোর্গতা তাদুনা লৈবি। মদু শোইদনা নহাক্কী নচেগী মচা অচৌবা ওইরগনি। চে-চাং ইন্নবগা অশিবা মশা পোৎলোইবা যারগনি।"

হায়রম্লগা পোলিসশিং অদু চৎখ্রে। মন্দোমচা কপ্লম্মী।

"ইবুংঙোচৌবা নংবু শিরব্রনে, ঐনা নংবু খাম্বসু ঙমহৌদে । অদুক নৌরিবা নংনা খংনা খংনা অশিবগী লম্বীদা চৎলিবা কবিগীনো?"

মোর্গ অদুদা থোইদোক্লা মী য়াম্না লৈরমদে। নুপামচা অমনা মন্দোমচাগী মনাক্তা চংলক্লগা হংলম্মী -

"ইন্দোমচা ঐবু শক খংদ্রবরা?"

"ইবুংঙো নংবু কনানো, ঐদি নংবু নশক খংদে।"

"ঐহাক অচৌবগা খ্বাইদগী লুনা তিন্নবা মমান্নবনি। থংনবা কাসিদা মহাক্কী অশিবা হকচাং লৈ। মসি অচৌবনি হায়বা তশেংনা ফুরিৎসিদগী খংলে।"

পোলিসশিং অদুনা মখোই অনিনা শান্নরিবা ৱারীদু মুন্না তারম্মী। অশিবগী কু অদুগী মথক্তা কুপ্লিবা ফি অদো মখোয়না হায়দোক্লম্মী। মন্দোমচানা তপ্না তপ্না চংশিল্লকই। অশিবা হাচাং অদো কোক্কী শরুক্তি য়াওরমদ্রে। হকচাংগী অতৈ মফমদা পায় পায়দুনা য়েংলম্মী। ঙাইহাক্তং মুন্না য়েংলবা মতুংদা মন্দোমচানা হায়রকই-

"মসিদি ঐখোয়গী অচৌবা নত্তে।"

অচৌবগী মমান্নবা অদুনা হায়রকই-

"ইন্দোমচা নহাক ইপা পাখৎলমাল্লে। মসে অচৌবগী হকচাংনি।"

"নত্তে ইবুংঙো, খোয়দৌগী শরুক অসিদা খংঙী, মসে ঐখোয়গী অচৌবা নত্তে।"

"ইন্দোমচা অমুক্তংগা মুন্না য়েংবীয়ু।"

"ঐদি হায়রিবসিনি, ঐগী অচৌবা শুকনৎ-নত্তে"-হায়রম্লগা কা অদুদগী মপান থোকখী। ৱারী তারম্বা পুলিসশিং অদু ঙক্লা য়েংদুনা লৈহৌই।

— — —

# লম্বী থৈবা

"কদাইনো পৈশাদো পিরকও দুকান্দা চৎকে হায়দুনা ঙসাইদগী ঙাইরিবনি।"

"ঙাইখো ৱারী অমা লৈরে ।"

"কৈনো ৱারী হায়ববো পৈশা পীরকও হায়বনি ।"

"অদুগী মতাংগী হায়ৱানি, ৱারিসে হান্না অমুক্তা তাখো।"

"করি ৱারিনো ?"

"অদুনি ঐনা হায়গে তৌরিবসে পৈশাদুগী মরমদা।"

পৈশাদো পিরগা ৱারি কোন্না তৌবদি য়াদব্রা ?"

"ইহে নঙসিনা ভাব তাদবসিনা, পৈশাদুগী মতাংদনি ৱারিসে।"

"হা ! পৈশা কৈদৌরবা? ট্রেজরিসু পাস তৌরবদুবু বেঙ্কতগী লৌথোকপদা করি অমুক হায়রবগে, য়াদ্রব্রা হায়বা? অস! ঐনা শোমদা....।"

"য়াইয়েবা, অদুগী ৱা নত্তে। অদুম হায়না ফিংগৎলবদি হায়ররোই তোল্লগে।"

হায়রল্লগা মা তুমীন্না লৈথোকখি। মাগী নুপীদা মুন্না য়েংবদি য়েংলি। করিগুম্বা মাগী নুপীগী ফিভম হোংলকপ্রা হায়না কুপ্না য়েংলিবনি।

মানা করিগুম্বা লৈবাক্তা ফমথরগা মখোং তিংথোক্নুনা কপখ্রবা নত্রগা মরায়বক্তা মখুৎনা মথন্তা সুজখ্রবা, চেনথোক্লগা মচি অমদা লেপ্লুনবা শেম শাহৌগদৌরীবনি। ঙসিদি বীলাশিনিদো কপসু কপ্তে, মরাইবক্তসু খুদুম্মা সুখিদে পুমইং ইংথখি অদুগা হায়রকই -

"হায়রো হায়রো ঐ করিমত্তা ফিংগৎলরোই।"

"অদুম্মা হায়রবদি ব্বারিসে হৌবা য়ারেদনা। ঐখোয় লৈকাই অসিদগী অসুম থোকখ্রগা গেট য়াম্না চাওনা পানবা বিলদিং অচৌবা অমা শারিবদো খঙব্রা?"

"কৈদৌনা খংলোয়দোয়নো ঐবু অঙাংদৌনা হেক তৌশিল্লে। মী বেঙ্ককী অচৌবা ওফিসারদুগী ময়ুমনি। নুপী অতোপ্পী অমসু লুহোংখিবদাইনে কৈদৌনা খংদনি।"

"চুমই, নঙসু খরদি খঙলেদনা মদু ঐগী ক্লাস ফেলোনি। মখোয়না য়াম্না ইনাক কৈরাক খুনখিবদুদা তিন্নখিদবগী ব্বানি, খংবদি খংনরগা লাপথোক্লবনি। মহাক ঙসি ঐনা বেঙ্কতগী পৈশাদো পায়রগা থোক্লকপদা লাংতক্লনা হেরো সাইকল অমা পাইদুনা ঙায়রম্মী। ঐ উবদা মানা "ভায় ঐ নঙবু ঙাইরম্লিবনি"। ঐনা চঙক্লদুনা ব্বা অমতা হায়দ্রিঙৈদা মখা তারকই-

"মরুপ ঐ খুদোং চাদ্রে। থবকসু সস্পেন্দ চৎলে। কার লৈরম্বদুসু য়োনখ্রে সাইকল অসিদা লাক্লিবনি।"

"অহ্মানি ভায় সাইকল, কার, খোং, সিটি বস চপ মান্নে। ঐখোয়দি মদুগী খেন্নবগী পল অদু লাম্ছোকখিবা কুইরে। অমা তোংলগা ইয়া য়াই।"

"ভায় নংগী পুন্সিদুনি পুইনা হায়বদু । ঐদি লোয়রে, লোয়বগী ব্বারিসিসু য়ামখ্রে । ঙসি অসি লুপা লিশিং অমতং লৈত্রবদি ঐ শীবা তারে। মীঙোন্দা ঐনা ঙসি পীগে হায়খ্রগা পৈশাদি অমত্তা থিবা ফংদ্রে মরুপ্পা ঙসি অসিদং কনবিরমউ। ঐগীসু তলপ তখ্বায় অমদি লাক্কনি, ফংবগা হেক্তা পীজরক্কে।"

"পৈশাদো পীরন্নবা নত্রো ?"

"ইসে, ঐ মাগী ট্রেজেদিদো, অদুক শেল পায়রম্বা মানা হায়রকপদো ঐসে ব্বাখল খনফম খংলক্ত্রে । মমায়দুদা য়েংই ফন ফজনা মমি তারে, খঙঙি মহাক ব্বারে হায়বা ।"

"ঐখোয়দি ব্বাদ্রবরো? মীগী অব্বাবসে খঙবীরেদা। নত্তে, পৈশাদু লোয়না মঙোন্দা পীরন্নবা নত্রো? অদুক ইনাক খুনবা য়ুম-কৈ অদুক নুঙাইনা লৈবা মানা ব্বাদুনা কয়াম্না ব্বাগনি?"

"তো ! পোইন্ট লাকপা হৌরে। ইনাক খুল্লম্বা মীনা ব্বারকপসি য়াম্না ব্বাবজাংনি। অদুমক্কি ঐনা শোরোক্কী মতাইদা খনখিবদো। মানা ঐঙোন্দা হায়রিবসি ঐদি ঙসি ফাওবা সাইকল অমা লৈবা ঙমদ্রিবনি হায়বদুসু মানা শিং-নান্না খংলিবনি। ঐ ব্বায় হায়বসে মাদি লোয়না খংলিবনি। ঐসু খুদক্তা ব্বাখল খনবা হৌবনি পীবনা ফব্রা, পীদবনা ফব্রা।"

"মানা পীরো হায়দুনা মখুৎ তিংথোক্লমলনি অদুদগী নংনা পীরন্ননি।"

ঐসে পুরা পজল ওইরে। ঐনা পীবা অমদি পীদবা হায়বসি ঐগী কুশিনি। অদুগা অমরোমদনা মাগী ফিভমদু ....... ইবানি ফনা কুইনা লেপ্তুনা লৈরে। ঐনা খনবসি মীওইবগী চেঞ্জ ময়ামসিনি। ঙক্কিবা

অতোপ্পা অমনা- য়ামখ্রবা মাগী শঙ্গ, মরুপ-মপাং ময়ামদুগী মনুংদা ঐবু ঙায়রম্বদো। পীক্লিঁঙেদগী হৌনা ঐনা মাবু মশক মুন্না খঙই। মহাক ফৎতবা মীসু ওইরক্তে। তোপ্পরশিংগী মরক্তা অমনি হায়না খনজবা মীদুনি।"

"পৈশাদো পীখ্রবা নৎত্রো? তোক্লসি, ঐখোয়দি শিরসি মীদি শিবা য়াদে, সি নৎত্রো।"

"ঐখোয় শুকশি শিদে। হ্যমিনিটি লৈরিবা মীনবু কৈদৌঙে শীখ্রবগে, মহত্মা গান্ধীবু শিরব্রনে ?"

"মহাত্মা গান্ধীগী ব্রারিদো ঐঙোন্দা লিবিরনু ঐ চৎলগে নঙগা মপোকশিমগী তিন্নবা য়াররোই। ঐনা অসুক ব্রারগা নঙনা করিমত্তা খংবিদবা মীগী পীগদবা শেলনা খ্বাং কোয়রবা অয়াম্বসু নত্তে লুপা ১০-২০ ফাঁওবা পুরুরংগা শিংনবা উপায় লৈত্রবা নৎত্রো?"

"ঙাইখো অদুনিনে, নংগীদি ঐ লোয়না খঙই। খঙমন্দুনা মসি থোক্লিবনি। অয়াম্বা শেনফমসু নত্তে, ঐনা চুরুপ থকখিবগী লুপা তরা-কুন, অঙাংগী করি করি খরা, সাপোন খরা লৈবগী দুকানগী শেল খরা তোনবা অদুমঙায় পংয়াম য়াম্বা নত্তে। অদুগা অমরোমদনা মাগী লৈখা তারক্লবা পুল্সি, ব্রারবা শেল চাওনা পুৎথরবা, ঐনা শেনফমদু পিদবদা মা অমুক্কা হেন্না অব্রাবা তারগদবনি।"

"নঙ দেশ সেবা তৌরো ইবানি কায়নরসি। ঐনা খল্লম্বদি নংসে মীনুংশি ফাওবদি য়াওরমগদ্রা খল্লুবনি মদুসু ওইরমদ্রে। ব্রাহং অমত্তা হংদ্রবসু য়ারে মদুদা শন্দোক্লা তাক্লুবগী মথৌসু তাদে, ঐ ঙসিদি কপলরোই। ঐ লোয়না খঙলে হৌখিবা পুল্সিদা অসুম্না হৌখি লেমহৌরিবা পুল্সিসু উরক্লে মিৎশিদা।"

বীলাশিনিনা কনশিল্পকপসিদা সুরসেননা ব্না ঙাংবা লেপ্তুক তৌই। মাগী বীলাশিনিদা মুন্না য়েংই। য়াম্না নুংশিনজবনি, হায়নবা খুদিংমক তানবনি। মখোয়নি তিন্নখিবসু মান্নবা খর লৈবদগীনি। ঙসি কদোমদগীনো থৈরপ তৌরে। নোংমসু লুহোংবা নৌরিঙৈদা বিলাশিনিনা হায়রকখি পুন্সিনা ব্নাদনবু কয়াম্না ব্নাহনবা ঙমগনি, অব্নাবসু নুঙায়বনি হায়না খন্দোকপা হৈরগা লোয়রে। মদুদা মাগী থম্মোয়না পুমপেন পেনখিবনি। হৌজিক্লা করম্না ওনখিবনো খংগে হায়দুনা সুরশেননা হায় -

"পৃথিবী অসে মীনম্বা ঙাক্তনি ঐ ঙসিদি শেংনা খংলে।"

"করি হায়বা ?"

"মীওইবনা তন্নীবা লাইরিকশিং অসিনি খ্বায়দগী লাল্লিবসি। মীগী পোৎ লাকউ, মীনুংশি খংগনু হায়না ইগদবনি।"

"অতাবা মীনা নঙসে অঙাওবনি হায়বদি শোয়দ্রবনি।"

"ঙাওরিবদি নখোয়নি। নখোয়গী সোসাইটি অসিনি। মসিগী মনুংদা নঙসু অমনি। নঙনা হায়খিদ্রা - উন্দরস্টেন্দিং হায়বসি হিংমিন্নবদা খ্বাইদগী চাওবা পোৎ অমনি,হায়খিদে হায়য়ুনে। নচীন অমা পাল্লি হায়দনা পংঙাং ঙাংবা, ঐসে নখোয় মীওইবা কৌবা জাতি অসিবু তৎতনা নৈনরীবা লিলাগী ওঝানি। নখোয় অসিগুম্বশীংসিগী চরিত্র ঐনা ঐগী লিলা কয়াদা লোয়না য়েকশ্লবনি। ঐবু শাওহনগনু, ঐনা হায়বা ব্না তাও। নং ব্নায় হায়বা ঐ খণ্ডী, নঙসু ওজা ওইরম্বদগী রিগুসর তাবা ঙমদনা থবক তোক্লেদনা। ঐসু সরকারগী নোকরি তৌদৌ শরুক লিলা ওইনা তৌরগে। সোসাইটিসিগী মীফৎতা ময়াম, পৎল- পুন্নবা ময়াম,

লীলাগী চরিত্রদা ওহ্থোক ওহ্থোক্তুনা চৈগে খল্লগা চৈরেদনা, য়াম্না চৈরে।

"নঙনা চৈথ্রিবশিংদুবু কনানা তাবিখিবগে? লিলাদো মিনিষ্টর ময়াম মমাং ফমদুনা য়েংখিবা নত্রো, করি অহোংবা পুরকখিবগে? অরেম্বদা মতম মাংখিবা পেনজরে। ঙসি মীঙোন্দা শেল পীথোক্লগা ব্রাফে ময়াম ঙাংলিবসিবু করিগীনো?"

"পৈশাদুগী ব্রাদি অরায়বনি। নঙগী অচিনবদু ঐ শোয়দনা পীগে। নহান কৈরাও লংদুমগী লিলা অমা তম্বীখিবগী শেলসু খর ফংগদবা লৈরি।"

"অসুক কুইরবসিবু পীনি, পীনি হায়রগা সুকপী পীরক্তে।"

"অদুদনি নংগা ঐগা খেন্নরিবসে। মখোয় তশেংনা লৈতদুনা তৌরিবনি। ঐদি লোইনা খংই পীবদি শোয়দনা পীরক্কনি। সোসাইতি অসিনা কদায় ফাওবা লৈখা তাপ্রবগে হায়বা নঙ হৌজিক ফাওবা খঙদ্রি। ব্রাখল খরা খনগদবা লীলাগী জাৎ অসি মী য়েংবীদে। তিকেৎ য়োনবা শিংতে, লিলা তৌবা য়াম্না ব্রায়। শম্না হায়রবদা মীনা লিলা য়েংলগা নুংঙাইবা পাম্মী, নোকপা পামই। নঙসু ঐনা লিলাগী মেদিয়াদা সোসাইতি অসিগী অশোয়বা ময়াম নৈনরিবসি খঙদ্রি।"

"হো মদু হোৎনরিঙৈদা শিরনি। ঐসু নঙগা শম্নরুবদগী শিগদৌরে। হিংবা ঙম্লোইদৌরি, ব্রারে..........।"

"শিরোই, সুকশি শিরোই। ঐদি লেপ্তুনা লাওখিনি নঙনা হায়বসু য়াররোই মসি ঐগী শিনফম্নি। মীনা মীবু মশক খংবা, য়েংবা হৈবা মীৎ অমা পানবা, তাবা হৈবা নাকোং অমা পানবা, পুম্নমকসিবু প্রোজেক্ট তৌরগা উহল্লিবা মীশক অদো ঐহাক্লি। মদুগী প্রমানদি ঙসি লৈজদ্রবা

লিলাগী ওজা ঐহাক্কা থম্মোয় শেংনা ৱারবা মহাক অদুগী মতেং পাংলম্বনি। অদুক অন্দরস্টেন্দিং লৈবা নঙনা শেল খরগীদমক্তা নঙগী লৈজরম্বা ফজবা অদো হামুক তৈশিনগনু। নঙ, নঙ ওইনা অদুমক লৈয়ু। মোর্ডনিজম অমদি মেটরিএলিজম অনিগী মরক্তা লেপ্লগা নশাদু হায়গনু। মরমদি মখোয় অনিসে কুইগদবা নত্তে, ঙৈহাক ঙৈহাক্কী ওইবা পোৎনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, ঐগী ঙসিগী মরুপ অদুগী মশাদা য়াওরম্বা মোর্ডনিজম অমদি মেটরিএলিজম অনিমক লোইখিদুনা রিএলিটিদা চংজহৌরে । অমুক্তং পোকপা মপোক অসিদা মহাক অনিরক শীরে। ঐদি ভাব তানা পুম্নমক অসিবু খঙলবা সুরসেন ওইনা অদুমক শিজখিগে।”

“ঐদি শাওনিংলম্বদগী অমুক নোক্লিংলক্লে। ঐদি নংসে ঙাওবোয় নিংঙি। ঙাওবদি ঙাওদবোইরে।”

অচুম্বমকসু সুরশেন্না সুকশাও শাওদনা মরৈ য়েৎপগী হৈনবী লৈ। বিলাশিনিনা পরপ-পরপ শাওদোক্লুরগা অরাম্বা তাখিবসে ঙসিত নত্তে। লাল্লে খংলবা বিলাশিনিবু ফাগী তাথোক্তুনা নোকহল্লি। অৱাবা ৱাখল খল্লবসু ৱাদবা মানবা সুরসেননি। নোংমদি সুরসেননা হায়-

“ঐসে সুম শাওনিংলক্তুনা সমাজ অসে পুল্লপ থৈদোক্লগা চৎলরনি।”

“থৈদোকপবু য়ারবদি পুক অসিসু কদায়দনো অমা থৈদোক্লসি।”

“পুক্কীদি মাগী তৌফম থোকপা রাইট অমসুং দ্যুটি কাইবা য়াদে।”

শাওনরম্বা কাওথোক্লগা মখোয় অনি পুল্লপ নোকমীন্নে। অসুম্না

কয়ারক শাওনখি অদু ওইরবসু অমনা অমবু মুন্না খংনৈ। নোংমা ফাদোক লিলা তম্বীবগী লুপা চান্মা-চনি ফংলকপদা বিলাশিনিদা পীশিল্লি। মাগীনি হায়দুনা লুপা অমফাওবা খাকহৌদে। মতম অদুদা বিলাশিনিনসু মাগীদমক চপচাবা নুপানি খঙ্খিবনি। শেনথোকক্তি খীত্তং ব্রাৎলি খংনা খংনা লুহোংখিবনি। মশক মতৌ, ব্রাঙাং, লিচৎ পেছোকপা ওম্বা, চীং-লেম্বা, মহাক্লা তৌবা খুদিংমক বিলাশিনিনা ইয়াদা য়ানিংখিবনি। য়ুম্বাল অনৌবা ওইবনে, শেলগী মগুন লৈরক্তবনে, পোৎনা অসুম-অসুম তাংখৎলকপনে, য়ুমদা মী তিনবদি অসুম অসুম হেনগৎলকই। অঙাং, অহল, নুপী, নুপা ময়াম লাক্কুনা সুরসেনদ। ওঝা হায়না খুরুম্মী। মীয়াম তিনবশিদা চঙাংদসু লোনদবা য়ারক্তে। বিলাশিনিনা য়াম্না খংনা ময়ামগী সেবা তৌই।

ঙসি নোংমা নিনি সুরসেন ব্রা ইঙাং ঙাংদে। নাবসু নত্তে চাক ফজনা অদুম চায়! টেবল মথক্তা দেব-কর্ম্মগী বার্ত্তনসু য়াম্না তায়। বিলাশিনিনা খল্লি, তুম্মীন তুম্মীন ফম্বা হৌরে। অনৌবা লিলা তৌগদৌরিমাল্লে। বিলাশিনিনা সুরসেনগী ফী অমোৎপশিংদু শুদোক্লগে খল্লদুনা পুথোরকপা মতমদা সুরসেননা চৌক্রী মথক্তগী ফল চোংথোরক্লগা ফীদু তাপ পাইখি -

"থাদোকউ, শুগে পুথোরকপনি, ফীশিংসে মোৎলবনি।"

"শুগনু , ঐ অমোৎপা ফী শেৎলগে।"

"কৈনো লিলাসু লৈ, শোরাতসু লৈ, ঙাওরব্রা কৈনো?"

"ঐ করিমত্তা ঙাওদে। লিলাসু চৎকনি, শোরাতসু চৎকনি। ঐ অমোৎপা শেৎপা হৈনরগনি। হয়েংমখৈ ফী শুনবা সপন-সর্ফনচিংবা

অমত্তা লৈরুরগনু। ঐ ময়াম্না চৎনবা লম্বীদা চৎপা য়াদ্রে। ঐনা ঐগী অতোপ্পা লম্বীদা চৎলগে খল্লে। চৎনবী অসিনা ঐবু ব্রাহল্লে। ”

অহিং অথেংবদা সুরসেননা বিলাশিনিদা হায়-

“ঐ ঙসি শোরাংকী বার্ত্তন অহুম লোয়না চৎলি ।”

“পোৎয়েংদি কদায়দগী? নঙদি শেলদি য়াওখিদনা।”

“পোৎয়েং পীরমদে, লৈ খুয়া অমমম পায়রগা লৈখিদ্রবা অত্মাদুদা কৎলম্মী ।”

“মীনদি ভাব অমা খন্নরম্মনি ।”

“খঞ্জরবা হায়বদুনি, কৈসু কায়দে।”

“ঐ ভাব তারে, নংনা চৎনিংবা লম্বীদা চৎলো, ঐ থিংলরোই।”

ইকুই-কুইদে, মী অয়াম্বনা সুরসেন ঙাওরে হায়নবা হৌরে। মফী-মরোলসু মোৎলে, মশমসু শাংলে, মকোয়সু ককত্রে। নাকলদা চে-চাং য়াওবা খাও অমা য়াল্লগা শোরোক্কী মতায়দা য়াম্না তপ্পা তপ্পা চৎলি। নোংমা বিলাশিনিবু নুংশিবিবা মনে থোকপা অমনা হায়-

“নুপীমচা, সুরসেনসে মওং অমা তৌরে, হান্নগা মান্নদ্রে। হেনশিনখ্রবদি নুঙাইরোই। মাইবা-মাইবী তানদুনা লাই খুরুমশি।”

বিলাশিনিনা খুম্নকই-

“করিসু তৌদে ইনেতোন, মহাক ব্রাখল চোয়বা মী নত্তে, ঐ খংই ।”

মনেনা হায়-

“হৌজিক্কী মতমসে করিনোম্মা তৌরে। লৈশাবীসু,

*ইনখৎলকপা নহারোল কয়াসু কোক্কী লায়ননা য়াম্না নানরে।”*

“হোয় ইনে, হৌজিক্কী মতম অসিননি, মাবুদি ঐনা খংই। করিমত্তা ঙাওদে, মানবনি।”

নোংমাইজিং নুমীৎকী লীলাদো মীদি ফন-ফজনা য়েংনখি। মীয়াম পুম্নমক্না সুরসেনবু থাগৎনখি। লোয়শিনবদু অহিং ফন থেংলে। লিলা লোইরবা মতুংদা সুরসেন মাগী খাও অদু য়াল্লদুনা থোক্লকই। গাড়ী মচা থৌবা অমনা-

“ওঝাবু ঐ থিনজরমগে, গাড়ীদা লেংখৎপীরো।”

“য়ারে-য়ারে ইবুংঙো,খোংনা চৎপসে নঙ ওঝাগী নুংঙাইবনি।”

সুরসেননা য়াদ্রবদুদা নিপা অদু গাড়ী থৌগৎখ্রে। চৎখিবা নুপা অদু য়েংলম্বদগী সুরসেন মথন্তা শোঞ্জে-

“সি-মঙায়, মীঙোন্দা কৈদৌনা ওৎলুনি!”

গুরুং-গুরুং নোং খোংবা হৌরকই। খংহৌদনা নোং ঝম-ঝম চুথরকই। সুরসেননা অতিয়াদা য়েংখৎলদুনা-

“হে নোং, ঐবু চোৎহন্নিংবা নত্রা! ফৈ, তারবদি চোৎলেদনা।”

নুমীদাংনগা ওইবনে, নোংনগা তাবনে শোরোক্তা মী ইচৎ-চত্তে। নাকলদগী খংহৌদনা মারুটি কার অমা হেনগৎখী। কোংকুৎ অমা কারদুনা লানখিবদা সুরসেনগী মমাইদা ঈশিং ওই, লৈখোম ওইনা তৌবা অমা ঝাই লাওনা চাইশিল্লম্মী।

“হাই,করি গাড়ী খুথৌনো?”- সুরসেন খংশাও শওনিংলকই।

"ঐবু শাওহল্লিবা নখোয় ফত্তবনিকো। ঐঙোন্দা হৌগনু, নখোয়বু - লিলা তম্বীরিবা ওঝা ঐনা উশিত্তে। লানফম অমদি শোইদনা লাক্লগদবনি। নখোয় শিবা য়াই, ঐসু শিখিবা য়াই। ওপন চেলেঞ্জ-ওপন চেলেঞ্জ।"- মবুক্লিংদা য়াম্না কন্না লাওনিংলকপা অমা ফাওই অদুবু লাওবদি লাওখিদ্রে। মথন্তা হম্বুজরে।

ময়ুম য়ৌরকদৌরে। মাগী বিলাশিনি নিংশিংলকই। য়ুম হেক য়ৌবগা শান্নখিবা লিলাদুগী মরমদা কুপ্না হংলকনি হায়বদুসু খংই। লিলা অদু ফজনা শান্নখিবনিনা বিলাসিনি শোইদনা হরাওগনি। সুরসেন খল্লুবদা খঙনুং-নুংঙাইরকই। অয়ুক ওস্তাদগী চাবোই-চাদবোই থোকখিবনি। নোংনা খর চোৎলম্বদগী হৌজিক্তি পুংচোৎ চোৎলে। মচুম ওরো-ওরো তানা পুমচোৎ চোৎলবা মতুংদা সুরসেন ইনৌ নৌনা মশা তেকখৎলকই। চোকথবা পুম্বা মাংখ্রে। য়াম্না নুংঙাইনা মশাগী য়ুমগী থোঙ্গান মনুংদা চংলকই। মাঙ্গোল থাওমৈ মুৎলমদ্রি। অনৌবা আশা অমগা লোয়ননা সুরসেন নোংলিকশিংদা য়েংলগা হায়-

"চুথরো চুথরো কুম্মগী নোং। তেকখৎহল্লো নংনা চোকথরবা ঐবু!"

— — —

# পুন্সিসে শান্নবুংনি

লৈশাবী অনিদো নুংথিল চুপ্পা নোক খেদুনা ৱারী শান্নরী। চা থক্লে, ঙাংনা-ঙাংনা, অচাপোৎসু ফন য়াম্না চাখরে। মথংদা কোফী অমুক থক্লে সুমাং মাঙ্গোলদনা মী ময়াম অমা কোইরাং লাংনরি। পাম্বোইবীগী হয়েং হৈজিংপোৎ পুবা নুমিৎনি। মমান্নবী সুনীনা হায় -

"নুপাদুগা নংগা অমুক্তা উন্নদ্রিবরো মমিং করি কৌবগে" পাম্বোইবীনা লুহোংবগী বার্ত্তনদু পুথোক্লগা উৎলি -

"মমিংসে নোক্লিংদ্রা, ফিলোসোফিগী ওঝানিসু হায়"।

অদু হায়রগা মখোয় অনি পংনোক্তা নোকই। হায়না শীংনবা মখলগী লুহোংবসে য়াম্না নোক্লিংঙাইগী মশক্কি হায়রগা অমুক্কসু হন্না নোকমিন্নে। পাম্বোইবীসু চহি ৩০ হেল্লে নুপাদুসু শোইদনা চহি ৪০ তানখৎলমলগনি। লুহোংবা নকশিল্লবা মতমসিদা, নুপা হান্না উন্নহৌদবা কয়া অমগী অশোয়বা পুথোক্লে। " য়াম্দ্রবদা ৱারী খরা শান্নবা ফাওবদি ফৰনি। মীনা ফৈ-ফৈ হায়রগা অফবা হেক্তা ওইরমগদ্রা ? অহল-লমনগী ৱাদি কলেজগী ওজানি তলব চাওনা চারে। তলব চারবদি ৱাররোই, নঙনা শান্নবী নুপী, থোইদোক-হেন্দোক্লা নেসনেলগী থাক্তা গোল্ড মেডল ফংলবীনি।"

"হৌজিক ঐখোয় লিরবনিনা লুহোংঙমদাইসিদা য়ুমদা লাকউ ৱারী শাশী হায়বদি করি কাই, হাইহৌদবা নংনা লাল্লে।"

"ঐসু হায়বদি হায়বনি, নুপাদো লাকউ য়াদে ।"

"অদুদি করিগীনো? মদুগী নুপাদুবু মরৈগা লোম্বা জাৎলা? ফিলোসোফীগী ওঝানীগা হায়জিল্লে। অমেরিকাদদিনে লুহোংঙমদাইদা নুপীগা নুপাগা পুন্না চহি ১ রোম য়াম্না নক্না তিন্নৈ হায়নৈ। মত চান্ননি-চান্নরোই চহি ১ য়েংনরবদি শোইদনা খঙননি। ঐখোয়গী লমদদি ফরবসু ফত্রবসু ইরাইবক ওইহনবা চৎনরি,বিধিবুদি কর্ম্মনা কল্লি হায়বদুনি। পুন্সিসে ইশানা শেমজবনি। ঐ চৎলগে থেংখ্রে, বর পীরমগে, লাইবক ফবী ওইয়ু "।

সুনীনা ব্রেং- ব্রেং ঙাংনা- ঙাংনা চৎখি। পাম্হোইবী হেন্না হেন্না খল্লকই, তরং চৎশিল্লকই। সুনিনা হায়বা পুন্নমক চুম্মী। শকখংদবদুগী ময়ুমদা চৎননবা পুন্নমক শেম শারে। মমা-মপা, ইমুং-মনুং, কৈরোল-লৈকাইসু য়াওরে। য়ুম থাদোক্তুনা মীগী য়ুমদা চৎপা মতমদা চঙগদবা পোৎচং, কাংথোল, উপু, চফু -উয়ান, ঙারুবাক লোইনা য়াওরি। সুনিনা নুপাদু ৱারী শান্নহৌদ্রা হায়বা ৱাফম অদো য়াম্না চুম্বা অমদি য়াম্না চাওবা ৱানি। পাম্হোইবীবু ময়ুম পাননবা চহি মঙা তরুক মমানা কন্না হোৎনখী। মতম্দুদা পাম্হোইবীনা হায়খি-

"য়ুম পান্দবা মীবু শিত্রা নখোয়না য়ুম পাল্লু হায়রিবসি করিগীনো ?"

মমানা সুংতা তাবা লৈখিদে। নোংমসু তানবদৌনা হায়- "নংগী খংন-চান্নবা লৈরবদি চেনজখ্রো লুহোংবীরগে। য়ুম পানবা হায়বসি চৎনবীনি, নঙনা হোকী শান্নবা, বোল শান্নবা, লমজেল চেনবা অদুদি অরাইবনি মী পুন্নমক য়ুম পান্নরিবনি। নঙসু হয়েং লুহোংলগা নপুরোইবদুগা তান্নরগা লমজেল চেনগেরা চোংগেরা য়ান-য়ানবা অদুম

তৌবা য়াই।" পাম্হোইবীনা মথং মথং নিংশিংলকই অমুকসু কপনিংলকই। লুহোংখিগদৌরে হায়দুনা মখোয় পুম্নমক হরাওনরি। ঐনা ঐগীনি হায়না তুমজরকপা কা-মচা অসিগা ঐগা কয়া য়াম্না চান্নজবা থোংনাও মচা অসি হাংদোকচরগা ইংখোললোমদা য়েংথোকপদা, নুমিদাংৱাইরমগী নুংশিৎ শীৎপা মতমদা ওম্হোক্না নুংঙাইঁজে। সুমাংগী পুংদোল পাম্বীদা থাখিবা মৈলে পুম্নমক পাম্হোইবীগী ওইরমদ্রে। মমান্নবী মালাগী খোঞ্জেলনা খঙহৌদনা পাম্হোইবীগী ৱাখলদু থুগাইখী-

"নথম্তা করি ৱাখল খল্লিবনো লুহোংলমদাইসিদা। ঐ নঙগী পোৎপাং থীনবা লাক্লিবনি।"

"পোৎপাংদি লাইরি, নঙবু নুংঙাইরিবরো কুইরে উন্নদবা।"

"কদাইদগী নুংঙাইদোইনো ইবেম্মা, নঙসু কুইররোই। য়ুম পানবা হায়বসে নুংঙাইবরা, নুংঙাইতবরা খঙলক্লনি। চৎনবীনি হায়দুনা য়াবগী ৱানি য়ুম পাল্লগা নুঙাইগনি হায়বদি খল্লুরনু। ঐখোয়গীদি ইনেমবোকসু মহা হিংচাবীনি"।

পাম্হোই খংপ্রেক খংঙি, ঐনা লুহোংগদৌরিবা নুপা অদুগী মমাদুসু হিংচাবী ওইরম্লবদি কমাই তৌনি! খল্লিবা ৱাখলদু থুগাইদুনা মালানা মখা অমুক তারকই-

"ঐবু নরীল পান্দেতা হায়দুনা চৈ, খোং-খুৎকসে য়েংঙু তৌরিসে, পুমকাই কাইরবনি। থবক্না মরোল অমা লোইব-খম্বা নাইদে নোম্লি মখৈ পেনবা নাইদে, পেনজরে মৈতৈ নুপীশিংসে"।

"হৈমা নংসু মৈতৈ নুপী নত্রো ?"

হায়রগা মখোয় অনি নোকমিন্নে।

পাম্হোইবীগী মমানা চান-থক্নবা অচাপোৎ পুশিল্লকই।

মালাগা, পাম্বোইবীগা শান্নবা ৱারী লেপখ্রে। মালানা অচাপোৎ চারি, পাম্বোইবীনা তরংদা তাওরি। চাবা থকপা লোইরগা মালা চৎখ্রে, চৎলমদাইদা হায়রম্মী-"ত্তলব চারবনিনা নঙদি নুংঙাইনীদা ত্তলবপু চারবদি মৌসে য়াম্না লুনা তৌই হায়নবনি।"

হয়েংদি লুহোংলনি খল্লুবদা অহিং অদো পাম্বোই তুম্বা য়াদে। থরো-থরো-ওন্দুনা খাংই। ঙাইহাক্তং তুমথৈ মঙসু জাৎ-জাৎ মঙই। মঙদুদা পম্বোইবীগী লুহোংবগী শেৎননবা পোৎলোয় অদু পীকমন্দুনা চারমদে। পাম্বোইবীসি ফুট ৫ ইনচি ৬ ৱাংই, মশা মঔসু নোই-চাওই। পোৎলোয় চাদ্রে হায়দুনা ৱা-ৱা লাওনরম্মী। পম্বোইবী শাওনা ইমুংদগী মপাল থোক্লক্তুনা। শান্নবুং লম্পাক্তা লমজেল চেনগদবগী লৈরিবা ময়াম মরক্তা য়াওশিল্লি। অশাওবগা লোইননা চেনবদগী লমজেলদু মহাক্লা মকোক ওইরম্মী।

মথংদা তা লংবী য়াওননবা তা অশাংবা অমা পায়খৎলম্মী। লংলমদাইদা লুহোংবগী বর অদু অসুম অসুম নকশিল্লক্লম্মী। মী মযাম্না পাম্বোইবীগী মখুত্তগী তা অদু ফারম্মী। পাম্বোইবীনা তা অদু কন্না চিংলদুনা লাউই-"শোক্কনি চখোকউ।" অদুগা মীকপ খংথোক থোক্লকই। ইকুই কুইদনা নোংসু ঙাম্বোরকখি। লুহোংবগী পুন্নাং লাংনবা হৌরক্লে। নুমিদাংৱাইরম য়ৌরকপদা বজাই-বেঙ্গুনগা লোয়ননা পাম্বোই মপাম লমদম থাদোক্তুনা মপুরোইবগী ময়ুম পাংখ্রে।

নুপা ময়ুমগী মী য়াম্না ফৈ। পাম্বোইবীবু লুনা তৌই অদুবু পাম্বোইবীগী নুপাদুদি ৱা য়াম্না ঙাংগনদে। অসি খংদনা মনেম্বোক্লা হায় -

"ঐখোয়গী ইবোহলসে অঙাং ওইরিঁঙৈদগী ৱা কয়া ঙাংগন্দবনি।

করিসু খল্লুনু নওগী নওগী নথৌ অদুম তৌরগা লোয়রে।"

পাম্থোইবীনা খল্লি - "নুমীৎ চুপ্পা লাইরিক পাবদা চোকথদুনা ঙাংদবা ওইরিনি।"

অদুবু নোংমদি পাম্থোইবীনা ওফিস কাবদা থিনবীগে হায়। ইকায় ইকায়না "য়ারনি" হায়রুবদগী মমাই লৈথোক্কুনা অদুম চৎখ্রে।

লুহোংবা থা অমা ফাখ্রে। মায় ওনশিন্দুনা ব্বারী অমুক্তা নিংথিনা শাখিদ্রি। মশকসু থিবনা মফী -মরোল শেৎলগা খর য়েংবা য়াই, য়ুমদা লৈরবদি য়োংদা অনোক উপ্পা মাল্লি।

নোংমা পাম্থোইনা চাক থোংলিঙৈ মনেম্বোক্না য়েনশাং শেম্না শেম্না হায়-

" ইবেম্মা, নওনা শান্নবা বোলদু ঐসু অমুক্তা য়েংগেবা।"

"য়ানি ইমা, ঐগা নোংমা চৎশি।"

" অদুদি করি ফী শেৎকনি?"

"ইমাগী হিগোক মচুগী ফনোক্তো শেৎলো, ইন্নফি অঙৌবা অমা ইল্লো শেৎনিংবা অমা হেক্তো শেৎপা য়াইদা।"

মখোয় অনিনা শান্নরম্বা ব্বারীদো ইবোহলনা তুংলোমদগী তারম্বদগী হায়রকই -

"হৌজিকপু কৈদৌবগী অমুক শান্নদৌরিবনো? ঐদি ওম্থোক্না হৈনখিদ্রে।"

নুমীৎ অদুদগী ইবোহল পাম্থোইদা ব্বা অমুক্কা হেন্না ঙাংলকখিদ্রে। অসুম্না নুমীৎ কয়ানি পাম্থোই - ইবোহলগা ব্বারী শান্নদনা ব্বানা লেনখী। অব্বাবা কয়াদু কুপশিন্দুনা নোংমা পানম্থোই মপামদা লাকখী। মচাবু উবদা

হরাওবগা লোয়ননা মমানা হংজে -

"নংদি নুঙাইথ্রমাল্লে, নপামদগা সুকলাক লাকখিদ্রে।"

পাম্ফোই মপুক্লিং খংনৌ নৌথরকখী। মমীত্তা ইহৌরকপা ইরা অদু লোৎশিন্দুনা "নুঙাইরি" হায়রম্লগা মানা হান্না লৈরম্বা কারোমদা চংলকই। মতম অমগী চান্নরবী মরুপ মপীজাগুম লৈমীন্নজরম্বী মাগী কাগী পোৎ-চৈশিংদা ঙসিদি খংনদবগুম্না মপুক্লিং হেন্না নুংশিনা য়েংলমলগা থোংজিন্দগী থোক্লকই। সুমাংদা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বীদা নোংমা মখুৎনা থারম্বা খোঙ্গুমৈল্লে অদো উথক্তগী লৌথরকই। মদু উবদা মমানা হায়রকই-

"পুজরো, পুজরো। নংনা থাজরম্বনি। ঙন্না হন্নবা তৌ ননেম নকুনা শাওখিনি। নোংমা ঙন্তা অমুক লাকউ।"

পাম্ফোইনা মপুক্লিংগী অবাবা অদু খাংজিম্বা ঙম্লক্তদুনা খুন্নকই -

"হৌজিক্তি ঐ মৌ ওইরে, নখোয়গী চৎনবী অদু ঙাক্লে, মথং অসিদি ঐনা অপাম্বা মতুং ইন্না লাক্লিংলগা লাক্কনি. চৎনিংলগা চৎকনি।"

মমানা -" অঙাওবীসিদি" হায়রগা নোকহৌই।

পাম্ফোইনা হল্লকপা মতমদা নুমীৎ ময়ুম চংথ্রে, পুম্মম মম্বদি নত্তে। মনেম্বোক মাঙ্গোন্দা ফমলম্মী। মাগী নুপানা ফম্মুংদা লোংনা হিংপ্তুনা লৈবা উই। ইমুংদা লৈবা মী খুদিংমক তুম্মিন তুম্মিন লৈনে। পাম্ফোই কাদা চংদুনা মফী মবোল হোংদোকই। ইবোহল লোংনা হিপ্পম্বদগী ফক্লাংলোমদা মমাই লৈশিনখী। মতৌ অদুদা পাম্ফোই মপুক্লিংদা ফাওরকপা ব্রাহং কয়াবু ফাজিঙ্গদুনা য়ুমগী থবক ইনখাংদা মাই ওনশিনলী। মনেম্বোক্না মনাক্তা চংলক্নুনা হায়-

"ইবোহলসে অরাপ্পদা থবক তারমাল্লে। হয়েং চৎকনি হায়বনি মফী মরোলদু খর লোয়শিনবীয়ু।"

পাম্বোইবী মপুক্লিংদা শাওনিংবা, কপ্পিংবা অমদি ঝারৌবনা ফুনগৎলকই অদুবু মনেম্বোক্তদি ফোংদোকতে।

"অং ইমা" - অসিতমক খুন্মী। মপুক্লিংদদি তরেৎ-তরা থোক্লা খল্লকই - " করম্বা নুপা ওইবগী থম্মোয়নো? পুম্সিদা করম্বা পেন্দবা লৈদুনা তুমিন্না লৈবা হৈনরিবনো? তুমীন্না লৈবগী অর্থনা করিনো ? মপুং ফাদবা লিচৎনি, করিগী লুহোংলিবনো? লুহোংবা হায়বসিদি মী অনিনা শাবা জুরা অমনি।" ঝাখল মওল মওল খল্লকই। " লুহোংলবা মতুংসিফাওবা নংগী থম্মোয় ঐনা খংদে নংগী অপাম্বা ঐনা খংদে - তাকপীরবদি করিগী খংলোয়! ঐসু মীনি নংগী অপাম্বা অদো থবায় থারবসু পাংথোক্কে। নুংশিবীবা চানবীবা অদুতনি পামজবা। ঐবু নুংশিবা য়াওদ্রবা নংগী ননাক্তা লুহোংবা হায়বা চৎনবীগী থৌরিনা পুন্দুনা পুবীরক্লে। করিগী নয়ুম য়ৌরগা অদুক চাওথোকপা! ঐগীসু য়ুম লৈ। ঐগী পোকফম শাৎফম খোয়রেলনা মরা তাফম অদুদগী নখোয়না ঐহাকপু লুহোংবগী চৎনবী কায়বা য়াদে হায়দুনা নমচীং চীংলকখিবা নত্রা! ফরে, ঐগী হৈনবী পুম্নমক কখোক্লগে, পুম্নমক কাওথোক্লগে অদুবু নংগী নুংশি চানবীবা মীৎয়েংদি কদায় ! ঐগী থম্মোয়বু জয় তৌবা ঙমদ্রবা নুপা নহাক নতীক চাদে। ঐবু উরু-উরু লৈদুনা শিজিন্নবা ঙমদ্রবা নুপা নহাক্তি মতীক চাদ্রবা লমজীংবা অমনি। ঙসি কৌবা নুমিত্তগী নংনা পুনখিবা লুহোংবগী লিপুন অদো থৎপা মক্তি থদৎলোয় অদুবু থৌরি লিশাং থারগে !"

অসি খন্না-খন্না পোৎ-চৈ য়োম্বা হৌরকই। চুক্লি য়াওদ্রবা ঝাখলনা

মখা অমুক খঙ্গুরকই - "নংনা নংগী লম্বীদা, ঐনা ঐগী লম্বীদা । নফমদা পুন্সিসে লোমলগে লাকপনি। চৎনবীগী লম্বীদা নংনা চৎথ্রবসু ঐদি অমুক হল্লরোই। ৱাহংসু হংলোয়, পাওখুমসু পীরোই। নিংতম্বা হায়বদু পীদ্রবসু পুন্সিসি হিংবগী অর্থ থোকহল্লনি। লাইরিক হৈরগা লাইশু খংদবা নুপা নংগী থম্মোয়বু নোংমতং ওইরবসু জয় তৌগে খনবনি।"

চীংদা পোষ্টিং তাখিবদগী পাম্থোইগী নুপাদু ময়ুমদা হল্লকখিদ্রে। পৈশাদি থারকখি, থারক্তবসু য়াওই। পাম্থোই করিসু হায়খিদে য়ুমগী নুপী ওইনা অদুম্মক লৈ; পুন্সিসে শান্নবুংগী মতৌগুম্না খল্লকই। মরক মরক্তা বোল টুর্নামেন্ট থোকপদা হান্নগুম্না য়াওরুই । মনেম্বোক্না হরাওনা খুবাক খুদুনা নোকচৈ -

" তস অদুনিদনা !" পাম্থোইনা বোলদু কয়া ফজনা কাওই।

অসোমদা চীংদা ওঝা ওইরিবা ইবোহলসু খন্দবদি নত্তে, খল্লি পাম্থোইগী মরমদা; শান্নরোই ওইরিবি পাম্থোইবু মপুক্লিংদা য়ানিংদবদি নত্তে। শান্ন-খোৎনবগী মরমদা ইবোহলনা করিমত্তা খনবা ঙমদে, খংসু খংদে। অহোইনদুম কিবা অমা পোকই। অমুকসু খল্লি- "পাম্থোইবীদো মবুক্লিংদা শান্নবা খোৎনবা হায়বসে লেপলগে হায়না খল্লম্বসু য়ারে ।

মনেমবোক্না মচানুপা ইবোলহদা চিঠি ত্রেইনা থাই। শেল-থুমগী, ইমুং-মনুংগী অমদি পাম্থোইবীগী মরমদসু ইতৎ-তত্তনা পল্লি। চিঠীগী অরোইবা পরেংদা "পাম্থোইবী শান্নবদা মনা ফংলে। মীয়াম পুম্নমক্না মহাকপু থাগৎনৈ" হায়না ইরকই। খন্দুনতা লাক্লবা ইবোহলগী ৱাখল লংলা লংজিন ফংগে তৌরম্লবনি। চিঠী অসি ফংবদা পুংমম অমুক মমশিনখ্রে।

— — —

# মরু হুনবা

নুংতিগী মতৌগুম্না ঙসিসু মমাদুনা লালটেন থাওমৈ অদো ৱাংনা থাঙ্গৎলম্মী। ঙসিদগী থানা চহি কুন্থ্রা হৌখ্রবা ৱারীনি। চহি কুন্থ্রা চুপ্পা হল্লকখিদ্রবা মচাদো হল্লকখিগনি হায়বগী ৱাখলদা থাওমৈ অসে থাল্লিবনি। করিমত্তা লৈত্রবা ইমুংদুদা খবরগী চেফোংদি য়াম্না লৈ। খবর ময়ামগী মনুংদা অমখক্তা শৈরেং অমা য়াওরকই। মমানা মদুবু নুমীৎ খুদিংগী হঞ্জিন হঞ্জিন পায় -

অতিয়ানা য়ুমথক ওইরগা,<br>
অশংবা মালেমগী লৈমায়দা তুন্লি।<br>
অখাক অরাওগী মৈবুল্লক্তা,<br>
অশোকপগী নহেখোল মরক্তা,<br>
ঙায়রি ঐনা নংবু ।<br>
নমথিরবা শরু পোলাং মরকশিদা,<br>
চরান্নরবা থৱায় পুদুনা হিংলি।<br>
খুথেক তোয়না থেক্লি,<br>
কুমজা মশিং পারি ঐনা,<br>
ঙাইহিরি ইমা নংবু নুংশিবী।

---

মমাদুনা খবরদো চেৎনা কোনশিলদুনা -

"হিরিবসে অঁতে কনাসু নত্তে, ঐগী ইচাদুনি।"

অহল মতম ওইশিল্লকবা মতম অসিদা চৈঙাক ওইগদবা মচাদুবু হল্লকখিনি হায়বগী আশাদা ঙাইহিরি। মীয়ামনসু তত্তনা হংই, থিবা হুম্বা লাকই। মপাদি ব্রা ঙাংদে। মমা অসিনদি ময়াম পুম্নমক্তা মরাল শীরি।

"নখোয়ননি, নখোয়না ফত্তবদগী ঐগী ইচাদো য়ুম থাদোক্তুনা চেনখিবনি। ইচম চম্বা লাইরিক তম্বা ছাত্র অদুবু নখোয়না করিগীদমক্তা কোয়থি থিদুনা কোয়তান তান্নবিখিবনো? ঐগী ইচাদি অচুম্বতা পামজবা ইচম চম্বা অঙাংনি।"

পৃথিবি পুম্নমক্তা ফাওরবা মমীং চৎলবা লিদর অসিগী মরমদা পুম্নমক্লা খংনিংঙি। রিভোলুসনগী লিদর অমগী অহানবা খোংথাংগী অহৌবা অদুদি ইচম চমই। মাগী পুন্সিগী মরমদা কুপ্না থিজিনবা মীশিংনা মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি ব্রারী অসুম্না লী।

◆◆◆◆◆ ◆◆◆◆◆◆ ◆◆◆◆◆

"লময়ানবা হল্লকত্রিবরা ?"- ওঝা শামুনা মাগী নুপীদা হংই।

"হল্লকত্রী, মখোয় মীটিং তৌগনি হায় ।"

"করিগী মীটিংনোনে, মখোয়গী মীটিং অসে হাকমল্লে, অফবা ওইগদবা মান্দে। চৎথোকপসে মমা নহাকসু খর থিংঙু।"

" কদাইদগী থীংবা লাকপগা ঙমপোৎ নত্তেদা । মখোয় তরা-কুন, তরা-কুন্না লাক্লগা হৌরবসিনা ।"

শামুনা মখা তারকই-

"লৈপাক অসে মথক মখা ওল্লদপোৎনিদা। ঙরাংসু এম:এল:এ: বোরো কুমারদো পুমচোপ চোপখ্রেদনা, খবরদা য়াওরকই। মাসু পংমনখ্রবা হায়বদুনি, অঙাং ছাত্রশিংনা ব্রাহং পাওহংগে হায়রগা হেক্তা য়ারুরিবা হৌজিক মতমগী অঙাংশিং অসিদি কলিগী ঈশ্বর হায়বদুনি। এম:এল:এগী লৈরিবা শম্পতি, লুপা ক্রোর চংনা শারিবা য়ুম অদু কদাইদগী লাকপা পৈশানা শারিবনো হায়না হংঙি হায়রি। অদুগুম্বা ব্রাহং অদুগী পাওখুম্নু এম:এল:এ না করম্না পীগদৌরিবনো? ছাত্র ময়াম অদুগী মরক্তা ঐখোয়গী লময়ানবা য়াওরমগদ্রা ?"

" মাই পাবুং য়াওরমগদবা মাল্লি, ঙরাং নহানসে ব্রাহং ময়াম অমা শেল্লি হায়দুনা ছাত্র ময়াম লাক্লগা ফম্মিন্নখিবনি ।"

"হৌজিক ফাওবা লাকত্রিবসিবু কদায়দা চৎখ্রিবনো ?"

"থেংনা হল্লক্কনি নুংশা থিরুনু হায়রম্মী। থাউমৈ লালটেন অসিমা মপান্দা থল্লমগে।"

"মখোয় পাবুংদি কদায়দা চৎলুরিবনো ?"

"মরুপ অমগী নুপী শীবা হংলুবনি। ফিভম য়াম্না চাহৌদে। বেঙ্কতগীসু পৈশা লৌথোকপীরকউ শীন্নরকই। হয়েং চৎপা তারে ।"

লময়ানবা নুমীদাং য়াম্না থেংনা খুনিং কাং-কাংদুনা চংলকই। মমা মপা অনিমক তুমখ্রবরা য়েংঙি। নুমীদাং অদো ঈশিং খর থকচিল্লগা ফম্মুংদা ঙাইহাক্তং পোখাই। ঙাইহাক্নী মতুংদা হৌগৎলকই অদুগা চে-কলম পাইদুনা ইবা হৌই। খর ইরগা অমুক শেগাইরে। চরাংনবা ব্রাখল অমা খনবগুম তৌই। মতম অদো য়াম্না থেংলম্মী। বারো মতুং পুং অনি তারে হায়বা মশাগী ঘড়ীদগী খংই। নোংঙাল্লমদাইদা লময়ানবা ঙাইহাক্তং

তুমখৈ। মীকপ থোক্লকপদা মমানা ঙাংবা তাই।

"মোই পাবুং, অঙাং অসি অমুক্তা ঙাংবীয়ু। হন্দক মরকসি করিনোমা তৌরে। ঙরাং অহিংসু সুকতুম তুমদবমখৈ করি করিনো ইদুনা লৈ।"

"খবর চেফোংশিংদা নচানুপা লময়ানবগী মরমদা ইরিবশিংসে ঐসু পারে। মহাকপু ছাত্রশিংগী লিদরনিকাসু হায়রিনে। মসি পুম্নমক অসে নংনা কলেজগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইহল্লুবদগী থোক্লিবনি। মসিগুম্বা থবকসে ঐদি শুকপাম পামখিদবনি।"

"জেনেরেল সেক্রেটরি ওইবদুদি ফৈনা, মখোয় ময়াম্না লম্বা য়াওদনা থাগৎখিবনি।"

"অদুদগীদি লৈপাক ইরাং থোক্লে, ছাত্রশিংগী লিদর লময়ানবনা পুম্নমকসি শিল্লিবনি হায়দুনা খবরদা ইরে। ঐ য়ানিংদে মাদি অঙাং ওইরি করিসু খংদ্রিবনি। ইরোইবা হৈত্রিবা মানা ঈশিং অরুবা কুমথবা হৌরে। লিদর হায়বগী অতোপ্পা মমিং অমদি, মশাগী ওইজবা কখোকপনি, থাদোকপনি। ঐনা মসিগুম্বা থবক অসি খনবা য়াবমখৈ খল্লম্লবনি, কান্নদদুনা তোকখ্রবনি। ঐসু মতম অমদা চহি অসিমক্তদা লিদর ওইবা পামখি অদুবু নিংহন্নখি। মরমদি ঈশ্বর থাজদবা মীদা ঈশ্বর লৈ হায়বা তাকপা ব্রাবগুম্না ঐ মতম অদুদা নাইতোম তাখি।"

মেমীনা হায়-

"অদুবুদি মপাগী মচানিদনা, কৈনবু তোকপা পোক্কদ্রা, লময়ানবসু হৌরক্লে। মখোয় পাবুংসু নোংমা লৈবাক্কী চাওখ্রবা কমিস্নারগা খৎনরুই হায়দুনা লাকপদো, লৈপাক পুম্নমক ব্রা-ব্রা লাওনখিবদো।

থৱাইসে ৱাবনা লৈফম খংখিদবনি ।"

"নুমীৎ অদো নংসু য়াওরল্লবদি খংগদবনি। থম্মোয়সে পুবা ঙমলক্তদুনা অশাওবগী ৱাহৈ খর হায়খিবগী ৱানি। অয়ুক অঙনবদগী মফী মরোল শেৎ-চারগা অঙাংশিংনা থৌরম পাংথোকপা *অঙাংগী নুমীৎ (নভেম্বর ১৪)* গীদমক কমিশ্নার অদুবু ঙাইখিবনি অদুবু বারো মতুং ফাওবা য়ৌরকখিদে। পীক্লিবা অঙাং ময়াম্না মতম শাংনা চাদ থক্তনা ঙাইবদো য়াম্না ৱানখি। অঙাং পুম্নমক মশক মচু ওল্লি ৱাম্ববসু য়াওরে। ঐনা প্রোগাম লোইশিন্নবা হায়বা চৎলুবদা পোলিসকী এস:পী: অদুনা ঐবু ইম্ফোরকখি। অশাওবগী মৈ অদুনা মহাক্কী মঙকশম অদো ঐগী খুৎ অসিনা অসুক্কী মতিক কন্না পাইখি। ময়াম অদুনা ঐবু চীংথোক্লম্মী। অদুবু অশাওবগী মৈদি অসুম অসুম হেনগৎলক্তুনা হায়রম্মী-

"মসিদি অঙাংগীদমক তৌবা পালন নত্তে, মরাল লৈতবশিংবু অত্যাচার তৌবনি।"

"অদুবুদি ঐসু খংঙিদা। মখোয় পাবুংনা ফম থাদোকপগী ফবগী ৱানি। ওঝা মঙ্গোলজাওনা লোয়না তম্মী, ঐনা উহৌদ্রবসু। অদুগী নুপা পোলিস এস:পি: অদুসু য়াম্না শাথিবা, মী উশিত্তবদগী ঙাওবা মাল্লবা থবক কয়া তৌরুই হায়। মহাক্না ফাবা মীদা থানা ময়াম থাজিল্লগা ফৈজৈ হেক্তা চীংহল্লি হায়। অদুম হায়নগা তৌরম্লবদি মাংজরেদো! ঐ নিংশিংলক্লে অদুগুম্বা থৌদোক অদো থোকখিবা কুমদুদা ঐখোয়গী লময়ানবসে মরু হুনখিবনি।"

"মতমদুদা মরু হুনখিবা !"

"মানি মতম অদুদনি ।"

ঙাইহাক তুমীন্না লৈনৈ। অচীকপদু থুগাইদুনা মপানা-

" মীখা পোন্দবা পুন্সি হায়বসে ইশানা ইশাগীদমক্তা য়াম্না কন্না হোৎনজদুনা লেংদনা থমনবা হোৎনরগে খন্দুনা নুমীৎ অদুদগী হৌনা পোকপদগী য়েনছাং নাপী মকা অমা ফাওবা থাবা হৈজদনা হিংলকপা ঐহাক্না ইংখোল কোইদুনা মনা-মশীং পুথোক্নুনা ব্বাৎতনবা হোৎনজরগা হিংবা তমখী।"

ঙসি খংহৌদনা থৌদোকশিং অদো নিংশিংলকলে। লময়ানবা অসে খর ঙাংনবা ব্বাগদৌরে। নিংথিরবা যৌবনগী খম থেংলবা মতম অসিদা নহা ওইবগী হৌনবা মহৌশা লাইরেম্বীনা য়াৎলম্বা লম্বী, মহৈ - মশিং তম্বা, হরাও তয়াম্বা, লৈকোন্দা চংলগা লৈ ওই, হৈকোন্দা চংলগা হৈ ওই, শাবী শানৌগী নুংশি ব্বারীনা পোখাফম ওইগদবা চহি মতাং অসিদা লময়াম্বগী লম্বী নাথৈরকপা অসে অতৈ কনানা খংদ্রবসু মমা মপা অনিনদি চীংনবা হৌরক্লে। মচাগী ব্বাখল খল্লু খল্লুরগা মাগী থম্মোয়সে ব্বাগে তৌরকএ। মাগী নুপীসু খংহন্নিংদে। লোইনমক হায়রুরগসু নুপীনিনা হেন্না ব্বাশিনখিগনি। ব্বাখল অদো থৈদোক্লগে খল্লদুনা মাগী নুপীদা হায়-

"অয়ুক্কী চাগদবা-থক্কদবা পুরক্লো । লময়ানবসু হৌগৎলক্লনি অদুগা ঐসু মীগী পৈশা কাইগদবসু লৈ ।"

মেমীনা চা লৌথোকপা চংখ্রিঁঙদা ব্বাখল অমুকসু খলহৌই। মচাগী মরাইবক্তা করি তমলমগদগে খনবা হৌরকই। অঙাং পীশক ওইরিঁঙদগী অচুম্বা পান্নকপা শাওখ্রগা হন্দবা কিদবা মীওই অমা ওইরক্কদৌরি। ছাত্রগী লিদরনি হায়দুনা নুমীৎ খুদিংগী মমান্নবশিংনা মহাক্কী ব্বাহৈতা ঙাইদুনা লৈ। অমুকসু খল্লি- মুন্না খল্লুরবদি ফত্তবা থবকসু

নত্তে তৌগে তৌজরসনু। পাল্লিবা সরকার অমদি অচৌ অশাংশিংগী করপসন য়েংশিনবা হায়বসে থব্রাই মাংনিংঙাই ওইবনি মরমদি হৌজিক্কী মতমদা কনানসু অচুম্বা পামদে। অচুম্বা ঙাংবা মী ব্রাই, অরানবা ঙাংবা মী নুঙাই। অসুম্না খল্লিঙৈদা মেমীনা চা পুথোরকই।

"চা লৈরে, মোই পাবুং।"

শামুনা চাদু অমুক্তং চিংলগা খংহায় হায়দোকখী-

"মেমী, মী শিবু পোকলগা চাওবা, অসুম অসুম অহল ওইশিল্লকপা অদুদগী শিখিবা অসিবু করি কান্নরিবগে?"

"করিনো কদাইদগী ব্রানো মখোই পাবুংনা ঙাংলকইবসিবো!"

"নত্তে, থম্মোয়দগী খংথোক থোকখিবগী ব্রানি। পুন্সিগী মরমদা নহানমখৈ কয়া খল্লুদে। অহৌবা অমদি অরোইবা হায়বদি পোক্লগা শিবা!"

অসুম্না ঙাংনরিঙৈদা লময়ানবা মফী-মরোল য়াম্না নান্না শেৎলগা থোক্লকই অদুগা মপাদা -

"পাবুং, ঙসিদি নচা অমুক্তা খুরুমজগেবা!"-হায়রগা মপাদা খুরুম্মী। মপানা হায়-

"করিগীনো নংনা ঙসি ঐঙোন্দা য়াম্না খুরুমনিংলিবসে?"

মপা-মচাগী মওংদু উরগা মমানা হায়-

"খুরুম্ববুদি য়াইয়ে। অদুদা চখোক-খোত্তোক লমদাইদা খুরুম্মু, অহল-লম্মন, মমা-মপা খুরুম্বা হায়বসিদি মৈতৈগী আ- মমাংঙৈদগী চৎনরক্লবনি। নিংথিনা ফম্নগা চাদু থকউ ইবুংঙো, ঙাওশিন্ননু।"

" ইমা ঐ ঙাওশিন্নদেয়ে ।"

"চুম্মীদা ইচাবুদি ঙাওশিন্নদে। অদুদা মী ময়ামননে নংগী মরমদা খবরদা ইবা, নমান্নবা ছাত্র ময়াম অসিনসু নংবু মখোয়গী লিদরনি হায়বা, নংনা মরোল অমা চৎখিবদগী হল্লকতবসিনা, নং হেক ঙাইবদা ঐদি থবায়সে লানগদৌরে, নুংশা থিবা অমা য়াওশিল্লকলে ।"

লময়ানবনা নোক্লগা হায়-

"করিমত্তা নুংশা থিরুনু। পুন্সিসে অকিবা, মীপাইবনা পীক থল্লি। নুঙাইনা হিংবা য়ানবগীদমক্তা নুঙাইনা লাইরিক তম্নবগীদমক্তা অহোংবা খর পুরক্কে তৌবনি। ঐখোয় ছাত্রশিংনা শোইদনা ঙম্লগনি খন্নরে। ঐখোয় পাবুংনা হৌজিক য়াম্না ফজবা অমা হায়খী , ইমুংদা তাবদা নুঙাইমনখ্রদুনা খুরুমলিবনি ।"

মমানা হায়-

" অদুগী ওইরে, অঙাওবসিদি !"

ফক্লাংগী ঘড়িদা অয়ুক্কী পুং ৯:৩০ তাশিনখ্রে। মপানা -

"বেঙ্ক চৎলুখিগে। হোরেল নুমীদাংবাইরম ঐখোয় অহুম মীটিং তৌসি, বারী শাসি ।"

লময়ানবা মমাগা ফমহৌই। মেমীনা মচাদা মুন্না য়েংই, লময়ানবসু মমাদা মুন্না য়েংই।

"করিগী য়েংলিবনো ইবুঙো, করি তৌরে? চানবদু খরগাপীয়ুরা ?"

"চানবগী নত্তে, ঐনা য়েংলিবসিদি। ইমা নংসে ওস্থোক্লা নুংশি। মী খুদিংমক্লসু মমাবু নুংশিরমগদ্রা? ইমানা পীজবা অমবু ওইরবসু অমবু

ওইরবসু হেক্তা হাওই। মফম অতৈদা চাবগা সুকমান মান্নদে। ঐ ঙক্লিবনি মসিবু করিগীনো ?”

“ মীওইবগী চৎনবীনি, মদুনবু মমা-মচা হায়রিবনি। মচাগী মফমদদি মমা খুদিংমক ঈশ্বরনি, লাইনি। অদুগা মমাগী মফমদনা মচা হায়বসে থবাইগা চপ মান্নবা পোৎশক অমনি। নুপী ওইবনা মচা য়াওদনা খক হিংবা ঙমদে, কনাগুম্বী মচা লৈজদবী মমাশিংগী পুন্সিদি অৱাবনি। মচানা ইমা হায়না কৌরকপা নুমীৎ অদুদা নুপীশিংগী পুন্সি মহয় য়াল্লে খঞ্জরিবনি। মমানা মচাগী য়াইফনবতা ঈশ্বরদা খুরুম্মী, নুমীৎ চুপ্পা খন্দুনতা লৈ। করিগুম্বা মতমদা লাপ্পা লৈনদুনা উন্নদ্রবসু মচাদুগী মশাদা খুদোংথিবা অমা থোকপা মতমদা মমানা খংবা ঙম্মী। তুম্বা মতমদা মঙ মংবদা খংই। থায়নগী অহল-লম্মলশিংনা চাক থোংবদা মচা লাক্কনি, লাকওই হায়বা ঙল্লিবনি।”

লময়ানবনা ইরাই লায়না খুম্মী-

“তৌরমদৌ মাল্লি ।”

মমানা মখা তায়-

“ অদুননে, ইবুঙো চৎথোকলুরবসু ঙন্না-ঙন্না হল্লকউ। লম লাপ্পা চৎথোক্কনু।”

লময়ানবা অমুকসু হন্না মমাদা মুন্না য়েংই। মমানা কপ-প্লেট কোল-লিক পুশিল্লগা চংখিবদো লময়ানবনা য়েংহৌই। মমানা ইমুংদগী লাওরকই-

“ চাক ফজনা চারগা চৎথোকউকো, ঙাইহাক্কী মনুংদা চাক লোইরগনি।”

পুং ১১ তারকপা অদুৱাইদা থাবল্লে, তফিং-তফিং চেনশিল্লকই।

পব্লিক স্কুলদা ক্লাস এলভেন তন্নীবি থাবল্লে স্কুলগী উনিফোর্মসু শেৎলি। লাইব্রিক খাওসু য়াল্লি। থাবল্লেনা হায়-

" ঐদি ওহ্লোক্পা বানা থিরুরেদা। ঙসিদি নখোয়গী নমান্নবা সুবোলহোয়- কাসু অমত্তা থেংনদে। পাউ অরুবা অমা হায়গে হায়দুনা চেল্লকলিবনি। ক্লাসকা অমত্তা তৌদ্রে। ছুটী থারে। অদুম্না ফমদুনা লৈথোক্লগনু। ঐ পাউ অমা তাদুনা চেল্লকলিবনি ।"

"করি তৌরগে থাবল্লে? ইফিং ফিংনু। করি পাউনো তারকইবদুবু ? "

"ছাত্র ময়াম ফাবগা ফুহৌই, পরিক্ষাসু য়ৈথোক্কদৌরে। নখোযগী লময়ানবদো কদায়দা লৈ হায়না পুলিসনা হংহৌই। ঐ নাকোংমক্লা তারক্লবনি। কদায়দনো অমা লোৎলুরো। চৎলো মীনা খংলোয়দবা মফম অমদা লোৎলুরো ।"

"নং য়াম্না ফিংগৎলে, ঐগী কাদা ফন্নগা বারী শাসি। ইমানা চৎথোক্কনু হায়বদুদা ঐ ফন্নমলিবনি নত্রবদি ঙসাইনা লাক্লগদবনি।"

" নখোয় ক্লাসকী ছাত্রশিংদো ফুবদা মকোক কায়নহৌরে , নহাক লাক্তবদো লাইনা কনবনি ।"

"লাইদো ইমানি!"

হায়রগা মখোয় অনি ইমুংদা চংমিন্নখি। মপা অমুক য়াম্না ফিংনা চংলকই।

"নখোয়বু কনামত্তা লৈত্রবরা য়ুমসিদা ?"

"হো, লৈয়ে, ঐখোয় লোইনা লৈয়ে। করি তৌরবগে ?"- মেমীনা খুম্মী।

"নখোয়দি করিমত্তা তাদ্রবোইরে, কৈথেল কাইরে, মী পুম্নমক

মপোৎ মঁচে য়োমদুনা চেন্নখ্রে। বেঙ্কতগী পৈশাসু কাইরকতরে, থোং লোনশিনখ্রে। সরকাবনা কর্ফিয়ু থমখ্রে। হয়েং শোরাতকী পোৎকা অমত্তা লৈহৌদ্রে। শোরাত শোন্দবদি য়াদে।"

মেমীনা -

"খুদৈকাদু অমত্তা লৈরক্ত্রবরো ?"

"মীনা পৈশা লৌথোকহৌদ্রে, কৈথেল কাইরে হায়রমক্তদা।"

"অদুবু মরমদুবু করিগীনো ? কবিগী কৈথেল কাইরিবনো ?"

" মরমদো ঐসু খংদে। পংফুদা ফুন্নে, পংচেন্দা চেন্নে, মরম খংদে। নচানুপা লৈত্রা?"

"মাবুদি লৈয়ে।"

মচা লৈ তাবদা ওঝা শামু খরমখৈ পাখংলম্বা ফদুনা হায়রকই-

"অদুদি লাকও, স্বাই-কৈরোল লৈকাইদা খুদৈ লৈত্রা হংলুসি। শোরাত শোন্দবা য়াবা পোৎ নত্তে।"

অসি হায়রগা মেমীগা শামুগা থোকখি। লময়ানবগী কাদগী থাবল্লেগা লময়ানবগা থোকমীন্নরকই।

"তারেদনা নখোয়গী পাবুংনসু মরম খংদে হায়রিবদো।"

"মরম অমত্তা লৈতনা লম্বী চৎপা মীবু নত্রগা লাইরিক তমলিবা ছাত্রবু ফুবসি য়াব্রনে ? ফুবা তারবসু করিগী ফুরিবনো হায়বদো খংফম থোকই। শিবা তারবসু করিগীনো খংদনা শিরবদি মীওইবশিংসে মী অমত্তা নত্রে ।"

" অদুগুম্বা চুমদবা চৈক্ষু অদো ঐ য়ানিংদে। অসুম্না য়ানিংদবা মী কয়ামরুম লৈরমগনি। থাবল্লে, ঐদি অরানবশিং অসিগী মায়োক্তা লান হৌরগে খল্লে। মসিনা ঐগী নুংঙাইবা অমদি শীনফম ওইরগে খল্লে।"

"নংনা অদুম হায়না ব্বারেপ অমা হেক্তা লৌরিবদো করিগীনো? ঐহাক্না হায়বদি নহাক হৌজিক লোৎলো হায়বনি। থানাশিং অদুনা নংবু থিরক্লনি ।"

" অদুদি অচুম্বগীদমক ঐহাক মীরোৎ ওইরগে, মখোয়না ফুদনবা ঐ লোৎখ্রগে। মীরোৎ ওইরগা অরানবগী মাইয়োক্তা লান হৌরগে, নণ্ড য়ারব্রা ?"

থাবল্লে মমীত্তা ঈরা চেল্লি। লময়ানবদা মুন্না য়েংই। থম্মোয়দা ব্বাসু ব্বাই, য়াসু য়ানিংই। হোয় হায়না মণ্ডক নোম্মী। ব্বাং চাউরবা লময়ানবগী মমায় তম্না য়েংখৎলি অদুগা হায়-

"অদুদি ঐনা নংবু অমুক হন্না উগনি হায়বা থাজদ্রে। নং য়াওদ্রবা ঐগী পুন্সিদি পুন্সি নত্তে।

লময়ানবা য়াম্না য়ানিংনা মণ্ডক নোম্মী অদুগা থাবল্লেগী মখুৎ অনি পায়দুনা হায়রম্মী-

"মঙাল অমা পুরগা ঐ নোংমা শোইদনা হল্লকখিগনি। লাকও, থেংখ্রগনি, থিন্দোকপীরগে।"

অসি হায়রগা তপ্না-তপ্না থোঙ্গাললোমদা থোক্লকম্মী।

লময়ানবনা মখোয়গী ইংখোল মনুংদগী রিক্সো থৌবা, কৈথেলদা পোৎফম ফম্বী, ফি-য়োনফম ফম্বী, মনা-মশিং য়োনবী, ভিক্ষা নিবা, কৈথেলদা হব্বাই-চেংব্বাই খুন্দুনা চাবা অঙাওবা, লাইরিক তম্বা কারকপা

অপীকপা অঙাংশিংনা মখোয় মশেল পুল্লপ থৈজিন্দুনা লৈবদো উরম্মী। লময়ানবনা হায়-

"থাবল্লে, ঐ শাওনিংবনা প্রোক-প্রোক চাকলে। ঐগী ইশাসে মৈবুনগুমলে। য়েংঙু, মরাল লৈত্রবা ময়াম অসে করিসু খংজদবা চন্লবা মীশিং ঙাক্তনি। মখোয়শিংসে উরগা মী ওৎলিবশিং অদুগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না শাওনিংলক্লে। ঐহাক খংঙি, ঐ লিদর অমা ওইরগনি। অৱাবশিংগী লৈত-লাইরবা, ইনাক-খুনবগী ৱাদি অরাইবনি। হিংবগী অধিকার অদুদি মৎফম থোক্তে।"

থাবল্লেনা হায়-

"ঐ নহাক্লা হায়রিবশিংসে করিমত্তা ভাব তাদ্রে।"

অসি হায়রগা খোংথাং তপ্না-তপ্না থাংদুনা মথন্তা চৎখি। ৱাখল মওল-মওল খল্লদুনা লময়ানবনা অনৌবা খোংথাং অমগী অহৌবা নুমীৎ অসিদা অতৈ করিমত্তা খন্দে। চৈনা ফুরগবু অচুম্বা শকপরা? অচুম্বগী মগুনদি কুইর-কুইরগা ময়েক লাবা হেনগনি। মতম চংবা য়াই, মাংজসনু। অদুদি কদাইদা চৎকনি? হঞ্জিন-হঞ্জিন খল্লি। ইমা পাবুংদদি তাকফম থোকই, তাক্লুরগা করি ওইরক্কনি মদুসু খংদে। নুপা মচা অনি অহুম চংলক্লগা লোন্না লময়ানবগী নাকোংদা করি করিনো খর হায়রম্মী। মখোয় থুনা চৎখি। লময়ানবনা চে-কলম পুথোকই। করি-করিনো খর ইরম্মী। ইবা লোয়রগা টেবলদা থনম্মী। খোংফম খর হন্দোক্লগা ইমুংলোমদা নুংশিনা য়েংই। মপান্দা য়েংথোকখিবদা ( নুমীৎ মমশিল্লে, মম্বদা ঙাইরি।) নোংঙানগদবদি য়াম্না ৱাৎলি। কদায়দা লৈরুনি, কদাইদা চৎকনি খংদনা লময়ানবা থোকখী। নুমীৎ অদুগী নুমীদাং ফন থেংলবফাওবা লময়ানবা হল্লকখিদে। অহিং তুমদনা মমা মপা অনিমক্লা

মাবু ঙাইখি। মমানা কপ্লম্মী। মপাগী পুক্নিংদা চিংনবা পোক্লম্মী। মমৈথংদা চে মচেৎ অমদা মহাক্লা ইরম্বা ৱাহৈশিং অদো থেংনদুনা পারম্মী অদুগা মাগী নুপীদা হায়-

"নচাদো হল্লক্করোই, ঙাইরুরগনু ।"

"মম্বনা শুক শুরবা অহিং অসিদা ইচাদুবু কদাইদনো, ঐগী ইচাদো শোইদনা হল্লকখিগনি। মানাঐবু থাদোক্তুনা খক চৎখিরোই। ঐ ইচা হল্লকপা ঙাইখিনি, ইচানা হল্লকপদা উনবা থাওমৈ অসে ৱাংনা থাংগৎলমগে। মল্লবা অহিংসিদা মমা ঐনা পীরিবা মঙাল অসে ইচানা উবা ওইরসনু !"

— — —

# অমনবা শেঙ্গাও

শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা শ্যাম কন্না চেল্লকই। মমাং লৈকাই অসিবু লাম্থোক্লবদি মনিং লৈকাইদি মানা ঙল্লগনি। মরমদি, মনিং লৈকোইদদি লৈরক, কোম্থোং চেনশিনফম, চেনথোকফম লোইনা খংঙী, চীনফানি।

মখুত্তা পায়রিবা খাউ অদুদা য়াওরিবা ঙানু, য়েন খর অদুনা মরোল অমা মখোল থোক্লিবা - গে-গে, কোক-কোক খোংথাং কন্না চেৎখৎলি শ্যাম। ঙানু য়েন হুরানবসিদা তোক্লগে হায়না কম্নারক হন্না খনখ্রবনি। হৈনখ্রবা শীনফমনিনা নুমীদাং হেক ওইবগা হেক্তা হুরান্নিংলকই। অহিংসু তগ্খায় অমা তুমদ্রে। হয়েং অমম অঙান শিন্নবদা ঙন্তা হৌগৎকদৌরিবনি। ঙন্না হৌগত্তুনা য়োলহৌদবদগী খুদোংথীবা কয়ারক নংখ্রবনি। লৈগদৌরিবা পাঙল হনুবদুনা মরোল অমা মরৌ লৈরিবা মহাক্লা পীরক্কদৌরিবা পৈশাদো শ্যামনা খংই। হাপ্লরোই খংনা খংনা খর হাপ্লু হায়বসে শ্যামগী হৈনবীনি। কৈ হনুবা অদুনা মরোল অমা -

"শ্যাম, ঐনা পীরিবা খরসে লৌশিল্লু, ঙসিগীতা য়েংগনু। মতুংদা চাম্মরক লৈরি ।"

মতম শাংনা মাগা মমল ঙাংনদুনা লৈগদবগী শরুক অপীবা খর লৌহৌবনা ফরনি খন্দুনা অদুম লৌশিল্লে। অসুম্না তৌনা হৌখিবনা শ্যাম হৌজিক চহি ১৬ শুরে। মীওই মীতৌগা ফজরে, ঝাং-চাউরবা,

কুচু-কুমেন ফজবদুদা মথন্তা মিংশেল য়েংজবা মতমদা নুংঙাইবা পোকচৈ। হুরানবা হায়বা মমিং অসে শ্যামনা পান্নকত্রে। লৈকাইগী নুপামচা, নুপীমচাশিংনা শ্যামদা লাই-খুৎশাংবি হায়না লক্লে। শ্যাম শাওদে। লৈকাইগী নুপামচা নুপীমচা নহারোলশিংনা লক্লদুনা-

"শ্যাম, ঙানু-য়েন য়াম্না লৈহৌবা মফম অমা তাকপীগে......।"

শ্যামনা খুম্মী-

"নখোয়না চানিংলবদি পুবীরক্কে, অদুগুম্বা মচা-মশু হুরানবগী থবক্তো তৌদবা কুইরে, নহানবাই অঙাং ওইরিঙৈদা পংতৌ তৌবগী বানি।"

তুরেলগী তোবর্বানগা হেক তাইননা লৈবা লৈকাইগী য়ুমদোংপোক খাংপোকশং অদুদা শ্যামগী মবোক হনুবী লৈ। কোয়না চৎলুরগা য়ুম অদুদা শ্যাম·হঞ্জিল্লি। নোংমা নুমিৎ অমা শ্যামনা মশাগী মশক শকয়েং মিংশেলদা মুন্না য়েংজরম্মী। মীংশেল য়েংলগা মথন্তা নুংঙাইবা পোকচৈ। লুনা থৌদুনা চৎলিবী নত্রগা কাইনেটিক হোন্দা তোংদুনা কলেজ কারিবী লৈশাবীশিংদা হায়বু হায়রুরবদি শোয়দনা য়ারক্কনি খঞ্জে। ফুরিৎ খোংগ্রাও ফজবা, খোংউপ লৈতবা অসিদা নিংহন্নে। মবোক হনুবীদা ওনশিন্দুনা হায়-

"অবোক, নশু চাওরক্লে খংলবদি লুহোং-খোংদোংবগী বাখল খল্লো।"

"অঙাওবসিদি, নুপীদি নংনা থিরক্কদবনি। হনুবী ঐনা কদায়দগী মৌ থিরুনি?"

হৌজিক্তি শ্যাম ঙানু, য়েন হুরানবা পুংলেপ লেপ্লে। অয়ুক নুংথিল তুরেলদা কুমদুনা খোয় চোপ্লুই। শোরোক্তা লৈশাবী মচা কাংবু

লাইরিক তম্বা চৎপদো খোইদানা য়েংজে। মচীন য়াওবী লৈশাবী অমনা-

"নমীত্তু য়েংলক্কনু ।"

"য়েংববু কৈদৌবগে, য়েংনিংদুনা য়েংলিবনি ।"

মখোয় ময়াম্না ব্রা-ব্রা নোক্কুনাচংখি। শ্যাম মীরক তিন্নিংলকই। শেলসু য়াম্না পাইনিংলকই। শেল য়াম্না য়াওবা মনি-বেগ অমত্তং শৎপা ঙম্নবদি মদুগী শেনফম অদুনা শেল্লেপ ওইরগা শেল তানবা হৌরগে খল্লি। ব্রাখল অসিদগী শ্যাম সিনেমা হোল ময়াদা লেপ্তুনা তঞ্জা ঙাইবা হৌরে। মনি-বেগ শৎপগী খুদোংচাবদি ইরাক লাক্তে। নুংতিগী নুমীৎ খুদিংগী অসুম চৎলকপসিদা কামিনি, সুন্দরি, ইবেচাওবী হায়বা মৌ নহা খরগা তিন্নরুরে। নোংমা-নোংমগী মখোয়গা নকশিন্নবা অসুম অসুম হেল্লকই। সিনেমা টিকেট কলাবাজার তৌবী নুপীশিং অসিনা শ্যাম ফংজবদা মনি ফংবগা চপ মান্নে। টিকেট ইন্নবা মতমদা মখোয় করিমত্তা ব্রাদ্রে। পৈশা য়েন্নবা মতমদা শ্যামগী শরুক ফাওবা থুংবিরে। মখোয় অহুমগী মনুংদা সুন্দরি হায়বী শক ফজবী মৌ নহা অদুনা ইহেল হেন্না শ্যামবু লুনা তৌই। শুন্দরিনা অসুম্না লুনা তৌবসিদা মখোয় মশেল কল্লকনৈ, কামিনিনা সুন্দরিদা য়াম্না থিনা চৈরম্মী-

"নহা পাম্বী তৌ-ঙম্বী, মীগী মচা অসি মাংহল্লগেরা ?"

সুন্দরিনা খুম্মী-

"কন্নিংলগা কন্নি, মাংহন্নিংলগা মাংহন্নি, নথৌ করি লৈ ।"

মখোয় অনি অদুম্না খৎনবা তারগা শ্যাম মখোয়দগী নাম্থোক্কুনা চেন্নিংলে অদুবু চেনবদি ইঙম ঙমদে। সুন্দরিনা শ্যামগী ফুরিৎ-খোংগ্রাও, খোংউপ, ঘরি লৈদুনা পী। নোংমা সুন্দরিনা শ্যামদা হায়-

"শ্যাম, ঐগী নুংশিফম লৈতে। নংসে য়াম্না নুংশি ।"

শ্যামনা খুম্মী-

"নখোয় মৌ নহাশিংসে ঐদি য়াম্না কি ।"

" অদুদি হায়গনু। ময়াম্বু কিরবসু ঐদি কিগনু। কলাবাজার তৌবসে ঐসু হৈনরমদে। নং লাকপদগী ঐসু হৌজিক্তি য়াম্না নুংঙাইরে ।"

মৌ নহাশিংগী মখুত্তগী নানথোকপসে শ্যামদা অরুবা অমগুম থোক্লে। নুংতি খুদিংগী সিনেমা হোলদা লেপ্লসে য়াম্না নুংঙাইবা নিশা অমসু ওইরে। লৈশাবী পাখং জুরা-জুরা, খুৎকা-খুৎকা, লেংগা-লেংগা থেংনবা, নৌরবা তঙাং-তঙাংবা চীঙ্বালশিংনা ময়ায় কাবগী মীনোক নুংতি নুমীৎ খুদিংগী শ্যামনা মতিন য়োত্তুনা য়েংই।

করম্বা নুমীৎ-থাদা মহাক্কীসু তনৌ-তনৌবী, তুংগী শম্না খ্বাং য়ৌবী, শম্লাং লেং-লেং চৎপী, চনুরা অমগা চীক্লা ফমদুনা নুংশি ৱারী শামীন্নজবা ফংগদগে খল্লি। ঙসি ফাওবদা শ্যামগী পুক্নিদা নুংশিবগী ঈহুল তমলকত্রি। নোংমা অরোইবা শোগী লাক্লবা মী য়েংলিঁঙেদা ইখং খংহৌদনা শ্যামগী নাকোংদা তনৌরবী খোঞ্জেল অমা তারম্মী -

" ৱা অমত্তা হংজগেবা, ৱারৌবীবা য়াদে ।"

শ্যাম খংপ্রেক খংলম্মী। পুক্নিদা অদুক মেংবা খোঞ্জেল অমদি মতিক চাবা ব্যাবহার অমুক্তা তাখিদ্রি। য়েংথোরকপদা নুপীমচা অমা লেপ্লম্মী , নুপীমচাদুনা হায়-

"ঐদি লৱায়দগীনি, কুম্মৈ য়েংগে লাকপনি। ঐনা পুরকপা খাও অদো ইনাক্তা থম্বনি অদুবু থিবা ফংদ্রে, মাংখ্রে ।"



শ্যাম নুপীমচা অদুদা খাও অদুগী মশক মওং, শেল কয়াম য়াওখিবগে অসিনচিংবা হংলবা মতুংদা পোৎ অদু কোয়থি থিরম্মী। মীগী মপোৎ লৌগে খল্লিবা মীশিংগী মথক্তা শ্যাম পুন্সিদা অহানবা ওইনা শাওনিংলম্মী। করিগুম্বা অমম্বা মরক্তা চিৎথ-নাম্থদুনা তাদুনা লৈব্রা হায়নসু য়েংলম্মী। অমম্বা মনুং অদুদগী থোরকপা মতমদা নুপীমচা অদুগী মখুৎ অদো শ্যামনা শম্বীরম্মী। অপীকপা মখুৎ অদু পায়বা মতমদা শ্যাম, মীহুল তিং-তিং চোংলম্মী। মপাল হেক থোরকপা মতমদা মৌ নহাশিং অদু লৈরমগনি খনবদা অকিবা পোল্লম্মী। নুপীমচাদুনা হায়রম্মী-

"পোৎ থিরিঁঙেদা লাকমীন্নবী ইমান্নবীশিং অমত্তা উন্নহৌদ্রে।"

"নখোয়গী য়ুম ফাওবা ঐ থিনবিগে, কদায়দনো ?"

"মাইবম লৱাইদগীনি, লোয়ালাকপগী লাই হরাওফম হৈক্রু ম খোং তান্না চৎকদৌরিবনিঁ।"

মখোয় অনি বস তোংদুনা চৎলম্মী। শ্যামগী পুন্সিদা অহানবা ওইনানুপীগা চৎমিন্নবদুদা থম্মোয়না পেঞ্জরম্মী। মৌ নহাশিং অদো অমুক হন্না উন্নররোই হায়না মবুক্লিংদা ৱাশকচরম্মী।ময়ুম মপা য়ৌরকপা মতমদা নুপীমচা অদুদা- " মীং অমুক্তং হায়রম্মু।"

" লুকমনি।"

হায়রম্লগা নুপীমচাদু থুনা য়াংনা চৎখি। শ্যামনা বসতগী কুমথরগা অতোপ্পা বস অমদা তোংনবা লেপ্লিঁঙেদা সুন্দরি মনাক্তা য়াম্না নক্না লেপ্লম্মী। সুন্দরি উবদা শ্যাম খংপ্রেক খংলম্মী। শাওনিংখিবনা শ্যাম ৱা ঙাংবা থোক্লমদে। সুন্দরি তপ্না-তপ্না মহাক্কী মপুক্লিং ফাননবা ৱা ঙাংলকই-

"নংগী মাংননবা ঐনা কৈদৌনুংদসু শিল্লোই। নহাক নুপী থিনিংলে হায়বা ঐ খংলে। কনাসু লৈজদবা নংদি ঐনা হায়বা ৱা তাও। লুহোংবা, নুপী থিবা হায়বসে শেলগী মথৌ ঙাক্তনি। নংনা ঐগী মতেং দরকার ওইগনি। নুপী অদুনা তুম্নবা ফম্মুং, চানবা চেং কদায়দগী লাক্কনি? ৱা য়াম্না লৈ, চৎসি লাকও। ঙসিদি ঐখোয়গী য়ুমদা চাক চারুসি।"

য়ানিংদ-য়ানিংদা শ্যাম সুন্দরিগী ময়ুমদা চৎলম্মী। চৎনা-চৎনা মথন্তা লুহোংবা-খোংদোংবদা চংগদবা পোৎচংশিং অদো খল্লম্মী। সুন্দরিনা হায়বা চুম্মী, ফম্মুং-কাংথোল দরকার ওই। সুন্দরিখোয়গী য়ুম য়ৌবা মতমদা নুমীদাংৱাইরম ওইরম্মী। মাগী নুপা অদো মমীত্তা ঈ কারদুনা মাঙ্গোলদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মা হেক উবদা সুন্দরিনা হায়-

" ঙসিদি পৈশাকা অমত্তা ফংলক্তে। লুপা ৫০ অসিনা ঙা মচা অমত্তং লৈবীরকউ। নুপা মচা অসে ঐখোয় ইচেগী মচানি। অরাপ্পদা চৎখিগদৌরিবনি, চাক চারা অমত্তা পীজখিগে।"

মাগী নুপা অদুনা পৈশা অদু লৌরগা মুরুম-মুরুম শোন্দুনা থোকখী। সুন্দরিনা শ্যামদা ওনশিন্দুনা হায়-

"মসিগী নুপাসে পৈশাবু ফংখ্রবদি হল্লক্করোইদবনি। ঐ চাক থোংগে, নঙ চাকখুমদা ফম্লোলাও।"

অসি হায়রগা শ্যামবু মখুৎ পায়রগা চিংশিল্লি। চাখুমদা ফম্না-ফম্না শ্যাম ৱাখলগী মঙ কয়া মঙলি। ঙসাই উন্নখিবী নুপীমচা অদুনা মাগী ৱাখলগী মাংদা কাতু-কারন চৎলরি। সুন্দরিনা নোক-খেদুনা ৱারী শারি। শ্যামনা ইমুং অদুদা লৈবা কোললিক, ফমুং-উপুনচিংবা য়ুম অমগী চংদবা য়াদ্রবা পোৎশিং অদুদা পুক্লিং চংনা য়েংলম্মী। মহাক্কীনি হায়বদা

ময়ুমদা পোৎ অমত্তা লৈতবদুদা মখায় ৱাজরম্মী। মবোক হনুবীদুগী খুয়াদা ঙাইহাক্তং হিপথজবা নত্তনা শ্যামগী ফমুং লৈরমদে। মাগী পুন্সিগী অচৌবা অৱাৎপা কয়াদো মথন্তা তপ্না-তপ্না খন্থজরম্মী। সুন্দরিনা চাক লোয়রে হায়রকপদা ভাব তারকই।

"করিগীনো ইপা-পাখৎলিবা অদুবো? ঐখোয়গী নুপাদু য়ু থক্তুনা লৈরমখিগনি , পাক হল্লকখিরোই। করিগী নংনা অদুক কিরিবনো? ঐনা লুনা তৌবীবা অসিগুম্না নংবু কনানা লুনা তৌবীবগে?"

"ঐ য়াম্না হৈনদ্রে, য়ুমদা চৎলগে ইঁতেমা।"

"অদুক য়াম্না শোল্লবদি নুপা ওইবা য়াররোই।"

সুন্দরিনা শ্যামগী মকোক্তা তপ্না-তপ্না নাম্থবীরম্মী। শ্যামগী মমাইদা হুমাং কারম্মী। অহিংগী অমম্বা অমদি সুন্দরিগী ৱাখল অনিগী মরক্তা শ্যাম চমম্নরম্মী। লুকমনিগী নুঙাইবা আশা অদুগা শ্যামগীনা অকিবা ৱাখলগা তোৎশিন-য়ানশিন্নরম্মী।

মৈ পায়দুনা সুন্দরিনা শ্যাম্বু কোম্থোং ফাওবা থিন্দোক্লম্মী।

" লৈহৌরো য়াররনি ইঁতেমা। নখোয় য়ুম্বু কিবগী ৱানি। অমম্বা অসিদি ঐঙোন্দা করিসু নত্তে।"

সুন্দরি হেক চংখিবগা শ্যাম শ্বর মপী হোন্দোক্লম্মী। মশানা মশাগী পুন্সিবু য়াম্না তোল্লে হায়বসে ঙসিনা অমুক্কা হেন্না খংজরম্মী। নুমীৎ অদুগী নুমীদাংগী ৱাখল অদো লুকমনিগী ৱাখলদা ফুরা কয়া শাগৎচরম্মী। নোং হেক ঙানবগা লুকমনিগী মনাক্তা চৎলুগে হায়না চপ য়ুংনা খল্লম্মী। নোং ঙাল্লমদাইদা মী খরনা শ্যামগী থোংদা থিল্লদুনা কৌরম্মী-

" শ্যাম, শ্যাম থোং হাংদোকউ।"

অমনা অমুক - " ঙানু মপী ১২নি। লোয়নমক মরুম কোক্লবনি, মচা কোনগদবা য়াওরিবনি, পুথোরকউ। কদায়দা থম্মী?"

শ্যামনা -

" করিনো হায়বিরিবসিবু? ঐদি করিমত্তা খংদেনা। "

তুপ-তুপ, পোপ-পোপ ময়াম চংদুনা শ্যাম থিনা ফুরম্মী। মবোক হনুবী অদুনা করিসু তৌবা ঙমদদুনা কপ্লম্মী।

"মরাইবক থিরবা ইশু অসিবু মখোয় ময়াম চংদুনা হাৎপীরগে হায়রিবরা?"

ঈনা পুমতৈ তৈরদুনা শ্যাম লৈমাইদা তুরম্মী। অশেংবদো হায়বদা শ্যাম করিমত্তা কিরমদে-

"নখোয়না হাৎকে হায়রবসু হাৎলো, ঐদি নখোয়গী ঙানুদো লৌদে।"

ময়াম পুম্নমক হন্নথ্রবগী তুংদা সুন্দরি য়ৌরক্লম্মী। চান-থক্লবা, চেং - হৱাই, আলু, ঙমু লৈরৌনচিংবা পুরক্লম্মী। অশোকপা মফমশিং অদুদা হিদাক হাপ্লম্মী অদুগা হায়রম্মী-

"নংবু য়েংশিনবা হায়বসে ঐগীদি নুঙাইজবনি। তোনবদগী তোল্লবা নহাক্লি। অদু ওইরবসু ঐনদি নুংশি।"

শ্যাম, লুম্বনি মাইবম লোকপা চীংগী চীংখোংদা উন্নরম্মী। লুম্বনি ইকাইনা মমাই লুকথরম্মী। ৱা অমত্তা ঙাংবা ঙমজরমদে। মহাক্না শ্যাম অসে ইম্ফালগী মরেক-মহাও থোকপা অচৌবা মী অমগুম খঞ্জরম্মী।



খুঙ্গংগী নুপীমচা - নুপামচাশিংনা শ্যামবু উরগা পংনোক্তা নোক্লম্মী। অপীকপা অঙাংশিংনা অর্থ খংদনা নোকপদো শ্যামনা নুঙাইজে। য়ুমদা হল্লকপা খুদিংগী শ্যামনা ফমুং-কাংথোলগী মরমদা খল্লম্মী। মমৈথংদা খনবমখৈ খল্লগা মানা হায়বদা য়াগদবা মীদি সুন্দরিখক্তনি খল্লি। সুন্দরিগী মনাক্তা চত্তুনা শ্যাম্না নোংমা হায়-

"ইতৈমা, ঐহাক কাংথোল অমগী দরকার লৈ। শোৎপা ওইরবসু য়াই। ঐ য়াম্না থুনা শিংদোক্কে।"

সুন্দরিনা হায়-

" অদুক লাইবা অদুবু ব্রা ওইনা তৌশিল্লে। ঐখোয়দা নোংমা লাকউ। "

অনিশুবা নুমীৎকী অহিং অথেংবদুদা সুন্দরিনা শ্যামদা কাংথোল অমা পীরম্মী অদুগা হায়-

" ঐনা হায়বদুনি, ঐসে নংগীদমক্তা অমনবা শেঙ্গাওনি। মপুনা লুনা তৌবীদ্রবা শেঙ্গাওনি। শেলবু য়াওরবদি শেঙ্গাও অমনবসু কান্নবনি।"

শ্যামনা কনা অমত্তা য়াওদনা মথক্তনা কাংথোল অদো মকোক্তা থোঙ্গত্তুনা ময়ুম ফাওবা পুরম্মী। অনৌবা আশাগী মঙলান কয়া ওইথোক্কনি খনবদা মথুম-মরাং হৌরম্মী। মশাগী খাংপোক অদুদা কাংথোল অদু পুশিল্লম্মী অদুগা মবোক হনুবীদা হায়-

" নমৌনুপী লাক্কনি।"

নোংমা-নিনিদু শ্যাম থবক য়াম্না শুরম্মী । মদুদগী ফংলকপা পৈশা অদুনা লুকমনিগী ফনেক-ইন্নফি লৈবীগে খল্লম্মী। অনৌবা আশা

কয়া পুরদুনা নুপা থোক্লা শ্যাম লুকমনিগী মনাক্তা চৎলম্মী। হান্নগী শীং চনফম চীংখোং অদুদা লুকমনিগী মখুৎ পায়রদুনা হায়রম্মী-

" চৎলসি লাকও ঙসিদি, ঐখোয় অনি চৎখ্রগদবনি।"

" কদায়দা?"

" ঐগী য়ুমদা।"

" হো ইমা ঐদি কিজে।"

শ্যাম্না ঙমদুনা লুকমনি চৎলম্মী। মপুক্লিং য়াম্না নুংশিরম্মী। লোয়ালমদুদা শজিক চারিবা ষনশিংনা তুমিন-তুমিন লুক্মনিদা য়েংহৌবগুম, কদায়দা চৎলিবনো হংহৌবগুম লুকমনিগী মপুক্লিংদা চীংসু চীংনৈ , য়াসু য়ানিংই। ঈশিং ঈচাওদা চেক্লরকপা ঈচেলদা তাওথরকপা কাওশিংগুম শ্যামগী ঈরৈ কল্লবা বাখলনা পাইরিবা খুৎ অদো নাষ্ঠোকপা ঙমদনা চৎমীন্নরি। শ্যাম-লুক্মনি মরুপ মপাংগী ময়ুমদসু চৎলমদে। তোৰ্বানিগী য়ুমদোংপোক ওইনা লৈবা খাংপোক অদুদা চংলম্মী। মতম অদুদা মবোক হনুবী অদো ইশি-শিনা তুম্লম্লে। শ্যাম লুকমনিদা করি হায়গদবনো খংলমদে। অদুগা লুকমনিসু শ্যামদা করিসু হায়বা ঙম্লমদে। অহিং অদো অসুম চীকশিল্লকই। লুকমনি কিসু কিরম্মী, কপসু কপনিংলম্মী। শ্যামদা মুন্না য়েংলগা মপী মতুম-মতুম শিষ্ঠরম্লম্মী। শ্যামনা মপী অদু তৈথোকপীরম্মী অমসুং চেৎনা কোনবীরম্মী।

মথংগী অয়ুক অদুদা মবোক হনুবী অদুনা মগুনুপাগী মৌ লাকপা অদুদা হরাওজদুনা কোয়রাং লাংলম্মী। লৈকায়গী মীশিংনসু য়াম্না হরাওরম্মী। শিরমদাইদা হনুবী অসে সেবা তৌবীনবা ঈশ্বরনা থাবীরকপনি হায়নরম্মী। ইখং খংহৌদনা সুন্দরিগী খোঞ্জেল তারকপদা

শ্যাম খংপ্রেক খংলম্মী। মহাক্কী মশাদা অসুক্কী মতিক হৈনরমদে। মখোল অদুসু সুংতা তানিংলমদে। মবুক্লিংদা সুন্দরিবু য়াম্মা থিনা চৈনিংলম্মী অদুবু চৈবদি ঙম্লমদে। সুন্দরিনা উরম্মী- তনৌ তনৌরবী নুপী মচা অদো ফম্মুংদা ফম্লম্মী। মখুত্তা অঙাংবা খুজি অমমম শিরম্মী। খুৎশাশিংদো য়েংবদা নুংশি, তবুম-তবুমই; মমাইদো ঙৌরোক ঙৌনা কোয়দানৈ। য়েংবদা য়াম্মা নুংশিরম্মী। সুন্দরিনা হায়-

" কাংথোল লৌখিবদুদি নুপী থিননবা ওইরে। নংসে হৌজিক ঐনা কাংথোল হুরানবনি হায়দুনা ফাবা ঙম্মী। ফবদুদি ফাবীররোই" হায়রগা শ্যামদা য়েংলম্মী। শ্যাম শাওনিংবদগী থবাক্কী মীহুল লেপকে তৌরম্মী অদুবু সুনদরিনা লুকমনিংগী মশম নাহুবীবদুদা তুমিন্না লৈরম্মী। সুন্দরিনা লুম্মনিগী লাইবক, খজাই, খদাং পায়দুনা য়েংলগা হায়রকই-

"য়াম্মা নুংশিরিনে।"

শ্যামনা হায়রকই-

" ইতৈমা নং চৎখ্রো, নমান্নবী পুম্নমক বজারদা লৈরম্লনি।" কল্লপ্না সুন্দরিদা ঙাংই। চৎলমদাইদা শ্যামদা ওনশিন্দুনা হায়রম্মী-

" ঐবুদি নংনা তান্দ্রবসু চৎলনি। ঐদি কলাবাজারসু তৌররোই, বজায়দসু চৎলরোই। ফংলগা চানি, ফংদ্রগা তোক্কনি নংগীদমক্তি ঐনা ৱারিবদি, হুরানবদি তোক্লোকো।"

— — —

# জাৎ অহুম

শীং খায়বা লোয়রগা রহিম হুমাং তৈথোক-তৈথোক্লা দুকানগী গাদীদা ইশি- ইশিনা তুম্লিবা চন্দ্রদা য়েংঙী। মনাক্তা লৈবা ক্কারুবাক অদুদা অমুক য়েংঙী। ক্কারুবাক অদো ইহাং হাংই। হেক হৌগৎপগা ক্কা লৈরুরো হায়রক্লনি হায়বসি মহাক খংই । হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা শম্বলদা য়াল্লিবা ফুরীৎ তাপ পাই। লীৎনা লীৎনা চৎপা হৌই, মচীন্দসু মুরুম মুরুম শেল্লি- "মসিগী অহলসি লায়মা ফত্তেদা। তুঅদ্রিঁৎদা লুপা ৫ দং লৌথোক্লগা পীবদি পীনিংদে হেক হৌগৎলকপগা পানা চাগে হায়রনি।" ঙাংন ঙাংনা কৈথোললোমদা চৎলি। -"মী অতৈগী ক্কাসু চাদে মানা তৌরিবা ক্কা অহাওবা মনা অহাওবা হায়রক্কনি।" ঙাংন ঙাংনা রহীম কৈথেল য়ৌরে। চন্দ্রশিংগী ক্কা লৈফম বামোন নুপী অদু লৈরমদে। ঙাইহাক্তং চপ লেপ্তুনা খল্লী-"নীঙায় চাওবা অহলনি, ক্কা হাওতবা লৈরে মীব্বা তানি, লৈদ্রে শাওনি কাল্লে ফুনি, কান্দ্রে ফুনি, অদুগীসু মথক্তা ক্কা লৈনবা শেলসু পীরমদ্রে শোংকে লাকপনি নুপীদুসু লৈরমদ্রে।" ব্বাখল তৌনা তৌনা রহীম খুঁদে ফীরৈদা য়েপ্পা পৈশা মখুৎনা মারকই। শোংফম লৈত্রবনিনা লৈবা তাবনি। হোরেল শীং অখায়মন লৌবদা পুন্না লৌরগে লুপা ৫ সিসু য়াওনা, খল্লিঁৎ তাঞ্জা অসিদা নাকলদগী থৌরানি ক্কা য়োনবীনা লাওরকই-

" কোক্তগী পোৎ অসে থারোলাউনহে পাওল শকথিবা।"

“থৌরানি কারকপা ফরেদা, ঐখোয় অহলগী চাননবা ক্বা লৈতে হায়দুনা চেল্লকপনি।”

“ক্বা চাদবা নুমিত্তা নখোয় চন্দ্রশিংদো শিগদৌরিবনি। আ সোম্তিদগী হৌনা চারক্লবনি।”

ঙাংনা-ঙাংনা থৌরানিদো পোৎ থাদুনা ঈশিং চাইথোকই, কৈথেল লাইরেম্মী খুরুমই। ক্বা মনা, শুনু, য়ুবী হিদাক মনা লোইনা পুথোকই। রহীম্না মানা হান্না পায়রম্বা লুপা ৫ অমুক হন্না য়েপশিনখী অদুগা হায়-

“ পীরো চৎলগে।”

“ করিনো রহীম, পৈশা থাদরকউ, খুলাংখাসিদা।”

“ অহল কন্না তুমহৌরি অদুনা পৈশা পুরকত্রবনি। মা হেক হৌগৎপগা লৌরগা পীররগে। তুম্বা হৌগৎলকপদা ক্বা লৈরমদ্রবদি ঐগী কোকসে শায়রনি।”

“ নকোক পীজগেরা, নখোং পীজগেরা পৈশা হান্না পুরকউ।”

“থৌরানি,নখোয়সু ঐখোয় দুকান্দগী শীং শোৎপা অদুম পীরিবদুনি, দুকান মশেল খর খর য়েংনসি।”

“য়াদে য়াদে, শুকয়া য়াদে।”

“য়াদ্রগা চৎলে।”

খোংকাপ ১০মুক কাপ্পোকই অদুগা রহীমনা থৌরানিদা মমায় ওনশিল্লক্তুনা মুন্না য়েংই। থৌরানিনা হায়ফেৎ নোক্লগা-



"পাওনগী তাৎতো শীৎ তৌরনু শীগেজন, কা অসে লৌরুলাও।"

" তুনিদনা।"

থৌরানিনা রহীমদা প্লাস্টিকী বালটিন মচা অমা পীরগা -

"কা মনা চান্নবা তোতিশিদগী ঈশিং খর শোক্লকউ, মনা চামগে।" নোক্না-নোক্না হায়।

রহীমনা চেন্দুনা ঈশিং শোক্লুই। অদুগী তুংদা লুপা ৫গী কাগা মনাগা লৌরে। লা মচেৎ অমদা য়োমশিল্লগা হায়-

" ঐসু কা মতপ অমত্তংদি চাবা য়াবনি।"

"সে-সে চারোসে হৌজিক্তি। নপু-ননাই অদুক চান্ননা লৈবা উবদা ঐখোয়সু নংবু নুংশিদবা ঙমদেনে, শকথিবা কোয়জোম্বা।"

থৌরানিনা রহীমগী মতপ অমগা পীরে। চখোম চাউনা উমলগা খোংথাং কন্না থাংদুনা শীং খায়ফমদা হল্লক্লে। মানা হল্লকপা মতমদা চন্দ্রশিং হৌগৎলল্লে। ফক্তা ফল্লগা কা ঙাইরম্মী। রহীমনা চন্দ্রশিংদা কা পীরগা মখা তারকই,

" শোৎকে য়াদদুনা কয়া কুইনা ঙাংনরে।"

চন্দ্রশিংনা কাদো লৌরগা চানা চানা -

" নঙোন্দা পৈশা য়াওখিবদুদি?"

" য়াদ্রগবুদি পীরমগদৌরিবনিদা। মতৌদুতা য়েংবনি।"

চন্দ্রশিং কা চাদুনা লৈ। রহীম মতম মাংহন্দে, শীংজং তাপ পায়দুনা শীং খায়বা হৌই। শীং খায়ন-খায়না বা ঙাংঙী। রীহমনা ঙংবা বাসে চন্দ্রশিংনা

অদুম তায় পাউখুমদি খক পীদে। করিগুম্বা খুম্বা তারবসু রহীমনা ব্বা ১০০ ঙাংবগী মনুংদা চন্দ্রশিংনা অমা খুম্মী। রহীমনা ঙাংবা হৌই-

" শীংসে হয়েংগা হংচিংকা খায়রবদি লোয়রনি। শীং পোরকপা হাও মচাদো, মচা নিঙোল অমা পোকপা মাল্লি। ওম্বোক্লসু কনখ্রে মাগী শীং অসিনা, মচীগী মচী ঙাক্তা।"

চন্দ্রশিংনা নোক্লগা হায়রকই -

" মশা লাকপদা অমুক্তা হায়য়ুনে। মানা শীং অচৌবা পুরক্লুনা নংনা খায়বা ফংলীবনি। নংদি য়ংয়াগী মপা মচাসে য়াম্না লুনা তৌবা ফবনি। মখোয় লৈরম্বদগী নংনা ঙসি লুপা ৫০/৫০ ফংলিবনি।"

"শেলবুদি ফংঙী হায়ববু খোং-খুৎকাসে মী ওইদ্রে।"

"য়ংয়াদু নংনা হাও মচা হায়না কৌবদু মহাক নুঙাইতে। নংনসু হল্লমগনি, মিং ওইনা অদুম কৌ। মবুক মপাও ফবা মীনি, নংসু নুংদি নুংশিরমগনিদা।"

শীং পুরকপা য়ংয়াগা, অপাওগা অনিদো ফন কুইনা লাকখিদ্রে। শোমদনা চন্দ্রশিংগী দুকান্দা শীং লৈরকত্রে। রহীমনা শীং গাড়ী ঙাইবসে ফন কুইরে লাক্তবা। অপাও, য়ংয়াগী ময়াম্বগী মচানি। মখুরাগা মচানুপাগা পুল্লগা শীং করবার তৌরক্লিবা কুইরবনি।

চন্দ্রশিংনা মখোয়দগী শীং ইতৎ-তৎতনা লৌই। য়ংয়াগী মপা মচানা চন্দ্রশিংদা ওঝা কৌই। নোংমা অপাওনা রহীমদা মীংগৌ খংদবদগী "হো পাগুল মচা" হায়না কৌখি। মদুদা রহীমনা য়াম্না শাওনা চন্দ্রশিংদা ব্বাকৎখি,

" অপাও হায়বসিনা ঐঙোন্দা খুরা - মাম্মা কৌবসু ময়াবনি।

পাঙল মচা হেক্তা হায় ঐদি য়াম্না শাওনিংঙি। য়ংয়াসু মঙায় চহিদি ঐনা ফজনা হল্লমগনি অদুবু নমহায় য়াম্না তৌই।"

চন্দ্রশিং তুমিন্না লৈখি ৱা অমত্তা ঙাংলক্তে। রহীম অমুক্তা হেন্না শাওনিংখি। মথংগী নুমিৎতা অপাও-য়ংয়া পুন্না লাকপা মতমদা চন্দ্রশিংনা হায়-

" অপাও নংনা রহীমদা পাংঙল মচা হায়না কৌখিবরা?"

অপাওনা খুম্মী-

" মাদি পাংঙল ওইবগী পাংঙল হায়বনিনা।"

চন্দ্রশিংনা ৱায়েল্লি-

" অপাও, মদু য়াদে। খুরা রহীম হায়য়ু।"

হন্দক মপা মচানা শীং থারদবসিদা রহীম লৈবা য়ারক্রে। চন্দ্রশিংদি থোয়না ৱাদে মাদি মহাজোন্নি। রহীমগীদি নোংমগী লুপা ৫০ তালহৌদ্রবদি চাক চারা অনি ফংবা য়াম্না ৱানা থোকই। শীং খায়নিংঙাই লৈত্রবসু রহীম চন্দ্রশিংগী মনাক্তা অদুম লাকই। চন্দ্রশিংগী ক্বা লৈরে, ঈশিং শোকই। থবক লৈত-লৈরকত্রগা শীং খায়ফমদা শীংকুপ খুনজিল্লি।

হাপ্তা অমা হৌখ্রে। চন্দ্রশিংগা রহীমগা ৱা তান্নে। শীংবুদি অমদগী ওইরবসু অমদগী ওইরবসু লৌগনি। অদুদা খ্বায়দগী লুরিবদি মপা মচাদো করি খুদোংথিবা থোক্লবা নত্রগা ইমুংদুদা অনা-অয়েক, অশি-অনা য়াওব্রা চীংনবগী ৱানি। য়াম্না থুনা লাক্কনি হায়রম্বা মপা মচানি। কুইরকপা অসিদা চীংননিংঙাই ওইরক্লে। চন্দ্রশিংনা শীং য়োল্লকইবা অসি চহী য়াম্লক্লবনি। গাড়ী ৱালাশিংদগী লৌবা শীংদি শেন্দোং য়াম্না ৱাংলি। য়ংয়া, অপাও

মপামচাদগী শীং লৌরক্লিবা অসে চাওরাক্লা চহি ৫ রোম ফারবনি। মখোয়দগী লৌবা শীংদি চন্দ্রশিংনা শেন্দোং ফজনা ফংই।

ফংলিবা শেন্দোংদগী রহীমগী পৈশা ফজনা পীবা ঙম্মী। মরম অদুনা চন্দ্রশিংনা মপা মচাবু ঙাইহিরিবনি। নোংমা নোংমগী অসুম হৌখিবনা শীং য়োন্নিংঙাই লৈরক্লে। চন্দ্রশীংনা রহীম থাদুনা ঈ-পাউ ফন য়াম্না হংহল্লুরে কনা অমত্তা খংই হায়রক্লে। উপায় লৈত্রদুনা চন্দ্রশীং অফং অফংবা শীং লৈরক্লে। তোংলবসু তোংদ্রবসু তৌরুরবা করবারনি। রহীমসু মাগী ফংফম থোকপা কয়া চপ-চানা হায়বা ঙল্লক্তরে। মহাজোন্না শেল তোংদ্রবদি শীং খায়বা রহীমসু শেল য়াম্না ফংদবদা ব্বারৌদ্রে। চন্দ্রশীংগা রহীমগা তিন্নরকপা য়াম্না কুইরে। অহানবদা রহীম য়েরুমগী করবার তৌরম্মী। য়েনগী লাইচৎ অমদা য়েন পুন্নমক শীখিবদগী অমুক হন্না য়েনগী করবার তৌবা ঙমখিদ্রে। অদুগী মতুংদা চন্দ্রশীং থেংনদুনা শীং খাযখীবনি। রহীমদি য়াম্না শীংঙী মহাজোনগী অপাম্বা লোয়না খংঙি। চন্দ্রশীং নুপী লৈখিদরে মচানুপা অমনা সিফায় খল্লি মচানুপা অমনা মেত্রিকতা হঞ্জিল হঞ্জিল ফেল ওইবদগী চাকথোং ফৌসু তৌদুনা লৈ। রহীমসু ইমুং মনুংগী থবক্তা য়াম্না য়েংশিল্লি। রহীমনা ফাগী তৌরকই-

"ইবোতোন, নংবু নুপী অমা থীরকওনে, মীরোলনগা লৈতবসিদা। নমান্নবশিংসু লোয়না থীনরে।"

" ঐদি নুপী থীবা হৈতেয়ে, নখোয়না খর থীবীয়ু।"

" ঐনা থীরগা নংনা য়াগদ্রা?"

" ইয়াদা য়ানি, মশক থীবদি পামদে।"

"শক্তা নংনবু ফজবা নুপী কদাইদগী ফংগনি।"

" ঐখোয় ইবোতোন্না হায়বসে চুমবজাৎনি, নুপীদি মশক খর ফজবা লৌগদবনি। হৌজিক্কালদদি ঐখোয় পাংঙল নুপীদসু ফজ-ফজবা লৈশাবী য়াম্না য়াওরে।"

"পাঙল ওইরবসু চীং নিঙোল ওইরবসু ঐদি ইয়া য়াই।"

নোংমদি অপাও লক্লম্মী। শীং খর পুরকই। ময়াম পুম্নমক ইঙক ঙকই। মানা কুইনা লাকখিদবগী মরমসু হায়রকই -

"ঐখোয় খুলগী শীং লৌফম লৈরক্তরে। খুল অনি খৎনবদগী মী পুম্নমক য়াম্না ৱানরে। খুল্লাকপসু ৱা-য়েনবা ঙমদ্রে। চানিংঙাই লৈতবা ইমুং য়াম্না য়াওনরে। চাক থোংনদ্রে, অরি-অরিবা পান, মাইরেন ফুৎলগা চানরে। খুরা, য়ংয়াসু কারবার অমদগী য়াম্না ৱারে। মচা নুপীসু লুহোংগদৌরি। ঐনা শীং খরসে হান্নদগী লৌশিন্দুনা থম্বনি।"

চন্দ্রশিং, রহীম,অপাওগী ৱারী তারম্মী। মাগী খুল মশেল হাৎনবগী অৱাবা ৱারী অদো মবানিসু অৱাবা শরুক য়ারম্মী।

করি করম তৌরগা খৎনবদু লোইশিনগদগে হায়না হংবা মতমদসু অপাওনা পাওখুম চপ চানা পীবা ঙম্লমদে। মমাংঙৈগী হৌখ্রবা ৱাথোক্লি, অমুক অমুক নিংশিংলক্তুনা মথী ফোংলক্লিবনি হায়না তম্মী। খুল্লাকপশীংনদি লোয়শিন্নবা কন্না হোৎনবী অদুবু পাক লোয়শিনগদবা মান্দে। মমাংঙৈগী মতমদসু খৎনরিবা খুল অনিসে মৈ থানবদগী মৈনা তুম্না চাক্লরবনি। অমুক নৌনা শাগৎপনি। হৌখ্রবা পীক্লবা মৈরীকশিং অদুনা মৈজাও ওল্লক্তুনা লৈরম লৈরম্বা পুম্নমক উৎ ওইহনবনি। ৱারী তানা তানা চন্দ্রশিং, রহীম অনীমক্কী ৱাখলদা চমম্নবা পোকহল্লি। নুমীৎ অদো চাক থোংদুনা মখোয় অহুম চামিন্নরম্মী। চন্দ্রশীংনা হায়রম্মী-



"তাইবংপাল অসিদা জঙ্গলগী শা-উচেক ফাওবা পুন্না হিংমিন্নরে অদুগা ঐখোয় মীওইবদি কাওলুপ অমত্তনি নুংঙাইনা হিংমিন্নগদবনি। নখোয় ঐখোয়সে তাইবং মপুগী য়ুম অসিদা ঙাইহাক ঙাইহাক লৈরম্লগা চৎখিগদবা ঙাক্তনি।"

চাক চাবা লোয়রদুনা অপাও হনখরে। চৎলমদাইদা হায়রম্মী-

"খুরা য়ংয়াগী মচানুপী লুহোংবদা নখোয়সু লাকউ। লুহোংগদবা নুমীৎ ১০ নিদা ঙাইরে, তারিখ ১১ দা লুহোংগদবনি। চৎলগেকো ওঝা চন্দ্রশিং।"

হায়রম্লগা অপাও চৎখী। চন্দ্রশীংনা খল্লকই য়ংয়াগী মচানুপী লুহোংবসি চৎপদি ফবনি অদুবু করম্না চৎকনি। দুকান সিমগা লৈশিল্লে, মীরোন্নগা লৈতবনে, পোৎপাং অমতদি পাংফম থোকই। রহীম হেক্তা থারগে খল্লে।

লুহোংগদবা নুমীৎ নিনি ঝাৎলিঙৈদা চন্দ্রশিংনা শেল পিরগা কৈথেলদগী সনাবুল অমা লৈহল্লুরে। চেগী বোক্স মচাদা হাপ্লা পোৎ অমখকসু রহীমনা লৈরগা লাকই।

রহীমনা চন্দ্রশিংদা হায়-

" ঐসু পোৎপাং অমত্তংদি পাংনিংদুনা লৈরকই, য়েংগে-লাক্কে হায়রক্কনু য়েংবা য়াদে। হয়েং তুমিন্না পীগদৌরিবনি।"

রহীমনা য়েংবা শুকয়া য়ারোই হায়না হায়না বোক্স মচা অদো মাগী ফীরৈদা কন্না য়েপশীনখীরম্মী।

"পাংঙলগী হৌনবী তৌরকএদনা।" হায়না চন্দ্রশীং নোকই। রহীমনসু খুল্লকই-

"পাংঙল ঐ লৈত্রবদি নখোয় ইমুংসে ফন য়াম্না য়াগনি। পোৎপাং থিনবসিসু ঐনা চৎকদৌরিবনি। হয়েং চৎপদা শেৎননবা খুঁদে ইন্ননবা ঙবোংফী শুদোক্লুখিবা তারি, ঙন্তা চৎখ্রগে।"

রহীমন শীং খায়বা লোয়শিল্লি। শীং মপুল মরক্তগী খর লৌথোক্লগা হয়েংগী য়োন্নবা মপুল মচা মচা শেন্নল্মী। শীং মকুপ খোমজিল্লি, ফুঙ্গাদা থানবা মফম চানা থনল্মী। নুপী লৈজদবা চন্দ্রশীং ইমুংগী চাকখুম অৱাৎ-অপা, অলু, থুম-মোরোক, য়াইঙংনচিংবা লৈরব্রা হংলম্মী। অদুগী মতুংদা মখোং মখুৎ হামদোক্তুনা ময়ুম কুমননবা থোরকই। চন্দ্রশিংনা দুকান্দগী লাওহৌই-

"নংগী ঙসিগী খুশুমল পুররোইদ্রা?"

"মহাজোন, চেং-চাক লৈহৌরে, হয়েং পুন্না লৌরগে। ঐগী নমাজ তৌবগী মতমসু হেন্দোকখ্রগনি, ঐ চৎলে হয়েং ঙন্তা লাক্লগে।"

"নংনা অল্লাহদা নিবসে ফংগদবা মাল্লি।" -চন্দ্রশীংনা হায়রকই।

"ঐবু নচীন থী হায়নি-ঐদি য়ংয়া মপাগী য়াওনা নিজরিবনি অল্লাহদা।" - রহীমনা খুল্লম্মী।

মথংগী নুমিত্তা চন্দ্রশিং মহাজোন্না রহীমবু ঙাইরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী পুং ৬ তাবদা রহীম শীং খায়বা য়ৌরকপনি। ঙসিদি অমুক্তা হেন্না ঙন্না লাক্কনি হায়রম্বনি । মপুঙ্গিদা য়াহৌ অমুক্তা থেংখিদ্রিবা রহীমনী।

পুং ৭ তাশিনখ্রে। রহীমদি য়ৌরক্রে। চন্দ্রশীং থোরক্লগা রহীমগী লম্বী য়েংলকই, মপুক্লিংদা করি তৌরবনো খল্লি, কয়া নাগন্দবা হায়ফেৎ লাকফেৎ নারবসু অদুম মরাকপা, শোইগন্দবা রহীমগী লীচৎ চন্দ্রশীংনা খংঙ্গী। জাৎ মান্নদ্রবসু তিন্নরিবা অনিসে অমনা অমবু শীৎ নাননা খংনরবনি। পুং ৮ তাশিনখ্রে। বসকী পার্কিংদা মী ইচিক চিক্লম্বদুদা চন্দ্রশীং

ঙকপা ফাওই। কৈথেল নুপীশিংসু অমা অনী নত্তনা অতে পোৎফমদি ইহাং হাংই। পুলিসকী গাড়ীনা কন্না কন্না মখারোমদা থৌথবা উই। করিগুম্বা অমদি শোইদনা থোক্লে খন্দুনা চন্দ্রশীং লেপ্তুনা য়েংই। চংশিন্দুনা হংগদবসু হংবা য়াবা মী অমত্তা লৈরমদে। ফন কুইনা লেপ্লবা মতুংদা মী অশোকপা কয়া হোস্পিটাললোমদা পুখিবা চন্দ্রশীংনা উরকই। মী পুন্নমক খোইরেল মশা পাইবা হেনগৎলক্লে। চন্দ্রশীং বা ঙাংদনা চীংনবা অমদগী খোংথাং কন্না থাংদুনা হোস্পিটাললোমদা চৎপা হৌরক্লে। মফমদু য়ৌবা মতমদদি পুন্নমক খংবা ঙম্লে মদুদি পীক্লবা বাথোক অমগী খুৎ থোক্নরকপদা মরাল লৈজদবা মুসলীম কয়া পাক্তকনা শীরে। মৈতে কয়াসু শিরে। অশোক-অপন কয়াসু য়াওরে। লম্বীদা চৎপা, গাড়ীদা তোংবা মুসলমান কয়াগী অশিবা হকচাংশিংনা লৌবুক লমহাং মচি মচিদা তাদুনা লৈরম্মী। চন্দ্রশীং মঙগী মতৌগুম ময়ামদুগী মরক্তা রহীমখক্তবু কোইথি থিরক্লম্মী। মপুক্লিংদা রহীম শোইদনা য়াওরম্লনি চপ য়ুংনা খ লম্মী। নুমিৎ য়ুংবা মতুং ফাওবা চন্দ্রশীংনা রহীম থিবা ফংলমদে। মমৈথংদা অকোনবদা লাকপা গাড়ী অমদা অশিবা ময়াম নমশিন্দুনা পুরকই। রহীমনা শেৎপা খুঁদে চন্দ্রশিংনা খংই। চন্দ্রশীং থুনা চংশিন্দুনা শোয়দ্রে খন্না রহীমগী অশিবা মশাদু চিংথোক্লম্মী। মকোক অদু ঈনা পুমঙাং ঙাংলম্মী। রহীমবু মতমপাক্তা পমখৎলম্মী, মথবাক্তো স্বর হোনবগুম্বগী মওং মাল্লম্মী। য়াম্না ফীংনা রহীমগী মশা অদু থাঙৎতুনা হোস্পিটালগী মায়কৈদা চেল্লম্মী। মীয়াম পুন্নমক পুলিস য়াওনা চন্দ্রশীংবু তান্নরক্লম্মী। অদুগা চন্দ্রশীংনা লাওরম্মী-

"লৈবাক মচাশা, মসে ঐগী ইনাওনি মহাক্কী মশাদা হৌজিকসু মীহুন লৈরী। মীয়াম্না থৌজানবীদুনা ঐগী ইনাও অসে অমুক্তা কনবীয়ু।"

চন্দ্রশীংগী খোল্লাও অদু তাবদা মীয়াম পুন্নমক চেনশিন্নরক্লম্মী।

দোক্তরনা খুলায় থাদুনা য়েংবা মতমদা রহীমগী মশাদা মীহুল হুনবা লেপখীরম্মী। শীরে হায়না মীয়াম পুম্নমক হন্দোকখিরম্মী। চন্দ্রশীংনা দাক্তরগী মখোংদা কোন্দুনা ঐগী ইনাওশিতদি কনবীয়ু হায়না কপ্লি। দাক্তরদুনা চন্দ্রশীংগী মখুৎ অদু মখোংদগী লৌথোক্লগা হায়রকই-

"তাদা হৌজিক্তি ঐখোয়গী খুৎতা লৈত্রে, ঐবু ঝারৌবীগনু।"

তৌফম খংদ্রদুনা রহীমগী মশাদা তপ্লা তপ্লা নানবীরম্মী। শেৎলীবা খুঁদেগী ফীঁরেদা ঙরাং লৈখিবা চেগী উঁপু মচা অদু য়াওরম্মী। য়ংয়াগী মচানুপীগী লুহোংবগী পোৎপাংনি, য়েংবা য়াদেসু হায়রম্মী। চন্দ্রশিংনা চেগী উঁপু মচা অদো হাংদোক্লুনা য়েংলম্মী। অপীকপা ধাতুনা শাবা য়েংবদা য়াম্না নুংশিবা পিকতক-চেংতক তৌবা যীশুগী মুর্ত্তি অমা পীক্লবা উঁপু মচা অদুগী মনুংদা য়াওরম্মী। চন্দ্রশীং রহীমবু কোল্লগা কপ্লম্মী। কপ্পমখৈ কপ্লগা অতিয়াদা মমায় থাঙ্গত্তুনা লাওরকই-

"হে অল্লাহ্! মতৌ অসিবু করিনো? নঙবু কদাইদা লৈবগে? নঙনা রহীমবু কনবীয়ু মাবু অমুক্তং হীংহনবীয়ু। হে আল্লাহ্! অসিরা নঙগী দুআ! হে ভগবান! হে ঈশ্বর! মাগী মরাল করিনো?"

ধাতুনা শাবা যীশুগী অপিকপা মুর্ত্তি অদুশু রহীমগী মশাদগী চেন্থরকপা ঈ অদুনা পুমঙাং ঙাংনা চোৎলম্মী। উঁপায় লৈত্রবা চন্দ্রশীংনা রহীমগী হকচাংদা ফী অমনা কুপশিনবীরম্মী অদুগা য়াম্না তপ্লা-"হে অল্লাহ্! মাগী আত্মাবু শান্তী ওইহনবীয়ু।"

---

# নোংপোক্না নোংচুপ্তা

"য়াদে য়াদে চৎপা শুকয়া য়াদে। ঐদি নঙোন্দা পৈশা পীনিংঙাইসু লৈতে। শেল য়াওদনবু লংফৈ চৎখোকপা য়াব্রা?"

"পৈশা পিদ্রবসু য়ানি। মখোয়না লোইনা পুখোক্কনি হায়।"

পেরি পেরি মনেদা য়েংলগা ঐগ্যা মচানা হায়। মকোক লুকথদুনা মনেনা করি মখা তারক্কদোইনো খল্লি।

"ষনগীষনথীনা কনানা শেংগদৌরিবা, শজিকনা কনানা ফানগনী? শঙ্গোম সের অমমম থোঁকলিবা ষনবিনি। লাই ৱালহৌবা, সনধ্যা আর্তিগীদি বামোন নেকপা য়াই। য়ুমগী থবক ময়াম অসিগীদি কনাদা নেকলুনি?"

"খুদোং চাবা অসে অমুক হন্না ফংলরোইদবনি ইনে। ক্লবকী সেক্রেটরিনা বাঁসি খোংবা ঙমবা, জগোইসু শাবা হৈবা ঐবু খল্লীবনি।"

"শকতা নঙবো বাঁসি খোংবা কয়াম হৈরদনা?"

"ঐখোয়গী লৈকাইদদি ইতোমতনি বাঁসি খোংবা হৈবা।"

মনেদো মখা তারকখিদ্রে। ঙাংগদৌবা খরা ঙাংলম্লগা শোরোকলোমদা থোকখ্রে। মনেনা চৈবা হায়বসে ঐগ্যা মচাদদি অনৌবা নৎতে। চৈদুনতা লাকলবনি। শনথি য়াম্না ফাইরবসু চৈ, ফাইদ্রবসু ষন মবুক থন্না পীজরমলরোই হায়না চৈ। লৈকাইগী উসব মেলাগী চাক

থোংবা য়াওবগী বামোন দক্ষিনা লৌরকলবসু চৈ, লৌরকত্রগসু করিগী লৌরকত্রিবনো নথিবোং পান্দে হায়দুনা চৈ। ঐগ্যা মচানা নোংমতা মাগা মান্নরুদে।

মাওন্ট অবুদা পাংথোক্কদৌরিবা কলচরেল একচেঞ্জগী থৌরম অমা নুমিৎ তরানি চুপ্পা চৎথগদৌরি। ভারতকী মফম পুম্নমক্তগী মী শুনা লাক্কনি। পুং, ইঁশৈ, লিলা, দ্রামা পাংথে াক্কনি। লৈকাইদা লৈবা কলেজগী ওজা মনিনা খুনুং ইঁশৈ অমদি লাই হরাওবগী ইঁশৈগী মরমদা পেপর পাথোক্কনি। লাই হরাওবা ইঁশৈগী দেমোনস্ত্রেশন তৌন্নবা বাঁসি খোংবা হৈবা, জগোয়সু শাবা ঙম্বা ঐগ্যা মচাসু য়াওনা চৎননবগীদমক নহারোল ক্লবনা শেল-থুমনচিংবা পুথোকপিদুনা চৎননবা থৌরাং অসে তৌরকপনি । ঐগ্যা মচাসু মতাং অসিদা চৎহৌদ্রবদি অুক হন্না চৎপা ফংলরোই খন্দুনা মনেদা য়ান্নবা কন্না তকনরি। লাইশঙ মান্দোপ ব্রাই তৈবা, শনথী শনয়ুং শেংবা ঐগ্যা মচাগী মথৌনি। মহাক্না চৎথোকখ্রগা থবক পুম্নমক অসে মনেনা তৌহৌগদৌরিবনি। মনেসু খন্দবদি নৎতে চৎতি চৎহন্নীংঙী।

“নঙগী লাইরিক তম্বগী খরচ ফাওবা পুবা ঙমদনা ঐনা অসুক ব্রানা লৈরিঁঙেদা নঙনা চৎকে হায়রিবসে শেলদি পীনিংঙাই লৈতে। চৎপবুদি চৎহলনিংঙী। ষন শেবাসু অরায়বনি লাইগী সেবাসু তৌবিনবা লৈনি অদুদা অঙাং ওইরিবা নঙনা মীরমদা চৎপা হায়বসে অরুবা থবকনি।”

ঐগ্যা মচানা খুম্মি-

“ঐ ইথন্তা চৎকদৌবা নৎতে,মনিংগী ওজা মনিসু চৎকদৌরিবনি।”

ওজা মনিগা চৎমিন্নগনি হায়রুবদগী মনেদো তুমিন্না লৈখ্রে। বামোন ইমুংদা পোকপা লাইগী সেবা চৎলিবা ঐগ্যা মচাবু মনেনা কুপ্না ঙাক শেল্লি। মমান্নবা তিন্নহনদে য়েরুম চাবা, শা চাবা হৈনরক্কনি খন্দুনা ইমুংদগী মপান থোকহনদবনি। মনিঙগী ওজা মনিদি মনেনা মুন্না কুপ্না খংঙী। শা চাদে, য়ু থক্কে অরিবা পোৎ অমদি মৈতৈ খুনুঙ ইঁশৈদা পুক্লিং লুপচবা চহি খর লিরবসু নুপি অঙাং থিদ্রিবা ওজা অমনি। ঙৈহাক তুমিন্না লৈরুরগা ঐগ্যা মচাদা মনেনা চৎপগী অয়াবা পীরে।

বসনা গৌহাতি ফাওবা চৎকনি অদুদগী অমুক ত্রেন তোংগদৌরিবনি। অয়ুক অঙনবদা ওজা মনিগা ঐগ্যা মচাগা রিকসো অমা তোংদুনা বস মখোং ফাওবা চৎলে। চৎন-চৎন ঐগ্যা মচানা হংঙী-

"ওজা ঐখোয়না চৎলীবা অসিবু করি তৌদোইনো?"

"কলচরেল একচেঞ্জ হায়রিবসিনি। ভারতবর্ষদা লৈরিবা মখল মখলগী জাতিশিং অসিগী তোঙান তোঙানবা লাইনিং লাইশোল, ইনাৎকী ওইবা হায়বদি মৈহৌরোলদগী কাইদনা লৈরকলিবা ইঁশৈ নোংমাইনচিংবগী শক্তম কয়া পুথোকনদুনা অমগা অমগা শকখংন্নবা হোৎনরিবনি। ঐ ইঁশামকশু মাওন্ট অবু হায়বা মফম অদো অমুক্ত চৎলুদ্রি, হন্দক্কী অসিনা অহানবনি। মৈতৈ ঐখোয়গী লাই হরাওবা অমদি খুনুং ইঁশৈগী নুংগী ওইবা ব্রাখললোন খরদি ওজা গুরুশিংগা নৈনদুনা ঐনা ইথোরকলে। নহাকনা লাইহরাওবদা শাবা জগোই, শকপা ইঁশৈগী শুর অদো বাঁসিনা হায়দুনা মতেক মতেক তাহনগদৌরিবনি।"

ঐগ্যা মচাদু ঙাইহাক্তং চমন্নখি। মীগী মমাংদা হয়েং চোপ্পুগদ্রা হায়না মথন্তা খঞ্জরম্মী। খন্না-খন্না বস কাখৎলে। মী অহুম ফমগদবা

সিট অদুদা হান্নবা নুপী অমা ফমদুনা লৈরম্বা উবদা ওঝা মনিদো খংহন হন্দোকই।

" ঐগ্যা মচা নং সোমদা ফমউ ঐ মতাইদা ফমগে।"

ইহান হানবা ওইনা ঐগ্যা মচানা ওঝা মনিগী নুপী নহাদা হঙ্গোইবা মতৌদো উবা ফংই। গাড়ীদি থৌরে। ঐগ্যা মচাদি উইবা হৌখ্রে। মাও য়ৌখিবা খংহৌদে। নাকন্দা ফল্লিবা নুপীদুনা হৌদোরকই।

" ইবুংঙো, ইতৈমদি কুম্বা ঙমদ্রে। হৈক্রু খর লৈবীয়ু।"

ঐগ্যা মচানা কুমথদুনা হৈদো লৈবীরুই। নুপীদু হাওনা চাই। ঐগ্যা মচাসু নুপীদুদগী হৈদু লৌরগা চায়।

" অশোমগী খুড়াসিদসু হৈসি খর পীখো ইবুংঙো।"

হৈক্রু অহুম-মরি পীরুবদা ওঝা মনিনা খর কল্লপ্না খুল্লকই।

" চানিংদেদা।"

ঐগ্যা মচাগী মখুত্তো খংহন হঞ্জিনলি। পুক্লিংদসু খল্লি- হৌজিক নুপীদুনা খুড়া হায়খিবদো নাপ খিত্তং চাফাত্তে। লাইবক খিত্তং শাংবগা, চিরাই খর তাংবগা পাখিবদুদা অহল ওইনা উরবরা খংদে। কুইদে ঐগ্যা মচাদি গাড়ি য়াংনা থৌগৎলকপগা লোয়ননা অমুকসু উইখ্রে। তৌববুদি চৎলমদাইগী অহিংদো সুকতুম তুল্লকত্রবনি। চৎপগী নুঙাইবা ব্রাখল অদুনা মীৎ উইশিনবা সুকয়া য়াখিদ্রবনি। দিমাপুর য়ৌরে হায়দুনা ওঝা মনিনা ঐগ্যা মচা হৌদোরকই।

" নুংঙাইদৌরি নংগা চৎমিন্নবা। তুম্ববু ফখ্রে।"

ঙাংনা-ঙাংনা ওঝা মনিনা বেগতগী ত্রেন টিকেট লৌথোক্লগা তোংগদবা ট্রেন নম্বর, সিট নম্বর য়েংথোক্লগা ট্রেন মথক্তা অমুক

কাখৎলি। মতমদো খর ঙনবনা ট্রেনদো পুমহাং হাংলম্মী। ওঝা মনিদো মমাই-মমীৎ তাথোক্লগা মেগজীন পাবা হৌই। ঐগ্যা মচানা ঙসাই বসতগী চারকপা হৈক্রু ফুরিৎখাউদা অমা য়াওরকপদো লৌথোক্লগা চায়। ওঝা মনিনা হায়ফেৎ য়েংলগা -

" ঙসাইগী নুপীদুনা চাবা হে় ময়ামদো উবদা ঐদি য়া কুম্বনা।"

" মীনা হে় চারগা ওঝানা য়া কুম্লবদি লোয়রেদনা। "

"অদুনিনে ইবুংঙো, হৈনদবা হায়বসে হৈনদেনে। নুপীগা অঙাংগসে ঐঙোন্দদি ইপক পক্লদে। ঐনা ছাত্র ওইরিঙৈদা দেল্লীদগী ইম্ফাল লাকপদা খুৎথিবা অমসু থোকখী। মচা অহুম চেনবী নুপী অমগা ঐগা ট্রেন তোংমীন্নরকই। অঙাং অহুমদো নুপা ঙাক্তনি। নাওরোলসু য়াম্না খুবা জাৎনি। অঙাং অহুমদো য়াম্না ঙাওই, মখুৎসু য়াম্না লেংই। মমা অদুনা অঙাং অহুমদু হোৎনবদা ব্রাবদু য়েংবা ঙমদদুনা ঐসু য়াওশিল্লি। য়াংনা চেল্লিবা ট্রেন গাড়ী অদুগী মনুংদা অঙাং অহুমদুনা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নবদু ফাবদা অব্রাবা অমা ওইরম্মী। জরনিদা চাজেনবী নুপীগা থেংনবসে পুমখি খিখী। অঙাং হায়বসিদি মথোং মরম খংবা নত্তে, হায়বা য়াবা য়াদবা ব্রাসু খংদে, হৈনদবা ঙাক্তা তৌরকই। নুমীৎ অদুদগী হৌনা নুপীগা অঙাংগসে পোৎলুম ওইনা খল্লি।"

মী মথং মথং কাখৎনরকই। মখোয়না ফল্লিবা সিট পরেংদা নুপী অমগা নুপা অমগা ফমলে। লুহোংবা কুইদ্রিবা মাল্লি। নুপা নুপী অনিমক শিন্দুর পাক্লা নম্মী। অরংবা য়াম্না কাপ্পা ফী ঙাক্তা শেৎলি। য়াম্না নুংশি চান্ননা মীৎচান্নদুনা ফম্মীন্নে । ওঝা মনিনা লুকথদুনা মেগজিন পাই। ঐগ্যা মচানা অমদা অমুক অমদা অমুক কোয়েং য়েংই। নুপীদুগা নুপদুগনা মরোল অমা হিন্দি ফিলমদগী খর হেল্লি। ফজনা য়েংলবদি য়াম্না নুঙাইবা

কুম্মৈনি। শাংলবা পুন্সি খোংচৎ অমগী খমদ্রিফাওবা চৎমিন্নগদবা খোংলোয় অনিগী হৌগৎলকপা মতম অমনি। মাউন্ট অবু য়ৌনবা চৎপদা ট্রেন গাড়ী অসিদা অহিং অহুম লেনগদৌরিবনি। ঐগ্যা মচাদি পুরক পুরকপা চাই, ওঝা মনিদি ইচা চাদে, ঈশিংদমক থকই। য়াম্না হৈনদবা মওংদা ইশু শুগৎতুনা লাইরিক পাদুনতা লৈ। নুমীৎ নিনি হুম্নি অসিদা ওঝা মনিগী মশক মচু ওল্লি। ময়াংসু কংশিন্না উরে।

রাজস্থান য়ৌগদৌরে। ট্রেনদগী কুমথরদুনা বস তোংদুনা মাউন্ট অবু য়ৌনবা চৎকদৌরিবনি। রাজস্থান হায়বা লম অসি কলা সংস্কৃতিগী মরমদা, ফিশা-লোনশাদা তোপ-তোপ্পা লমদম অসিগী মশক ময়েক শেংনা লৈবনি। ওঝা মনিগী মীত্তা রাজস্থানগী তোপ-তোপ্পা শক্তমশিং অদো য়েংননবা হোৎনরকই। লৈঙোই লমগী লবুক, নাপী-শিংনা হৌদবা লমহাং ফাওদুনা গাড়ীনা চেনশিল্লকই।

"ঐগ্যা মচা কুমথনবা শেম শারো। রাজস্থানগী স্টেসন য়ৌগদৌরে।" ঐগ্যা মচাসু হরাওনা-

"য়ৌশিল্লকপসিদা ট্রেন মনুংগী মনমসিসু অরোইবীনি।"

" নমথিরিবা, মোৎলিবা পুম্নমক অসে ট্রেন অসিগী মরাল নত্তে, ঐখোয় তোংলিবশিং অসিননি। গাড়ী অসিদি ঐখোয়বু লম্বী লমশাং, লবুক-লমহাং কয়া কয়া ফাওদুনা লমথুংফম য়ৌনা পুরক্লিবনি।"

ত্রেন থাদোক্লন্নগা বসকী টিকেট ককতুনা মাউন্ট অবুগী বসতা অমুক ফন্লে। বসতা হেক কাখৎলকপদগী অনৌবা অহোংবা অমগা লোয়ননা নুংশিরবা সিতারগী মখোল তারক্লম্মী। লু-নাল্লবা অঙৌবা ফীনা কোভর শেল্লবা ফমফমশিং অদু মোন-মোন লাওই। নমথিরবা

মোৎলবা ব্বারবা ট্রেনগী জরনি অদু লোয়দুনা অনৌবা আশা অমগী মঙাল ফাওরকই। অশংবা মচুগী চীংদুম কয়া কয়া উবা ফংলকই। তইং-তইংবা নুংশিৎ হকচাংদা থেংলকই। ইশিং-নুংশিৎ অসিদি ঐখোয়গী ইরমদম মনিপুরগা মান্নবদুদা ওঝা মনিদা ঐগ্যা মচানা হংই-

"ওঝা রাজস্থান হায়বা লম অসি যাম্না শাই হায়বদাই। মফম অসিদি করিমত্তা শাদেনা।"

" ঐগ্যা মচা, ঐখোয়না লাক্লিবসে লৈকংলা লৈরিবা অশাবা মফমনি। অদু ওইরবসু মাউন্ট অবু হায়বা মফম অসিদি ঈশিং নুংশিৎ য়াম্না নুংঙাইবা চীং লৈবা মফম অমনি।"

কেম্পকী মফম অদু চীংদোং মচা অমগী মথক্তা শাবা স্কুল অমদা ওইরম্মী। স্কুলগী নাকলদা লৈবা গ্রাওন্দ অমদা টিন্না খন্দোক্লুনা কলচরেল হোল শারম্মী। অশংবা অমদি হিগোক মচুগী বেজ থেৎপী লৈশাবীশিংনা মখোয়বু তরাম্না ওক্লম্মী। নুপা মচা নুপীমচাশিংগী লৈফম তোঙান তোঙান্না শেল্লম্মী। পেপর পাগদবা সেনিয়রশিংগী লৈফম তোঙাল্লি। চীংথক্তগী নুংশিরবা লাইশোল ঈশৈ য়াম্না মেংনা তারকই। হেক থুংবগা মশানা মশাবু শক তাক্লহল্লী। হেক লোয়বগা বেজ থেৎপী সপনা কৌবী লৈশাবী অমনা লমজিংবীদুনা অহানবদা ওঝা মনিগী লৈফম তাক্লে। মথংদা ঐগ্যা মচাবু অমুক পুরক্লে। লৈফম অনি অদু তাম্লে। ময়াইদনা প্রোগ্রাম তৌফম হোল লৈ। ঐগ্যা মচাদা সপনানা-"ঈরুজরুরগা চা থকপা থোরকউ" হায়না হিন্দিদা হায়।

ঐগ্যা মচাসু হিন্দিবুদি খর খংবনি। ঙাংথোকপদা খর কোয়বগী ব্বানি।

ইরু মাইথরগা ময়ামগী অপুন্বা চা থকফমদা সপনানা হান্নবা ঐগ্যা মচাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। চা থক্লা থক্লা সপনানা অমুকসু হংই-

" ঙসাই হায়খিবা মিংদু অমুক্তংগা হন্না হায়য়ু, ৱারৌবদি য়াদে।"

"ঐগ্যা মচা।"

" মিং অদুগী অর্থ লৈবরা ?" সপনানা য়াম্না খংনিংনা হংই।

ঙাইহাক খল্লগা ঐগ্যা মচানা য়াম্না তপ্না খুম্মী-

"সোতে থাকুর।"

সপনাদো ঙৈহাক্তংদুগী মনুংদা মাইথোংদা তাবা মমি খংহোং হোংখিরম্মী। মতিক চাবা চৎন লোনচংকী ব্যাবহারগা লোইন্না চাগা চাননবা বেসকিত অদো ঐগ্যা মচাদা লানশিল্লম্মী।

চা থকপা লোইরবা মতুংদা ঐগ্যা মচানা ওঝা মনি নিংশিংলকই। করিগুম্বা ৱাফম খরসু হংগদবা লৈরি। বাঁসি খোংবা মতমদা শেৎকদবা ফীগী মরমদা অমদি পাংথোক্কদৌরিবা থৌরম পরেংদুগী মরমদা। ইম্ফালদগী মনেনা কোয়েৎ অমদি পীরকই। নুমিদাংৱাইরম ফাওবা ঐগ্যা মচানা ওঝা মনিবু ঙাইরম্মী অদুবু ওজা মনিদি উবা শুকফং ফংদ্রে। মমৈথংদা ঐগ্যা মচানা ওঝা মনিগী লৈফম তান্না চৎলে। মখোয় সিনিয়ারশিংগী লৈফম অচৌবা য়ুমদুগী নাকল য়েৎ, ওই অনিমক্তা লৈকোল লৈরম্মী। লৈকোল অদুদা অমুক্তা উদ্রিবা ফজ ফজরবা লৈ শাৎলী। য়ুম অদো অনৌবা খুৎশা নৎতে, অরিবা মতমগী য়ুমশা মাল্লি। ঐগ্যা মচানা ওঝা মনিগী লৈফম হংলুবদা য়ুম শংবা চৌকিদার অদুনা খুদোনবী থিন্দুনা লৈফম তাক্লকই। মশম মনা ইরুজরুবগী খর খর চোৎলদুনা ওঝা মনি মশা য়াম্না ঙমদনা অচৌবা কাদুগী ময়াইদা থাবা ফম্মুং অদুদা মখোং য়াম্থদুনা ফম্লম্মী। ঐগ্যা মচা উবদা হায়রকই-

" ইরুজরুবদগী হকচাংসে লাইহৌ হৌবগুম তৌরে।"

" ওঝা, গুলী খর চাহৌসি। ওঝাগী মাই মীৎতো য়েংবদা নাগদবা মাল্লি। ট্রেন জরনিদা খর ব্রাবনা ওইরমবসু য়াই। ওঝাসু চাক-ঈশিংদি ফজনা চাখিদ্রে।"

ওঝা মনিগী মশাদো অরুম লাইহৌনা থক থক নিক্লকই। ঐগ্যা মচানা তৌফম খংদনা লৈরিঙেদা নুপী অমা চংলকই। মহাক নোংচুপ লোমগী নুপী মাল্লি, কুচু ঙৌই , ব্রাং চাওই। মশম অদু ব্রাওথাংনৈ। অঙৌবা মচুগী ফুরিৎ লিৎলি। অঙৌবা মচুগী খোংউপ তোংই। মমীৎনা শংবান্নে। হেক চংলকপগা ঐগ্যা মচাদা -'হেল্লো' হায়না খজিক্তুং নোকখী।

"মাই নেম ইজ মিস নান্সি।"

ওঝা মনিনা নিকমনবদুদা ফম্মুংদা হিপথখী। মৈতৈলোলনা ব্রা মতেক মতেক ঙাংলকই।

"ঐগ্যা মচা ঐ য়াম্না ইকাইদৌরি। মীগী লমসিদা লাক্লগা নাগদৌরিমাল্লে। অরুম কন্না হৌরে।"

ঐখোয়না মৈতৈলোলদা ঙাংনবদু করম্না ভাব তাবনো খংদে। নুপীদু ফুক হৌগৎখি। থংনবা কাদগী অথা অথাবা ফী লৌরুরগা ওঝা মনিদা শুপচিল্লি। কা অদুগী মতাইদা শীংনা মৈ হৌনবা লৈরিবা লৈরং অদুদা মৈখেৎ খেৎতুনা হৌগৎলি। নুপীদু সুংলেপ লেপ্লে। মপান্দা অমুক থোকখ্রগা মখোং পানবা অইনবী ট্রে অমদা হিদাক লাংথক য়াম্না য়াওবা অমা ইন্দুনা পুশিল্লকই। নুপীদুনা ওঝা মনিগী মরাইবক্তা, মখোংদা, মখুত্তা তাপ তাপ পায়দুনা য়েংই। নুপী অদুগী মতৌদু য়েংবদা

য়াম্না নুংঙাই। মহাক ওঝা মনিদা হিদাকশিং অদুদগী অমা লৌরগা পীজখী। নুপীদুনা থোকখ্রগা ঈশিং অশাবা অমুক পুশিল্লকই। ওঝা মনি ৱারী শারকখিদ্রে, য়াম্না নুংঙাইনা পোথাবগুম লৈখ্রে। ঙাইহাক পোথারবা মতুংদা ওঝা মনিনা ঐঙোন্দা হায়রকই-

" ঐগ্যা মচা নুপী অসে ঐখোয়গী ইন্দিয়াগী নুপী নত্তে। মহাকসু কলচরেল একচেঞ্জ য়েংবা লাক্লিবনি। ইন্দিয়াগী কলচরব থিজিন-হুমজিনবা লাক্লিবনি। মহাক্না ঐঙোন্দাসেবাতৌরিবসে য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। ঙসিদি ঐহাক পোথারগে নহাক প্রোগ্রামদু য়াওরুরো।"

চৎলমদাইদা হায়রম্মী-

"ওঝাগী নাবা অদু ফত্ত্রবদি ঐবু কৌবীরকউ।"

কেম্প তৌবা নুমীৎ নিনি-হুমনি শুজিল্লকএ। ওঝা মনিসু থোইনা কন্না নাদ্রে। ভারতকী মফম অয়াম্বদগী লাকপা মীশিংগা নাক্সিগা পুন্না ফম্মিন্নদুনা মনিপুরি ফোক্ক-সোংগী মরমদা খন্ন- নৈনৈ। ওঝা মনিনা ৱা ঙাংবা মখোয়না য়াম্না পুক্লিং চংনা তাই।

কেম্পরশিংগী মনুংদা সপনা কৌবী লৈশাবীদুনা ঐগ্যা মচাবু লুনা চান্না তৌই। ঐগ্যা মচা হায়বা মিংসে হায়বা নুঙাইতে হায়দুনা সোতে থাকুর হায়না হেক্তা কৌই। কৌবগা লোয়ন- লোয়ননা থাকুর খান্দান অমদা পীগদবা ঈজৎ সনমান সপনানা ঐগ্যা মচাদা তৌই।

" সোতে থাকুর, ঐসু থাকুর খান্দানগী ইমুংনি।"

ঐগ্যা মচা পুমঙাও ঙাওখ্রে, তরংদা সপনাবু য়েংই। লাউরবা মমীৎ অদু কুফেৎ- কাফেৎ খল্লী। নোকফম মতাং ইচা চাদনা নোকফেৎ তৌই। সপনানা খল্লিবা ৱাখল অদু করম্না খাল্লুনি। চুম্নতগী ঐগ্যা মচা হায়বগী

হিন্দিদা সোতে থাকুর হায়না অর্থ হল্লুবগী ৱাতনি। সপনানা নুমীৎ খুদিংগী কোয়রুসি, মখোয়গী য়ুমদা চাক চারুসি, পীয়ানো খোংলুসি হায়দুনতা লৈ। কলচরেল প্রোগ্রাম য়েংবা খুদিংমক্তা সপনানা ঐগ্যা মচাগী নাকলদা ফম্লনবা হোৎনৈ। ঐগ্যা মচানা হোই নোংমা চৎসি হায়না য়ৈথোক্কুনতা লৈ। মপুক্লিংদদি চৎনিংই অদুবু ফুরিৎ খোংগ্রাও ফজবা অমত্তসু লৈতে। মহাক্তি ফৈজোম অমগা ফুরিৎ খোংগ্রাও অমদগী হেন্না পুরক্তে। সপনানা তকমনবদগী ওঝা মনিদগী ফুরিৎ অমত্তং ৱায়রুরসিরা হায়না খল্লি। ওঝা মনিসু সপনাগা ঐগ্যা মচাগা লোয়নবদু হায়ফেৎ হায়ফেৎ য়েংলকই। নক্লনিংবা, তিন্ননিংবা, শোক্লনিংবা মীওইবগী পুন্সিদা য়াম্না তাংনা থোকই হায়বসি ওঝা মনিনা য়ানিংলে। মশা পাবী, কুচু মুরং তৌবী, নাতোন্দা নাশিকা মচা অমত্তং হুৎপী নুপীমচা অসিগা ঐগ্যা মচাগা য়াম্না চান্নন৷ তিন্নবসে ওঝা মনিনা নুংঙাইবা পোকই। খৃতুশিংগী মতৌগুম্না লাক্লিবা পুন্সিগী তাঙ্ককশিংবু মীওইবনা ইন্দুনা চৎত্রবদি করি তৌগনি। পীদোনজরবা বামোন লায়রবা, মনেনা য়োকপা ঐগ্যা মচাগী পুন্সিদা অসিগুম্বা মতম অমসু শোইদনা লাকফম থোকই।

কেম্পতি নুমীৎ মপান্নি হৌজিনখ্রে। লোইগদবা নুমিত্তা ঙাইরে। ঐগ্যা মচানা ওঝা মনিদগী ফুরিৎ অমত্তং ৱায়গে হায়দুনা নুমীদাং প্রোগ্রাম লোয়রগা লাকই। মী অয়াম্বা তুম্নখ্রবা মতমনি। অদুবু ওঝা মনিদি মাগী তুম্ফম কাদা লৈরমদ্রে। থোক্কুনা য়েংলুবদা কেম্পকা থংনবা লৈকোন্দা ওঝা মনিগা নান্সিগা য়াম্না নুংঙাইনা ফমদুনা ৱারী শান্নরিবদু উরকই। মুশি মুশিবা থাবলগী মঙালদুনি। টেবল মথক্তা চাক্লিবা কেন্দল অদুগী মঙালনি। মঙাল অনিগী মরক্তা নান্সিগী অঙৌবা মাইথোং অমদি ওঝা মনিগী নোকমি নোকমিবা মাইথোং অদু উবা ফংই। নুমীৎ অদুদা ওঝা

অনিদু অমুবা সুইট শেৎলি অদুগা ৱাওথাংনবা তাই অমসু পুল্লি। মী অঁতৈদা নুমীদাং অদো তুমনবা মতম ওইরবসু মখোয় অনিদি ৱারী হৌবতা ঙাইরম্মী। মরমদি চুখৎপদা ঙাইরিবা কেন্দল অদুনা শাক্কীনি। অহানবা ওইনা ওজা মনিনা মখোল থোক্লা নোকপদো নুমীদাংগী অচিকপা অদুদা য়াম্না হৌনা তারম্মী। ঐগ্যা মচা ঙকপোয় নুঙায়বোই তৌদুনা মখোয় অনি য়েংদুনা লৈরে। ঙায়হাক লৈরগা ওজা মনিনা নাম্সিদা ঈশে শকপা তন্বীবগী মওং তপ্না তপ্না তারকই। মৈতে লাই হবাওবগী ঈশেনি চেক্লা পাইখরবদা ... ... ... পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা ... ... ... চেক্লাগী কায়দোংফম খংদবনা পোম্বী কঙাওনখরে ... ... ... শাবি ইনেমচা পাম্মুবী চীংনুংগী সনা লোক্তুদগী পাইবিরক্লো ইনেমচা পাম্মুবী। নাম্সিনা সুর খর কায়রপ-কায়রপ ঈশে অসি হায়রকপদা ওজা মনিনা নোকফেৎতমক তৌই অদুগা হঞ্জিল হঞ্জিল হায়দুনা মওং মরিল চুম্না শক্লনবা তন্বীরকই। ঙায়হাক লৈরগা কোফি খর হৈদুনা থক্লবগী মতুংদা। তুমিন-তুমিন লৈনখ্রে। অচিকপদু থুগায়দুনা নাম্সি ফন্নীবা চৌক্রিদা ঙাথরদুনা ঈশে তপ্ন শকলকই।

Would you know my name

If I saw you in Heaven

Would you be the same

if I saw you in heaven

ওজা মনি ঈশেদু তাবদা সুমহৎখিবগুম তৌই লেং লাকখিদ্রে। মদু উবদা ঐগ্যা মচা ফুরিৎ ৱায়বগী ৱাখল থাদোকখ্রে। ঐগ্যা মচা মাগী কেম্পতা হনখ্রে।

মথংগী অয়ুক্তা নাপ্সিগা ওজা মনিগা পুন্না লাক্লগা ঐগ্যা মচাদা হায় –

"মফম অসিদা 'নাককিলেক' কৌবা লেক অমা লৈ। ঐখোয় য়েংবা চৎলুগনি। নঙসু চৎনিংলবদি লাকউ অদুগা হয়েংদি ঐখোয় হল্লগনি। নুমীদাংদা কেম্প ফয়ার তৌগনি "।

ঐগ্যা মচানা য়েংবদা ওজা মনিদো ফিজেৎ চাকচা পুমহোং হোংখ্রে। হান্নদি কুরতা পাইজমা য়াম্না শেৎকনবনি। থাংমনবদগী তোলহাইনবা অমসু য়াওবনি। হুজিক্তি শুৎ-তাই অমদি কোত লিৎশিনবদুদা ময়াং কংবগা অমৎতা উখিদরে। ঐগ্যা মচানা ওজা মনিগা নাপ্সিগা থোকখিবদো মুন্না য়েংঙী। ওজা মনিনা ওনশিন্দুনা অমুকসু লাওরমই –

"লাকওমদনা লাকপনি মফমসিদা, নঙসু কোইথোকনিংলগা কোইরুচো।

ঐগ্যা মচা করিমৎতা খুমখিদে।

কেম্প ফয়ার লোইখ্রে। নোং হেক ঙানবগা মী পুন্নমক চৎননবা লোইশিন্নবে। কাইনবগী মীকুপ অদো অসুম অসুম য়ৌশিল্লক্লে। কেম্পকী গেস্তা অশাং অশাংবা বস পরেং লেংদুনা লৈরে। অমগা অমগা ওনশিন্দুনা পুকমেন পাউমৈন্নে। নহানমখৈ ইমুং অমতংগী পোকমিন্নবা মচিন মনাওগুম চাকখুম অমৎতদা চামিন্নখিবা বীদাইগী মতম অসিদা কোন্নদুনা কপমিন্নবসু য়াওই। সপনাসু ঐগ্যা মচাদা ময়োম অমা পীরে –

"ত্রেন জরনি চৎপদা চান্নবা ঐনা নঙগীদমক পরোথা য়াম্না পুরকলবনি। সোতে থাকুর নঙনা খোংবা বাঁসি মখোল অদো য়াম্না নুংশি। ঐসু তমনিংঙী হয়েং নঙনা মনিপুর থোকখ্রগা ঐগীদমক্তা অদুগুম্বা বাঁসি মচা অমা থাবিরকউ"।

সপনানা অরোইবা ওইনা ঐগ্যা মচাগী মখুৎ শোক্লগা –

"চিঠি ইরকপা কাওগনু হেক য়ৌবগা ইরক্কদবনি" হায়রমলগা অতোপ্পা মী খর উন্নবগীদমক নাকল অমরোমদা চৎখি। কেম্প মনুংদগী ঐগ্যা মচানা ওজা মনিগা নান্সিগা থোকমিন্নরকপা উই। কাংখ্রোঙ পানবা অইনবা অমা নান্সিনা ইল্লি। মদুদা ওজা মনিগী সুইটকেসসু য়াওরী। বস মখোং য়ৌরগা ওজা মনিদা ঐগ্যা মচানা হায় –

ওজা সপানা ঐখোয়গী ফোক্ক সুর অসে বাঁসিদা তাবা য়াম্না ফজে মাসু খোংবা তমনিংই হায়রি, ঐগী বাঁসি অসি প্রজেন্ট ওইনা পিরুগে"।

ঐগ্যা মচা নঙসিদি মীরক তিন্দেদকো। মী পুন্নমক প্রজেন্ট পিনরি। নঙগী মহুৎ অমা য়ুম য়ৌরগা লৈবীগে পিরুচো চৎলো –

"ওজা অদুদি ঐ পিরুখিগে" হায়রগা বসতগী ফন চোংথখি।

গাড়ী স্টারত তৌরে, লৈরম্বা গাড়ী পুন্নমক থৌদোক্লরক্লে। পুন্নমক্লা অমগা অমগা খুৎ হাইনরবা মতুংদা ফন য়াম্না তামনরক্লে। ওজা মনি বা ঙাংদে ঐগ্যা মচাসু বা ঙাংদে। গাড়ীনা য়াংনা চেনখৎলকই। ঙহাক লৈরগা অচিকপদু থুগায়দুনা –

"ওজা নান্সিনা করি পিরকই"

নান্সিরো য়াম্না পিরকই।

"করিনো অমতা য়েংগে"

নত্তে নঙোন্দা পোৎ ওইনা য়েংহনবা য়াদে, নঙ উবা ফংলরোই। ঐগ্যা মচা ভাব তাদে তুমিন্ন লৈ। গাড়ী কন্না চেল্লি, সুকলেপ লেপতে, নুমিদাং ওইরকই ওজা মনিনা –

"নুমিৎসু নোংপোকলোমদগী থোক্লগা নোংচুপ্তা তাই, তৌদ্রনে"।

"হোয় ওজা" ঙাইহাক্তং পুমচীক চীকখি, অচীকপদু থুগায়রগা ওজা মনিনা নাপ্সিনা শকখিবা ঈশৈদো ঙংলকই।

Would you know my name

If I saw you in heaven.

— — —

# মোর্নিং ২০০০

"তারিবরা মেমতোন ঐ ব্রাকিং চৎকে। তুম্বসু য়াদে, ইবসু য়াদে, ব্রাকিং চৎলগা কোকসে ইংবরা য়েংগে। থোংসে খর লোনশিলহৌ। হুজিক্কী মতমসে চেকশিন্দবা য়াদে।"

তৌমৈ নুংতি নুমিৎ খুদিংগী নোংঙাল্লমদাই হৌগৎলগা লাইরিক ইবগী হৈনবী লৈ। স্কুল, কলেজ তন্নাঁউদা মেগজিনদা আর্তিকল তোইনা হাপখি। মহাক্না ইবা খুদিংমক মরুপ মপাং ওজাশিংনা য়াম্না থাগৎনখি। নোংমদি অফবা অইবা অমা শোইদনা ওইরক্কনি হায়নখি। লৈকাইদা লৈবা দ্রামাগী সংস্থান খরদা মহাক্না ইবা দ্রামা কয়াসু শান্নখ্রে। প্রিন্ট তৌদুনা ফোংবদি অমৎতা য়াওখিদে। থব্রায় য়াওজবদগী খবরগী মীওই কয়ানা তৌমৈবু মশক খংবী। মহাকনা ইবা আর্তিকল খরসু মখোয়গী খবরদা হাপননবা কলম ইতৎ তৎতনা পী। অদুবু হৌজিক মতমগী খবব অসিদা শংগ-পংগগী ইথিল য়াম্না লৈ। হায়বগী অর্থদি মীশক মীমাই য়েংবা, লাইর ইনাক খুনবা খাইদোক খাইজিন তৌবা, অইবনি হায়দুনসু লাইরবা অইবগা ইনাক খুনবা অইবগা খেন্ননা থম্বসে তৌমৈনা খংলকই। শোইদনা হাপলক্কনি খনখিবা আর্তিকল নোংঙাল্লকপদা হেক্তা য়াওরক্তে। মসিনি অইবা তৌমৈনা খ্বায়দগী থম্মোয় শোকলিবা।

ঙসি নোংমা নিনিসি য়ুমথংনবদা লৈবা সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজি দিপার্টমেন্টতা থবক তৌরিবা দেবদাসকা, তৌমৈগা ব্রাকিং চৎপগী লম্বা ওইরী। দেবদাসতি বি: পি: না কন্না নাবদগী ডাক্তরনা

ব্রাকিং চৎলু হাইনা এদভাইস তৌরকপনি। নুমীৎ অদো ফনসু ওল্লী। নোংঙাল্লমদাই পুং অহুম মখায়মুক তারম্লনি।

"তোমৈ, হো তোমৈ, মীকপ থোক্লে ব্রাকিং চৎলসি" দেবদাসনা কৌরকই।"

"তারে তারে।"

খুম্না খুম্না তোমৈ থোক্লকই। মতমদো নোং খর খর চুবা নোংঙাল্লমদাইনি। মপান থোরকপদা ইমম মমলক্ষ্মী।

"তা দেবদাস ঙসিসিবু পুং কয়া তাগ্রবগে ?"

"পুংবুদি মরী তারক্দৌবে। ইয়াম্বদি বি: পি: অসিনবা খংদে তুম্বা সুকয়া যাদে। তুমননবা গুলী অমসু চাখিবনি মদুনগা তুমহনবা ঙমদে, মীকপ হেক্তা থোকই।"

মখোয় অনি তুংথা মাংথ থোকমিন্নবকই। দেবদাসনা হৌদোরকই।

"তোমৈ নঙবু ইবা হৈ হাইবদাই। অয়ুক্কী ফজবসে ইনিংদ্রা ? মোং হাদ্রবা পোকপদা ঙাইবিবা অঙাংগুম অইংবা নুংশিৎনা তেকখৎহল্লবা পৃথিবী অসে ফজদ্রনে।"

"লাইবিকশিংদদি নুমিদাংব্রাইগী মতমদা ঙংঙ্লান্নবা নুমীৎকী মঙালনা য়েবদা হৈপাল লৈপাল খুদিংমক মচু মমেল ফজে হায়নে।"

শোবোক ময়াইদা ইশাং শাংনা মী অমা উপতুনা তারিবা অদো তোমৈনা উরকই।

"আদা তারিবা অসে মীনি, অশিবা ওইরমাল্লে ! অমুক্তা য়েংশি !"

"হাই তুমিন লৈয়ু য়েংঙু লাকউবা য়াপোৎ নৎতে খর থুনা চৎশি।"

মখোয় অনি পরপ পরপ চৎখৎলি। ৱারিকা অমতা শাখিদরে। খংহৌদনা হেরো হোন্দা অমসু য়াম্না কন্না থৌখি। মদুগী মতুং ইকান কান্নদনা সাইকলদা নুপামচা অমসু চৎখি। মখোয় অনি অমনা অমদা য়েংনৈ। মতমদো মম্বদি মম্দরে মঙাল থোক্নে মীশক মীশা খংলে নোং খর খর চুরম্বদুসু লেপখরে।

"তাদা ঐখোয়বু য়ুমদা হলহৌবনা ফরদ্রা ?"

"কদাইদগীনো য়ুমদকা হনবা য়াপোৎ নৎতে। কোম্বিং ওপরেশন তৌরকপসু য়ারি। হৌজিক ঐখোয়গী লৈকাইদা থানা সিফায়না পুমকোই কোরমবসু খংদে। খর থাপ্না চৎহৌবনা ফরনি। ফুরবসু ঐখোয় অনিদি য়াওররোই।"

"হোয়নে তাদা মদুনা ফগদবা মাল্লে।"

মখোয় অনি খোংথাং কন্না থাংবা হৌনরকই। মীহুনদি চোংদ্রবসু চৎলি হায়বদু মঙায় পুক্লিং লাংতকনৈ। দেবদাসনা হায়

"ইশাসে তেন্‌শন কাখৎলকই। দাক্তরনা তেন্‌শন কাহনগনু হায়রম্মী, কাদবা য়ারিবরাসে।"

নহানমখৈ নুংতি নুমিৎ খুদিংগী দি. এম. কলেজ যৌবসে মিনিট তরা চংবনি। ঙসিদি চেনবোই চোংবোই থুনা য়াংনা চৎপসিনা মিনিট অনিদা য়ৌখিবা খঙহৌদে।

"লাওইহে তোমৈ তেনশন অসে ফাথানবা কান্তিনসিদা ঙাইহাক্তং ফমলুশি। হকচাংসে করিনো অমা তৌরকই। ঐগী অহানবা

বি: পি: গী ট্রোক অমা তৌখিবদো থানাগী এ. এস. আই. অমা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখিবদো উরুবদগীনি। ঐনা ওফিস কারকপদা শোরোক ময়াইদা চপ চানা অশিবদো থেংনরুই। ইসকোনগী লম্বোইবা লুকোকপা অমনা অশিবা থানাদুগী খুদাং পাইদুনা লৈরম্মী। মদু উরুবা নুমীদাংদুনা ভি. পি. গী ট্রোক তৌখিবনি।"

ঙাংনা ঙাংনা দেবদাস মবুক্তা মথন্তগী মখুৎনা নর্মজে মীহুন ফাখে। কান্তিনগী অঙাংনা মনিল কারবা ফোং ফোং শারবা চা পুখোরকই। তৌমৈনা হায়

"ঙনখ্রেদা নখোয়গী চাসে।"

"করিনোনে ইবুংঙো হুজিক্কী মতমদবু ২০০০ নিনে। চাওখৎপনা খম থেংলবা সাইন্সনা মখল মখা কয়াগী চাংয়েং কয়া তৌরকলি। মফম, মতম হায়বা লৈতে ফংদবা লৈত্রবনি। হৌজিক্কী মতমদা ইলেক্ট্রিক হিট্টর, ব্রোইলর মখল মখলগী চানবা, হৌনবা খুৎলাই লোইনা পুথোক্লে। ইংথম থাগী মতমদা ফংবা উঁহে-ৱাহে অমদি চান্ন-থক্লবা পোৎ কয়া অমা কালেনদসু অদুম ফংঙী। মরমদি চাওখৎলবা মতম অসিদা পোৎ লিদুনা কোল স্তোরেজ থম্বগী খুদোং চাবসে নোংমা নোংমগী অসুম হেনগৎলক্লী। চানিংবা খুদিংমক নোংজু নুংশা, নিংথম কালেন খাইদনা ফংলে।"

"তাদা ঐদি শেল পাইদবনিনা অমৎতা লৈরুদ্রে। অতৈদি লাইরি তাদা, ঙসাই শোরোক্তা তাহৌবদো করম তৌরমগনি।"

"তুমিন লৈয়ু পলকনুনে। হুজিক্কী মতমদবু মী অমা শিবগা ককচেং অমা শিবগা করি খেন্নরি। ঐনা ৱারিবদি ঐখোয়গী লৈকাইদা

কোম্বিং ওপরেশন তৌরমগদ্রা ? য়ুমদা লৈহৌরিবা নুপি অঙাংশিংনা করম তৌরমগনি হায়বা অদুতনি।"

"তাদা ব্রাকিং চৎপা মী থর লাকই মসিদা পাও লৌশি।"

হায়রমরগা তোমৈনা হৌগৎতুনা হংঙী

"সার, ব্রা অমৎতা হংজগেবা। তিদিম রোদতগীনা বজার ফাওবগী মনুংদা ইরাং লৈহৌবা থেংনবীরকপরা হায়বদি কোম্বিংগুম্বা চথহৌবরা ?"

"তারকতেবু।"

অহলদুনা শোষ্টাংননা তৌমৈদা করেম্নহৌই।

"লান তৌগে খল্লবদি চেম্লুনু মাঙ মাঙ ওনশিন্নরগা হেক্তা কাপনৌ।"

"কদাইদগী ঐদি নহারোল নৎতেদা ওষ্টোক ওষ্টোকপা।" তোমৈনা ওনশিল্লগা খুমলম্মী।

অয়ুক অঙনবদা হৌগৎতুনা ব্রাকিং চৎপসি তোমৈ নুংঙাইরকই। অসুম্না চৎপসিনা অনৌবা বুধি লৌশিং কয়া ফংই। অহানবদদি তুমশিৎ ফাদবগী হৈনরমদে। অয়ুক অঙনবদা ব্রাকিং চৎলিবা মী অয়াম্বা অচম্বা মী অমৎতা ওইরমদ্রে। সরকারগী অচৌবা দিপার্টমেন্ট অমমম পুরিবা ডাইরেক্তর কয়া কলেজ ওজা কয়া, লৌশিং লৈরবা লাইরিক লাইশু হৈরবা থিঙ্কর কয়া অমসু য়াওরী। মখোয়না ঙাংনরীবা, শান্নরীবা ব্রারী ময়ামদো তাবদা তোমৈগী লৌশিং হেনগৎলে। মীওইবগী পুন্সিদা অরুবা কয়া, অরাইবা কয়া, নিংবা থুংবা, থুংদবা হিংবগী আশা, পুম্নমকসে তোমৈগীদী ইবগী তোপিক

ঙাক্তনি। তোঁমৈনা য়াম্না নুংঙাইরিবদি সেক্রেটরি ওইগে ওইয়ু ডাইরেক্তর ওইগে ওইয়ু অপেনবা পুন্সি কনা অমৎতা লৈরমদবসিনি। অদুবু অসিগুম্বা পেন্দ্রবা পুন্সিশিং অসে মীওইবনা থাগোম্নদুনা হিংনিংলী, শীবা কনানসু পামনদে। মসিনি তোঁমৈনা ঙক্লিবা। আশা হায়বা পোৎ অসে কদাই কদাইদগীনো কাচিন কোয়াদগী পাইথোরক্নুনা মীওইববু হিংনিংহল্লী। মসিগী প্রমান ৱাকিং তোইনা চৎমীন্নরীবা ওজা সেখরদগী খংঙী।

“আশা তৌজরম্বা ইচানুপা অনি দ্রগকী ভীকতিম ওইখ্রে। ইচা শিগ্রবা মতুংদা ঐগী চেকশিন্দবী য়ুমগী নুপী অসে মশক ফাওবা য়েংনিংদ্রে। শিবদি য়াদবনিনা চুরুপকা, ৱাগদা তাইনরুরে। ডাক্তরনসু অমুক চুরুপ থক্নু হায়না থিংলে। কলেজগী কাচিন্দা ক্বা য়োনফম ফমলিবি অসে লৈরমদ্রবদি ঐসু ফনা ৱারমগনি।”

ওজা সেখবনা অসুম্না হায়রকপদা ময়াম নোকফেৎ লাকফেৎ তৌই। তোঁমৈনা পুন্নমকপু য়েংঙী – হিংবগী আশা হায়বসে অচৌবদসু, অপিকপদসু লৈ হায়বসে তোঁমৈদা তশেং তশেংলকই। কলেজ কেম্পসকী চিদাইদা ক্বা য়োনবীদুনা লুপা কুন অমা কুম্ব্রা অমগী ক্বাগা মনাগা তিকচরুরগা চাওরবা ওজা সেখরগী পুন্সি অমা হিংবদা মতেং পিরী। চুম্নগী ক্বাদং চানিংবা ওইরবদি য়ুমদা থমলগা চাবসু য়াবনি। ওজা সেখরনা নুমীদাংৱাইরম খুদিং মফমদুদা চৎলগা হৈনবী অমা ওইনা ক্বা চাররি হায়বা অয়াম্বনা খংঙী।

নোংমা ৱাকিং চৎনা চৎনা হকচাং চাওখৎপা অমদি অহাওবা চাবা হায়বসিগী মতাংদা নৈনরকই। হকচাং চাওখৎপদি কনা অমৎতনা

পামদে অদুবু অহাওবা চাবদি মী খুদিংনা পাম্মী খন্নরিবদু মরক থৎলগা দেবদাসনা –

"ঐদি অহাওবা, অথুম্বা, শঙ্গোম, বেরা, রশগুলা চাদবা কুইরে। ঙা অতেকপা, য়েরুম, ঘী থাওসু চাখিদবা কুইরে। অচম্বা চাক-এঙ্গাং, চমফুৎ, মনা মশিং ইশিং ইচমদা চম্না থোংলগা চারকলিবা মতম ফনা কুইরে। ইশাগী চহি ৫০ হৌখ্রে। লেমহৌরিবা চহি ৫০ অমগা হিংবগী আশা লৈরী।"

"অদুদি তা দেবদাসতি মমাংঙৈগী মৈতৈগী চাওখৎত্রিঙৈগী থাও ঙৌদবী কাংশোই, চমফুৎ শম্না হায়রবদা বেক টু দ নেচর হায়বদু তারেনে।"

"হোয়নে অদু হায়রবসু য়াই। য়ামদ্রবদা এ. ও. ওইনা অমুক্তং প্রমোশন কারমগে খল্লি। ইয়াম্বনা মথংগী চহিদদি শোইদনা কারগনি। ঐ অমসু নিংশিংলকলে। তৌমৈ নঙনা ইগদবা আর্তিকল অমা লৈরে। লাক্লিবা মিলেনিয়ম অসিগা মরি লৈননা চাওখৎলবা অনৌবা যুগ অমগী পৃথিবী হায়বসিগী মতাংদা অমতং ইদবা য়াদ্রে। হায়বদি ঐখোয়না ঙসি নুংঙাইরীবা, মৈ ঙাল্লিবা, কার তোংলিবা টি. ভি. য়েংলিবা, তেলিফোন্দা ঋরী শারীবা, এরোপ্লেন্না পৃথিবীগী মফম খুদিংমকপু অমগা অমগা নকশিন্নহল্লিবা পুম্নমক অসে সাইন্সকী পোখোক ঙাক্তনি। মসিদা নহাক্না হেন্না থাগৎতুনা, ফজহন্দুনা মরিক চুম্না ইরক্কদবনি। ঐগা ঋাঙ্কিং চৎমিন্নবদগী অসিমতং ইহল্লগে হায়না ঐনা খল্লে।"

"তাদনা হাইরিবা তোপিক অসি ঐদি অমুক্তসু ইখিদ্রি।"

“লাইরিক্তা লোইনা য়াওবনি তোমৈ। লাইরিক পাও লাইব্রেরিদা চৎলু লাইরিক শোইদনা ফংগনি, হৌজিক হৌজিকমক টি. ভি. দা রেদিওদা, খবর, কাগজদা অনৌ অনৌবা পোখোককী মরমদা ইরক্লীবা ময়াম অসে কুপ্পা পাও। খ্বায়দগী হেন্না অপতু দেত ওইবদি মেদিয়াগী মরুওইবা এজেন্টশিং অসিদগী ফংগনি।”

তোমৈ ভাব তারে। লমজিং মৈরা ফংবগুম নুংঙাইজরে। ইবা য়ামনা পামজবনি অদুবু ঙসি ফাওবদা কনা অমৎতনা বার্ত্তন তৌবিরক্তে। হন্দক্কী অসিনা অহানবনি। ৱাকিং হনজিল্লকগা তোমৈনা মাগী নুপিদা হায় –

“নখোয় ঐঙোনদা ৱা লান অমৎতা ঙাংলকনু। নিনবা, লাংবা ইশৌ লাংবা তৌরকঅনু। ঐ য়াম্না লুবা আর্টিকল অমা ইগদৌরি খংলেদনা। হন্দক্কী অসিদি ইবা হেক লোইবগা তাদা দেবদাসনা পৈশাসু পিগনি হায়রী।”

“ঐবুদি লাংঙোইয়ে অঙাংনা লাংবদি খংদ্রে।”

“অঙাংদি খর ফরি নঙনি, ঙারি লৈতেগা, আলু লৈতেগা।”

“হায়রোই, হায়বোই ঐ কবিমতা হায়রকওই।”

“ফরে অদুদি মী খর চিকপা মনিংগী কোত মমাং অসিদা ফী খল্লগা ইরগে। মী পোং লাক্লবসু ঐ লৈতে অরুবা থবক অমা চৎখি হায়য়ু।”

তোমৈ মোম্পাক ফিদক অনি অহুম পাইদুনা থোকখ্রগা কোতমাংদা ইকোই কোইনা খল্লুবে। খবর অরিবা মমাংঙৈগী হৌজিক্কী লোইনা খোমজিল্লে। ফক অমা, চে, কলম লোইনা পুশিল্লে।

ইরুজথোক্লে মকোক্তা অইংবা ঈশিং হৈথদুনা কোক ইংহল্লী। ফকতা ফমলগা ইবদি খুঁদে শেৎপনা ফগনি খন্দুনা খুঁহে অমা শেৎচিল্লে, মোজা ফুরিৎ অমা লিংতুনা খবর মথং মথং পাবা হৌরকই। ইহান হানবদা সাইন্সকী কলম মপা থিবা হৌরকই। তোঁমৈগী ঋখলদা সাইন্স অমসুং মীওইবা জাতিগী আর্টিকল খ্র থেংনরবদি হায়না খনজবনি। খবর অমগী মথংদা অমা লৌখৎতুনা পাই ইয়াও য়াওদে। কাপলম্লে, শীরম্লে, হাৎলম্লে হায়বা হেদ লাইন্স ময়াম অমা তৎতনা থেংনরকই। গনপোইন্টতা শেল লৌখিবা, লাকখিবা, মুনখিবা, নোংমৈ পুখ্রে, নোংমৈ অমদি নোংমৈদগী থোরকপা হেদ লাইন্স ময়াম অসে পারকপদা খবর মঁপে মপেনা তোঁমৈগী খ্বাং য়ৌশিল্লক্লে। চাক থোংলিবী মাগী নুপীদা অমুকসু হংলুই।

"মেমতোন খরবসিবু লৈত্রবরা অমুক্তা য়েংঙু।"

"লৈত্রে লৈত্রে ১৯৯৯ গী খবর মঁখেদি ঐনা মমাং দুকান্দা পিথোকখ্রে। ২০০০ গী ঙাক্তনি অদুদি।"

"তাদেবদাস হোয়দা চৎলগা জানুয়ারী ১ দগীনা ঙসি ফাওবগী ইংলিসকী খবর লৌরুচো।"

মাগী নুপি মেমতোননা পুরকপা খবর মঁপে অদো অমমমতা ওইনা লৌখৎতুনা পাবা পুমলোই লোইবদা অহিংগী পুং বাবো চপ চানা তারম্মী।

"পৃথিবীগী অহিং আশা পুরিবা ওজোন লায়ারসু মশাগী মথৌ হোংখ্রবা!" চোয়রোল ওইনা ঙাংলি।

ইমুংদা অমুক চংখি। চাকথুমদা লৈরিবা মাগী নুপীনা লৈরকপা এঙ্খাং নাপী মাইরেল, কোবী, হঙ্গামদা মমিৎ কুপ্তবমঁখে য়েংঙী

"মীওইবনা শেন্না কেমিকেল চীঙ্গাক্তা য়ানশিনগ্রবা।"

অরিবা খবর অমা পাইরগা তপ্না তপ্না ফমথরকই তাইমস ওফ ইন্দিয়াগী ফ্রন্ট পেজদা অবাংবা টব্বার নিংখাইবগী পিকচরদু উরকই। মদুসু অমুক লংথোকখি। হিন্দুস্থান তাইমস অরিবা অমদসু এরোপ্লেন ক্রাস তৌবিগী পিকচরদু য়াওরম্মী। তোঁমে অঙাওবগুমলকই। মশাগী মকোক্তা মখুৎ অনিনা পাইদুনা খাংঙী। ব্রাখল মওল মওল খল্লকই। ইফম খংলকত্রে। তোঁমেগী নুপী মেমতোননা মকোক লিংশিল্লগা ব্রা ঙাংলকপদা খংপ্রেক খংঙী।

"হৈমা অহিংগা অমৎতা তুমদ্রবরা কৈনো।"

"তুম্বা লাকপগা য়াদ্রেনেহে, ঙরাং অহিং শুক্কুম তুমদে।"

"ইস কনানা য়াদ্রিবা। ফজরেহে খবর ময়াম অদুগা বিকার অমা কাইরে। নশক খুখিদুগা ইরিবনি কাইনা।"

"নখোয়দি করিমৎতা খংদবনিনা তুম্বা য়াগনি।"

"ফি খর কোইশিল্লগা খবর ময়ামদুগা থরো থরো ওনমীন্নরিবদো য়েংবদা কৈনোমা তৌরে। মকোন্দুদগী থোরকলো চাক চারগা অমুক ইরো।"

ঙৈহাক লৈরগা তোঁমে মাগী ইফমদগী থোরক্লগা তপ্না তপ্না খোঙথাং লুম্না চৎলী। ব্রাখল মওল মওল খল্লি। চাক চখোম অমা চারগা মাগী ফমুংদা ঙৈহাক হিপথে। মহাক্লা ইগদবা সবজেক্ট অদু ঙৈহাক খল্লি। তুমদবনে, চাদবনে, মকোক উরু উরু ঙাওরকলে। মচা নুপা অহল স্কুল কুমলক্তুনা মাগী কাদা চংলকলগা টি. ভি. ফং থাগৎলি। বি.বি.সি. গী চেনেল অদুদা বোসনিয়াগী কাপ্পবা মতেক

অমা উৎলকই। মী কয়া নোংমৈনা প্যান্দুনা শিবা, মৈ মরক্তা চেন্নরিবা, বোমগী মৈশানা চাকথেররকবা মী, লৈবাক্তা ওন্দুনা মৈচাক খাংলিবা, মণ্ড ওই হা ওই। য়েংলিঙেদা তোমৈগী মচা নুপাদুনা নোকপা তারকই।

"বাবা কাপনবদি য়াম নুংঙাইকো।"

তোমৈ হৌগৎলগা ফম্মী। মচানুপা অদুনা –

"বাবা ঐগীসু এ. কে. দা অমা লৈবীয়ু। নঙনা লৈবীগে হায়রগা শুকলৈসু লৈবীদে। মোমোচাগীদি মপানা লৈখবে।"

"হায় তুমিল লৈয়ু এ. কে. হায়রিবদু করিনো হান্না খংখো"

মপানলোমদগী কৌরকই

"তোমৈ তোমৈ।"

"তা দেবদাস ঐসিদা লৈয়ে।"

"করি করম তৌরে ঐনা হায়খিবদো।"

"কন্না হোৎনরি, ইব হৌরে"

ইনিংবা খর হেক্তা ইয়ুয়ো নঙনা উরিবা, তারিবা অদুদা হেক্তা ফজহল্লগা লোইরে। ফজহনবা হৈবা অইবা অদুবু অহৈবা অইবা হাইনা কৌনবনি।"

"হোইনে চুম্মীনে, ঐনা ফংলিবশিং অসি হেক্তা ইরগে"

দেবদাস ফমলমদে ঙাংন ঙাংনা মমাই লৈদুনা থোঙ্গাল লোমদা থোকখ্রে। তোমৈ মাগী কোৎ মাংদা ফী কোইশিল্লিবদুদা অমুক হন্না ফমথরে। নঙনা থোকপা ফজনবা ইয়ু হায়রম্বা ব্রাফমদো দেবদাসকী ভোল্যুম কন্না লৈখৎভুনা লৈখ্রে। সাইন্স এত ৱার হায়বদি সাইন্সনা পৃথিবীগী লান্দা কান্নবা মসিগী মরমদা তোমৈনা হান্না খুৎ থারে।

অনিশুবা পেরা ওইনা তোঁমৈনা সোসাইতি অসিনা অমদি চাওখৎলগা জাতিশিংনা গ্যাস মখল মখল পুথোক্লুনা শিজিন্নবা, গ্যাস প্লান্ট ভোপালদা পোকখায়দুনা মী লিশিং কয়া শিখিবা অমদি হিংহৌরিবশিংনা লংসকী লায়না পাক্তক্লনা নাবগী মরম অদুসু ফজনা ইথোক্লে। অহুমশুবা পেরা ওইনা এতোম হায়দ্রোজেন অমদি ন্যুক্লির মীহাৎকী, হিরোশিমা নাগাশাকিগী লোইব নাইদ্রবা অবাবা, বোম অদো তাখিবদগী মফম অদুগী লৈবাক লৈহাও মাংখিদুনা নাপী ফাওবা হৌবা ঙমখিদ্রবা, মীরোনবী নুপীশিংনা পোকলকপা মচা কয়া ফিভম চাদন পোকলকপা, পুম্নমক তোঁমৈনা খবরদগী ফংবা অমদি মহাক মশাগী ওপিনিয়ন খবসু হাপচিন্দুনা ইশিল্লে। মথং মথং শুম ইথরকপনা নুপিগী মরমদা খরদং পনবা তারকখি নুপীনা খ্বাইদগী পামজবসে শক ফজবা অমদি শবান ফজবনি। শাবান মুর্তি ফজনবা সাইন্সনা অনৌবা খুৎলাই কয়া পুথোক্লে। খুৎলাইশিং অসিগী মপান্না নুপিশিং অয়াম্বা স্লিম ওইরে। স্লিম ওইরবী নুপী কয়া মখোয় মখোয়গী ফজরবা শাবানশিংদা ফী থোংদ্রবা হৈনরক্লুনা ফেসন শো, বিউতি কন্তেস কয়াদা শরুক য়ারী। মখোয়গী ফজরবা হকচাং কয়াৎ উৎপা টি. ভি. দা তোইনা থারক্লুনা মীয়াম্বু য়েংহল্লী। মসিনা মরম ওইদুনা তিনএজগী গ্রুপতা লৈবা পাখং লৈশাবী কয়ানা হকচাংদা ফী থোংদবগী কান্নবা অদু ফংঙী, হায়বদি ঙন্ন-ঙন্না য়ুম পান্নরে। অসুম্না ইথথরকপনা দেবদাসনা হাইরম্বদি সুপ্নতগী বাঁহে লিশিং অমতনি অদুবু তোঁমৈনা ইবদদি বাঁহে লিশিং অনি হেনগ্রে। কলমগী মচিন খাম্বা লাকপা য়াখিদরে।

পৃথিবীদা লৈরীবা শা উচেক পুম্নমক বাখল খনবা ঙমদে। বাখল খনবা ঙম্লিবদি মীওইবতনি। মীওইবনা ইচম চম্না লেনবা পুন্সি

পামদদুনা ৱাখল হেক খল্লীবমখৈদি নুংঙাইবা ফংলরোই। পৃথিবীদা শান্তি লৈররোই। লাইগী মথক্তা ৱাখল লৈর লৈরবা সাইন্টিসশিংনা ফমখরে। ৱারবা পৃথিবী অসে য়েংবা ওমদদুনা ঈশ্বর নিংবা মী লিশিং তরুক (৬০০০) মাস সুশাইট তৌখ্রে। পৃথিবীদা জীব অমৎতা লৈত্রিঁডেদা লৈরম্বা দাইনোস্বর কাংবুনা মাংখিবগুম নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ঐখোয় মীওইবসু ঐখোয়না শেমজবা, ঐখোয়গী খংহৈরবা সাইন্সশিংনা শেমজবা এতোম, ন্যুক্লিস নৎত্রগা শুরু লাওনা তুমখিবা য়াবা, উফুল ওনখিবা য়াবা বোম অমা পুথোরক্তুনা জীব পানবা পুম্নমক দাইনোস্বরনা মাংখিবগুম মাংখ্রগনি। তৌমৈনা ফজবা মরু ওইবা পেইন্ট ময়াম ইরগা লোইশিল্লে। ফনা য়াম্না শাংলে অমৎতা চিংথদ্রে। তনান তনানবা এনভেলপ অমদা হাপচিল্লগা দেবদাসতা পীখ্রে।

রাইতপ অসি পীখ্রবা মতুং নোংমা নিনি দেবদাস ৱার্কিং থোরক্তে। সোমদা তৌমৈসু খবর ময়াম পাদুনা ইননবা হোৎনবগী মকোক শাবদো খর খর ইংথরকলে। মাগী নুপীনা হায়

"তা দেবদাসকী অইব চেদু পিখ্রব্রা।"

"পিখ্রে য়াম্না ফজনা ইখ্রবনি হুজিক মতমদা সাইন্সনা মীওইবদা কান্নহনবসে সুগায়না ইখ্রবনি অইমনসু ফজনা পিগনি হায়বনি '।

মদুগী খুৎইদুদি অমুক্তবু থেংনখিদ্রি অমনবা খবর ময়ামদুগা য়েংবদা অঙাওবদি কয়া মাল্লে।

ফন কুইখ্রে দেবদাস তুমিন লৈখ্রে ৱাকিং চৎশি হায়বসু হায়রক্তে অইমনসু পিরকখিদ্রে।

— — —

# "প্রকৃতিগী ব্রাকৎ"

লৈরক মনুং হেক চংশিল্লকপদা অঙাংশিংনা করেম্নবদু তায, তানা-তানা অদুম চৎলি; লেপ্তে শাওনিংবদি লোয়ববনি। "হোমো চৎলে য়েংউ হো ইবেম্মা .... শকহেনবী .... হো ... ইবেম্মা" হায়নিং হায়জৌ কৈদৌজরনি হায়গে কেসে, মবুক্লিংদা খন্ন-খন্না অদুম চৎখি মোবি। কুমশি চহিসিনা খ্বায়দগী হেন্না মাবু মীনা লঙনৈ করেম্নৈ। য়ুমদসু অদু মঙায় মমানা ইতৎ তৎতনা মায় "নঙবুনে কদোম থোক্লদোয়নে খঙদ্রে" মোবি মেত্রিক পরিক্ষাদি থাগ্রবনি অদুবু মপুক্লিংদা চপ চানা লেপখিবদি লাইরিক মখাদি সুক্তম তমলরোয় হায়বসিনি। ঈশে জগোসি য়াম্না পামই। অহল লমন্না কলা বিদ্যাদা থাজিন্দুনা জগোয়দি তন্নে, খংহৌদে মোবি জগোয় য়াম্না হৈনরে অদুবু মহাক নুপা কাঙবুদগী য়াম্না লাপ্না লৈ নুপি মরক্তা চৎলগনা হেন্না চার্শিন্নে। নুঙায়সু নুঙায়জে। নুপিশিংগী মতৌ মোবিনা চপ চানা তৌই। পাউদর, আই ব্রো, পেন্সিল, শমফাবী লিপ্টিক মহাক্কীসু সুনবা লৈ।

লৈকায়দা লৈবা চীংলেম্বসু মোবিগী লেংগানি। মহাক হোকি, ফুটবলগীসু অকনবা শান্নরোই অমনি। হন্দক্তা নৌনা শান্নবগী কোটাদা ক্লার্ককী থবক অমসু ফংলবনি। চীংলেম্বসু মী কয়া তিনগনদবা নুপানি মী তিন্নবা মতমসু অদুক হাক্লা ফংজদ্রবনি। মানা থবক হেক হঞ্জিল্লকপদা মোবিদি অদুম লাকই নুতি নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাং চাকচা

মাং ফাওবদি মখোয়নি পুন্না ফম্মিন্নদুনা ফিলমগী ঈশৈ তাৰ্মিন্নে। মোবি হকচাং মালিস তৌবা য়াম্না হৈ। চীংলেম্বনা নুমিৎ চুপ্পা অমা শান্নরুরবা মতুংদা মোবিনা হকচাং মালিস তৌবসি য়াম্না নুঙায়। অসুম্না চীংলেম্বা মোবি তপ্না তপ্না নকশিন্নখি। নোংমগী মনুংদা অমুক উন্নহৌদ্রবদি নুঙায়নদ্রে। মোবিদা মীনা লঙনবসে চীংলেম্বনা শাওনিংই। করিগুম্বা মহাক্না থেংনরুরবদি য়াম্না থিনা ঙাংই ফুগে ফাওবা তৌই। মশা মউ ফবা চীংলেম্ববু মী অয়াম্বনা কীনৈ। মসিনি মোবিনা য়াম্না নুঙায়জরিবা, পেঞ্জরিবা। অদুগা মানা চীংলেম্বদা ঙাওজবসু নোংম নোংমগী হেনগৎলকই। চহিগী মতাং য়েংলুরগসু ইনখৎলকপগী খম থেংনা শিবা নাবা কিদবা মতমদুনি।

জগোয়গী ওঝানা গ্রুপ দান্স শাখিবদগী শেল খরা য়েনথোরকই। মোবিগীসু শেনফমদুগী শরুক খরা ফংজৈ। মমান্নবী মমান্নবা পুনমক বাজারদগী মাগী মাগী পোৎ লৈনগদৌরি। কনানা খুজি কনা অমনা খোঙগী খোঙজি কনানা ব্রাওজ, ব্রা, পেন্টি মোবিসু খল্লি চীংলেম্বগীদমক করি লৈশিগে ? চীংলেম্বদি ফুরিৎ ফীরোলগী অপাম্বা থোয়না লৈতে। চাবদি য়াম্না পামই নুংতিগী নৎতবদা মরক মরক্তা য়ু থকপ পামই। ফরে য়ু লিক্লি অমা ওইনা লৈরগে খল্লে। ময়াম গ্রুপ চৎলম্বদগী খরা লৈথোক্লগা মথন্তা য়ুগী দুকান্দগী য়ু অমা খনবা হৌরকই। য়েংবদা য়াম্না ফজবা থক্লিভৈদগী হৌনা মীগী থম্মোয় চীংশিনবা ঙম্বা মখল মখলগী মচু য়াওবা ফজবা য়ুগী লীক্লি অদু খল্লগা মোবিনা চীংলেম্বগীদমক পুরক্লে।

"হৈমা হুজিক ফাওবা হৌগৎত্রিবা ! 'ঙরাং নুমিৎ চুপ্পা অমা কদায়দা চৎলুই"

"ঙরাংদি শান্নবা লোয়রগা থবক অমা চৎলুই খোংসিসু হৌকিনা থোমগ্রে য়েংউ"

"অস গ্রীন কারেদনা"

"উম ঙরাংগী ঐগী order থোক্লে ঐদি উখ্রুলদা তারে"

নুংঙাইজরম্লনি, উখ্রুলদদি লৈশাবীদু মশক য়াম্না ফজবনি।

হায়দোকরুরগা মোবি পুক্লিং খংনৌ নৌথোকখি। করি করম্না হায়খিবনো খংহৌদ্রে। পি ইরা মচা অমা চেল্লকই লুকথদুনা চীংলেম্বগী গ্রীন কাবা মখোংদু শিং শিং নাল্লুই। চীংলেম্বা অমুক কন্না মমিং উইশিনখি "অয়ো অয়ো" হায়রকই

"শিরেনে নঙবো হিদাক হাপ্পগা নোয়য়ু "

চীংলেম্বা মমিং উইশিনখি। অনাবা খাংলি মোলোম হাপ্পগী নুঙায়বদুসু ফাওই।

ঙসায়খে য়েংলুদে চীংলেম্বনা মীৎ পাংথোক্তুনা মোবিদা য়েংলকই

"ঙসিদি মেকঅব য়াম্না তৌরকই– করিগীনো নচীনবান কাসু লোয়না তৈশিল্লবা, য়াম্নবু ফজরিনে"

"তৌগে হায়দুনা তৌরকপনি। মখোয় ময়াম অসি নুংশিমন্দদুনা কল্লক পেন্নবা থাজিল্লিবনি"

"কনানা করি হায়রবগে, মখোয় হায়বু কনানো ?"

"কনা ওইনি নখোয় শ্বায়গী মীশিং ঙাক্তনি তুংলোমদগী হো লৈশাবী আই লব য়ু হায়না লাওরকই। কুইরবনি মখোয়না তৌরিসি।"

"ঐগীদি লৈজরে হায়রম্বদি কৈদৌই। হেন্দ হেঙ্গিল্লরুগা ঐদি চীংলেম্বদা য়ুম পান্দৌরে হেক্তা হায়য়ু"

মোবি দং লাওনা থম্মোয়দা পাল্লে পুন্সিগী অহানবা নুংশিবগী ৱাহৈ তাজবনি। ওম্বোক্লা তরাম তরাম ওকচনিংই। অদুবু ৱাহৈদি থিবা অমফাওবা ফংদ্রে নুঙায়মনখিদুনা কৈনোমা তৌখ্রে। ঙসিফাওবা কনামতনা মাবু মশক খংবিদে নুপারা নুপিরা মথনতসু খনজে তৌফম খঙদে। কৈনোম-কৈনোমা লাল্লি হায়বদী খংই লাল্লিবদো কনানো হায়বদি খংদে মোবিনা খল্লি ঐদি করিমতা লান্দে লাল্লিবদি নখোয়নি। ময়ুমদসু ঙাংবি চৈবী।

"নঙনে নুপী ওনগদৌরে নুপাগী থবক সুনিংদে" মানসু খুমই

"ওনগে হায়রিবনি। ঐদি নুপী ওইবা পামই"

কনামতনা মাগী ৱাদু ৱা ওইনা তাবিদে। মাবু মী ওইনফাও থারক্ত্রে। লৈকায়দসু জগোয় তমফমদসু অদু মঙায় চপ মান্নে মাগীনি হায়বা তং তাবা মফম অমতা লৈতে অৱাইবদৌনা অদুম তৌই। পুন্সিসিবু ৱায়বা য়াবরনে? মমৈদা মোবিগী চংজফম চীংলেম্বনা ওইরকই। ঙসিদি হায়ফম খংদবা নুঙায়বা অমা ফাওরদুনা হায়রকই।

"ঙসিদি পার্টি তৌশি ঐনা পোং লৈরকই"

"কদায়দগী পৈশানা লৈকরইবনো? ঐসু পামদুনা লৈরম্বনি"

নঙগী অপাম্ববু ঐনা খঙদে হায়বরা "ঐগী হেক লৈজবা পূন্নমক কৎচরগে খল্লবনি হায়রগা মখোয় অনি নোকমিন্নে।

য়াম্না ফরে ঙসি ইমান্নবা অনিমসু লাক্কনি মখোয়সু ঐগা লোয়ননা উজ্জ্বল চৎমিন্নগদবনি মখোয়সু য়াওহল্লসি"

"ঙসিদি ঐ জগোয় শাগে তেপ রেকোর্দ থারগা ফজনা শাগে"

* * *   * * *   * * *

নুমিৎতুদা মোবিনা হোৎনখিবদু চীংলেম্বা ঙকখি। কাদু ফজনা ৱাইনুং তৈথোক্লবা মতুংদা হান্নগী অমোৎপা পদাশিংদু শৎ শৎ লৌথোক্লগা অনৌবা শংবানবা মচুগী পর্দা হাপচীনখি চে অঙাংবা অশংবা খরা লৈরুরগা কাতিনা ফজ ফজরবা চেবোন শেমলগা পরেং পরেং লেংখি শেমলিবা ফমুং ফানুংগী মওংদু নাল্লি চন্দনগী ধুপ্পা কা অদু মনম নুংশিহল্লি। ইচম চম্বা নুপিনদি পাক মতৌ তম্বা ঙমগদবা মান্দে। ময়ুমদা য়াম্না থুনা চেল্লুরগা লিক্লিগী গ্লাস মরিখক পুরকই। কদায়দগী লৈরুবা গ্লাসনো খঙদে য়েংবদা ওহ্লোক্লা ফজৈ। চুম্নগী নুপিগী ইচম চম্বা গ্লাস মানদে হক খোৎলিবা য়াম্না রোমান্টিক ওইবা নুপিগী শক্তমসু য়াওরি লৈসু শাৎলি ঙানু ৱায়নুসু উবগুম তৌই। য়ু থক্লবসু গ্লাস অদু য়েংবদা ময়াই কাহল্লি। ৱায়বনচিংবা ষ্টেরিও তেপ ময়ামদু মানা ঙহাক্তংগী মতমদা শিনদোকখি চীংলেম্বগী থম্মোয়দা পেঁঞ্জে মবুক্তা খল্লি হৈদি হৈবজাৎনি। মাগী মপোক্কীদমক খল্লুবদা নুংশিরকই মখোয়সু মীনি নুপি ওইসনু নুপা ওইসনু মীগা মীগা নুংশিনবদি কবিসু কায়দেনা। নুপিগী ৱাখল চেল্লি হায়দুনা মহাক্ক তোৎন-তিন্নরোয়দবগী মরম লৈতে। থম্মোয় য়াম্না শেংজবা মোবিনি।

সন্ধ্যা মতুং ওইশিনখ্রে। চীংলেম্বগা মমান্নবা অনিদুগনা মোবিবু ঙায়না থকপা হৌখি হৌবদা নত্তে লিক্লিদুনা লোয়দৌবে।

"ভায় লোয়দৌরে মোবিদু য়ৌরক্লি কৈদৌরজাৎনো"

"করিসু খল্লুনু পোৎ য়াম্না লৈরি ঙাওরবদি পুল্লপ ঙাওথোক্কদবনি। ঙসিদি মুদ য়াম্না নুঙায় ঈশৈসিনা মরোল অমা ফজরিবা" চুমদ্রনে

"পুম্নমকসি মানা শিন-লাংলস্বনি, এ লাকপু লাক্লে।"

মোবিনা শেৎলকপা শারিদু ওন্থোক্লা ফজৈ, খুৎতা খুজি খোঙদা পায়ন নুপিগী চপ চাবা মোদর্ন হেয়র কট্টিং ৱাং চাওই মখ্বাং চেংই। মা হেক চংলকপদা মখোয় অসুম নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনৈ মখাদি তানদ্রে।

"জগোয় শানি ঈশৈ শক্কনি হায়রমদায়"

"উম রেহিএরসেএল তৌরগা লাক্লবনি।"

"ঐখোয়দি ঙাওবু ঙাওরেদা থা থাবল থৱানমিচাক্লা ফজবনে নঙগী নশক্তুনে পুমঙাও ঙাওরে।

মোবিনা ইহান-হানবা ওইনা ফিলম উমরজান গী কেশেত অদু থাই। তপ্ল-তপ্লা কোকখুমফি হায়দোক্তুনা রেখাগী চপ মান্নবা মওংদা জগোয় শাব হৌই। লৈমায়দা অমুকসু ফর্মথৈ চীংলেম্বদা নোকফেৎ তৌদুনা য়েংলমই অদুগা

দিল কিয়া চীজ হে

জান লিজিয়ে জান লিজিয়ে

অরাকপা অনিদুসু চীংলেম্বসু পুংসুম সুমহৎখি। ময়া কাদুনা তাখি। ঙসায়র্মখৈ থকখিবা য়ু পুম্নমক স্বায় মাংখিবগুম ইনৌ-নৌনা থক্লিংলকই। অরাকপা নুপা অদুনা নিশা পাল্লবা মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি।

"ঙসিদি ঐসু জগোয় শানিংই ঙসিগী নুঙায়রবা নুমিদাং অসি পুন্সিদা অনিরক হন্না লাক্কদৌবা মান্দে চুমদ্রনে ভায়।"

"চুমই, সগগী নন্দন কানন্দ, সংগ্রিলা কা হায়নবা মফম অদু নিংশিংলকই। সুম হায়না নুঙায়রবদসু কনানা হনুগনি হায়গে। নুংশিবা মাগীদমক্তদি থম্মোয়দং পিবনা করি তৌরুনি, থবায়সি ওইনা লৌবিয়ু— কয়াদা ফজগ্রবা।।"

ঈশেদুগী তাল খুদিংদা মাগী হকচাং হায়রি, লৈরি, থেক্লি, মীৎয়েংনসু ফোংদোকই, নুংশিজবা পাম্মুজবা। মোবিনা য়েংবা ঙসিগী মীৎয়েংসে চীংলেম্বা খাংবা ঙম্লক্তে। নহান মখৈনা কুপ্পা খনজিল্লুদে ঙসিনা হেন্না ফাওরকই খঙলে মোবি নুপা ওইনিংদ্রে নুপি ওইনিংলে। মসি করি অকায়বা লৈবগে? কনাগী মফমদা অকায়বা থোকহনবগে? পাউখুম ফংবগুম তৌই। মহাকসু হিংহনবিয়ু হায়বা ৱাকৎ অমা থাঙ্গৎনিংই।

ঙসিদি ওহ্মোক্লা নুঙায়খ্রে। খংহৌদনা থম্মোয়সে লৌথুপ লৌকোয় অমতা লৈত্রে পুল্লপ হাংদোক্লে ঈশেসু শক্লীংই। শৈরেংসু নিংথিংলকই। মোবিনা হায় —

"নঙনদি শারি সগোয় ঐগী মাংদা, ঐগী ইফমদদি জগোয় নত্তে অশেংবা নঙগী থম্মোয়গী ৱাকৎনি পুবগা চৎলগে খল্লে পুন্সিমগী ওইনা ৱাকৎ অদো"

শৈরেং লোয়জরে।। ময়াম পুন্নমক্লা থুবাক খুদুনা ফজে ফজে হায়নৈ।

মোবিনা চংশিল্লকগা চীংলেম্বগী মনাক্তা ফমলগা কপলমই ।

"করিগী কপ্লিবনো অসুক নুঙায়বা নুমিৎসিদা"

"উখ্রুলদা চৎখ্রনি হায়দায় ঐদি কনাগা লৈহৌনি ।"

"কপলিবনি নঙনা অরেম্বদা ঐবু খঙদবদগী কপক্কদবা নতে ঙসিদি । শোক্তুনা য়েংউ হকচাংসিদা ঐবু ময়ায় কাহল্লিবা প্রকৃতিনা নৎতরনে । নঙবুসু শেমখিবনি প্রকৃতিসিনা । নঙ, ঐনা প্রকৃতিসিগী মাইয়োক্তা করিবু তৌবা ঙমগনি ।"

চুমই, চুমই হায়বা খোঞ্জেলনা কাদু ইনিল নিলখি ।

— — —

# মিলেনিয়ম পার্টি

মপা মমানা মীচং অমা ওইরগা মচা নুপা সনামতুমগা য়েৎনবা য়াবা য়েৎনরে। খ্বায়দগী অহল ওইরিবা মপুদি করিসু হায়দ্রি। মখোয় খুদিংগী ব্বা তারি।

"মিলেনিয়ম পার্টি" হায়বসি কয়ামুক দরকার ওইরবগে? মসিনা করিবু কান্নগনি?"

"ইমাগা ববাগনা কান্নবা ঙাক্তা খল্লি। নুঙায়বসিসু কান্নবনি, ইমান্নবা-ইমান্নবী ময়ামদা ঐখোয়দা তৌগনি হায়না হায়দোকখিবা কুইরে। অমুক শোয়রবদি ঐদি কয়াম ইকায়গনি। ঐগী বার্টদেসু তারে, তৌদবা শুকয়া য়াদ্রবনি। মসি মী পুম্নমক তৌনরবনি।"

"খঙদ্রেনে নখোয়না হাপচিল্লক্লিবা অনৌ-অনৌবা চৎনবী ময়াম অসি মথোং মরম খংদবা ঙাক্তা।" মপানা মমাই লৈথোক্তুনা য়াম্না য়ানিংদনা হায়, মমানসু য়ানিংদে।

" তাং ১, ২০০০ সি নখোয় ববাগা ঐগা নুমিৎ নিনি ছুতি লৌথরগা জিরিদা চৎলুগৌরি। য়ুম অসিদা পুপুগা নঙগতনি লৈহৌগদবা। কনানা চাক-ঈশিং থোং থাকনবদি শিনবীগনি। তোক্লো মথং চহিগী হৌরকপদা ফজনা তৌরো।

"মথং চহিদদি ২০০১ হায়খ্রনি। ঐখোয়না তৌগদৌরিবসি মীলেনিয়ম পার্টিনি। নখোয় কনামতা য়াওদ্রবসু য়ানি। ঐখোয় ময়াম অদুম শিঙ্গগে। পৈশাদুতং পিবিরমউ হায়বনি। নোংমতং পার্টি তৌবদা অসুক য়াম্না খন্নরবদি লোয়রেহে। হুজিক মতমদা চৎনরিবসি খর খংউ।"

য়াম্না য়াগন্দবা, থবক খুদিংগী মরম চাবা চাদবা থিবা, য়ুম অসিগী য়ুম্বুরেল ওইরিবা অহল ডা. বাবুচন্দ্রদি হৌবদগী ব্রা অমতা ঙাংলক্ত্রি। সুরচন্দ্রগা ইবেচাওবীগা হায়ফেৎ ঙকই। অদু ওইরবসু ব্রাহংদি অমতা হংদে। মশুগী মীচংদা লেপখ্রনি হায়বগী চাওরাকপা ব্রাখল অমদি খঙই। সুরচন্দ্র মপাবুংগী ব্রাখল্লোন ফজনা খঙবনি। ঙসিফাওবদা মপানা য়াদবা থবক অমতা ফোংনা তৌবা ঙমজদে। অদুবু মশুগী মতাংদা মপুসি ইয়া য়াশিল্লকপা অমা উরকপা অসিসু অঙকপনি। ইবেচাওবীনসু হায় "পাবুংনসু য়াবনিনা মাগী পার্টিসি তৌগে তৌজরসনু।"

ডোক্তর ডিগ্রি পায়রবা রিটেয়র ফ্রো. ডা. বাবুচন্দ্রনা খ্বায়দগী নুঙায়জবসি লাইরিক পাবনি। অঙানবা তেবল লেমপ অমা থাল্লগা অহিং নুংথিল লাইরিক পাবনা মহাক্কী পোত্থাবনি। হন্দক মরক মঁঙে খর নিকলকপদগী লৈয়েং খর ফায়বগুম তৌই। মিৎ, নাকোং য়াম্না ফরি। মশু নুপাদো মাগী কাদা কৌশিল্লগা মশুগী মশাদু তাপ তাপ পায়দুনা য়েংই। চহি তরাগমঙাগী ইনখৎলকপা পাখংগী পাম্বোম ফৈগন, থবাক নঙ্গল চেকশিন্না শাগৎলবা চেৎলবা য়ুম্ফমগী অরিংবা য়ুম অমগুম, ফোং-ফোং শানা হোল্লিবা স্বর অদুনা কয়াদা শউম কনখ্রবা। মশুগী থবাক্তা মপুনা নাল্লি।

"পুপু কৈনো ? ঐ কৌরিবা করিগীনো ?"

"নমাইদো য়েংগে ইসু পাখং ফারব্রা য়েংগেনে।"

"তৌরে মাগী হৌনবী। য়েংও ঐ পাখং ফারে উরেদনা।"

"ননাদা পরেং শানা হুক্তোক্লীসি করিগীনো ? সনা য়ান্নিংলবসু অমা য়াল্লগা লোয়রে।"

"সি ফেসন হায়বদুনি। হুজিক মতমদদি নাদা মাইদা পিশুমদা য়াম্না হুৎলগা ফজনরে। পুপু পৈশা পিরো থেংলে চৎলগে সে পিরো।"

"পিগে পিগে ইশুগী করিমতা ৱাত্তে।"

"হয়েংদি মী য়াম্না লাক্কনি। মী মমাংদা ইশুনা ইহেল হেল্লি নঙগী ঐ থাগৎপা ৱা, ইসুদি ফজখরে কায়না তৌরক্কনু ইকায়।"

"হোয়নে হোয়নে" হায়রগা মশুদা মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই।" ডা. বাবুচন্দ্রনা মশুদা য়েংবদি চুম্না য়েংবা ওইরমদ্রে। মাগী ৱাখলদা তুংগী মৈরা ওইনা উরকই। মশানা মশাগী মনথরকপা, মতম অমগী ফজরম্বা তোংশাশিংনা নোংমা-নোংমগী মাংখিবা কুচু হোংখিবা মওং কায়থরকপা ঙাক্তা উরকই। হকচাং কয়াৎ খুদিং শোকচিল্লকপা খুউ খুঞেং নারকপা, চাবা য়ারক্তবা চারুরগা ফুল্লকপা, চাদ্রগনা নুঙাইরকপা খুংগুম্না ঙায়হাক্তং উরু উরু লৈরম্বা তেল্লবা পুন্সিগী খোংচৎ অসি মশু অসি য়েংলগা ময়েক শেংনা উরকই।

অয়ুক অঙনবদগী খিং খিং লাওনা ঙন্তা হৌগৎতুনা মশুগী পাংথোক্কদৌরিবা মিলেনিয়ম পার্টি অদুগী খনবা হৌরকই। মশুনা হরাও তয়াম্না মমান্নবা মমান্নবী ময়ামগা পুন্না চাক চামিন্নবগী নুঙায়বদা মহাক মশামকসু যাগে খল্লি। মশুনা মাগী কাদা চংলকপগী খোংথাং মখোল তানবগী মনা থাঙ্গৎতুনা লৈরি। ৱাকচিংগী ইংলবা অয়ুক অসিদা লোক খুনা খুনা কৌরি "সনামতুম তারিবরা সনামতুম"। মমিং অসিমক মানা খনবা য়াবা খল্লবা মতুংদা থোনখিবনি। ডা. বাবুচন্দ্রগী তশেংবা ডোক্তরেট ফংবা সবজেক্টতি বাইলোজিনি। রিতাইয়ার তৌরবা মতুংদা খংহৌদনা এষ্ট্রোনোমী খংনিংলকই। থবক্তগী পোথরবা মতুংসিদা অকনবা লেবর থাদদুনা শৌরজগৎ

অমদি প্লানেতশিংগী মরমদা থিজিন হুমজিনবা হৌরকই। থব্বানমিচাকশিংগী মরমদা থিজিন হুমজিনবা অসিনা মঙোন্দা অঙকপা মখলগী নুঙায়বা অমা ফাওহল্লকই। অতিয়াদা থোক্লিবা থব্বানমিচাক, মিঙ্কি-ৰে, গেলেকছি ময়াম অসি পাবদা অঙকপা মহাও অমা ফংবসিদা য়াম্না নুঙায়খি। অব্বাবা অকিবনা– খোংচৎ কায়রকপদা পৃথিবী অসি নোংমদি খংহৌদনা লোয়বা য়াবগী ওইথোকপসু লৈরি। লাইরিক কন্না পারিঙৈদা হঙাং হায়না অঙাংগী কপ্পাগী মখোন তারকখি। মশু নুপা অমা পোক্লে হায়বা খংবগা, হরাওবনা লাইরিক পাবা লেপখি। খোঙ্জেল অদু অসুক্কী মতিক নৌই অদুগা অদুক্কী মতিক নুংশিবা পোকই। নহানর্মখৈগা ইমান মান্নদবা অথোংপা থম্মোয় অমা ময়োল চোংখৎলকপগুম অঙাং অদুগী মনাক্তা ফমনিংলকই, য়েংনিংলকই। লাইরিক পাবগী ৱাখল পুমকাও কাওথোকখ্রে। থা-থব্বানমিচাক নুমিৎকী মরমদা ইবা লাইরিক অদু থুপচিনখ্রে। মচানুপা সুরচন্দ্রদা হায়।

"সোষ্টী পুজা চাওনা শোনসি, নখোয়গী হুজিক মতমদা চৎনবা চান-থক্লবা অদু বমোন কৌরগা হৌহল্লু। শাগৈ নাতৈ লৈকায়গী মী সুনা বার্ত্তোন চৎলু, অমতা চিথবা য়াদে।"

মাগী কাদা তুমিন্না ফল্লদুনা মরক মরক্তা মশু অপিকপদুনা কপলকপসু তারি। ফুরিৎ মচা, খোং মোজা, তুপি মচা য়েংলগা পুক্লিং নৌথোক্লকই। ধারা মথং মথং লাকপা অসিনা ঙসি ফাওবা পৃথিবী অসি হিংলিবনি। ধারা মুৎখিবা তারবদি পৃথিবী অসি লোয়বগা চপ মান্নে। মশু নুপা অপিকপদো অমুক্তং পমনিংবনা খ্রো খ্রো খোৎলি, ৱানা য়ুমশেংবা ঙায়খি।

নিংশিংদবদি নত্তে ডোক্তরেট ডিগ্রি ফংবা ইকুই কুইদনা মহাক মচানুপা সুরচন্দ্র পোকখি। ফিরাল মমাই চুমখৎলকপগী নাপল অমগা লোয়ননা হায়দোকখি।

"ঙসি ঐনা পোক্লিবা ইচা নুপা অসে পৃথিবীদা লৈরীবা তোপপরশিংগী মনুংদা অমদি ওইরগদবনি। অঙাং অসি অচম্বা অঙাং নৎতে, ঐহাক ইশামক্লি। অদুগা ধুম-ধাম কুম্মে ফীয়োংতৌবা, সোষ্টি পুজা চাওনা শোনবগী ৱাফমদুদি হায়রক্কনু। ঐদি অদুগুম্বা কান্নদবা চৎনবী অদো য়াওবা পামদে।"

নুমিৎতুদা মাগী নুপীনা মৈনিং কুম্না কুম্না কপখিবদুসু নিংশিংঙী। অদুগা মহাক মশামক্তি ক্রোস ৱার্ডতা পুক্লিং চংনা লৈখি। মাগী নুপীনা কপপদো তাবীখিদে। মশুগী মমিং থোনখিবা নুমিৎ অদুসু ঙসি নিংশিংলকই। লাইরিক পাবগী অনোক হাপলদুনা নোংমা অয়ুক্কী অমেংবা নুংশাদা মশুবু য়েংলম্মী। অকুপ অকুপ্পা অরংবা অমুবা শম মচাশিং অদো কয়াদা ফজখ্রবা, কয়াদা মোনখ্রবা। অঙাংগী মকোক অদুদা তপনা তপনা নাল্লদুনা। কয়াদা ফজখ্রবা নুংশিখ্রবা অপিক অপিকপা চিম্বন্দা, লুরবা অপিকপা মমীৎ অনিদুনা থৱানমিচাক্কী মতৌগুম তগুপ তরেং লেং লেং চৎলিবা, ময়া কৌবা নুংশিবগী লাং অমনা ডা. বাবুচন্দবু পুংকুপ কুপশিনখ্রী। অয়ুক্কী নুমীদাংগী মশু অসিদা নুমিৎ থা য়েংবগুম য়েংলকই। কয়াদসু ফজখ্রে মশুদো। কুচু কুমেন, শাবান মুর্ত্তি করিমৎতা ৱাৎতে। অঙাংদুগী মমিংদি মপুনা নুংশিনা সনা মতুম, মনিমতুম হায়না থোনখি।

মশুনুপানা মাগী কাদা চংলকপগী মখোল তাননবা হোৎনরি। মরক মরক্তা লোক খুর খুরদুনা 'সনা মতু ম', 'সনা মতুম' তৎতনা কৌই। মশুনা মাগী কাদা হেক চংলকপদা মখুৎ তিংথোক্তুনা Happy

birthday, Happy Melleneum party to you" হায়না ইশি শিনা নোকললগা হেন্দশেক তৌই।

নুপা মচা মমান্নবা কাংবু কাংবু ময়োম ময়োম পাইদুনা লাকই। নুপী মচাসু লাকই। করি করিনো পুশিল্লকই। লোইবা খন্বা নাইদে। চেবোন পরেং পরেং শেন্মী। তুরী পাইদুনা য়েকপসু য়াওই। তরাম্না ওকলীবা ২০০০ ময়াম চেদা য়েক্তুনা পরেং লেংলি। চেনা য়োম্বা লিক্লী মপৈ অমসু ময়াইদা থন্মী। মপুনা হংঙী করি পোৎনো ? মখোয়না খুন্মী পোৎ অমনি, কৈনোমনি, পুপুদা তাকথোকপা য়াপোৎ নৎত্তে। অমুকসু খুন্মী চান থক্লবা ঙাক্তনিদা। মপুদো খর হংলমলগা মমৈদদি হংখিদরে। অনৌবা মীরোল লাকপা অসিদা মহাক্লা খংদবা চৎনবী কয়া অমসু লৈরীমাল্লে হায়না মবুকনিংদা চিংনরকলে।

অচৌবা মী ফমফম কা অদো মখোয় ময়াম চংদুনা শেম শাবা লোইখরে। অঙাংবা, অশংবা, হিগোক মচুগী অপীকপা, অচৌবা বল্ব কয়ানা লৈতেংখ্রে। ষ্টেরিও তেপ প্লেয়র, অচৌ অচৌবা স্পিকর মাইকৈ মরিদা থমলি। বম্বুলা মপুল মপুল ফকলাংদা য়াম্বরি। ফজ-ফজরবা ফিল্ম ষ্টারগী পোষ্টর ফোটো কয়াগী পরেং থেৎচিল্লি। পুম্নমক্কী অরোইবদা "লব ২০০০" হাইনা চাওনা থাজিল্লি।

থংনবা কাদা লৈবা অহল ওইরবা ডা. বাবুচন্দ্রসু মশুগী নুংঙাইরবা নুমীৎ অসিদা শরুক য়ারী। মাগী ফমুংদা পৈরম্বা লাইরিক্কী মপৈ অদো মফম অমদা থাংদোকখ্রে। ঙরাং নুমিদাংবাইরম পারম্বা লাইরিক অদুগী অরোইবা চেপ্টর দা The Savage Sun হায়বা মতাঙ অদো চে অমনা খল্লগা থুপচিনখ্রে। তপ্না হৌগৎতুনা ফমুং ফানুং তনান তনানা শেমজিল্লে। অরুম্বা শামতুগী অচোনবা কোটনা কুরতা পাইজমা মথক্তা লিংশিল্লে। অয়ুক চুপপা ঙাইরে, নুংথিল অমসু ঙাইরে ৰারকতুনা ঙাইহাক তুমথরুরমাল্লে। সন্ধ্যা য়াচংবদা মীকপ

থোকললকই। মীকপ থোকলকপা মতমদদি ইমুং অদো মীনা চিকন চাইনবা য়াদবমখৈ তিল্লম্মে। নুপী মচা, নুপা মচা মখোয় ময়াম পুল্লপ, পুল্লপ নোক খেদুনা লাংবগী মখোল তারকই। অয়ুক্তা পুশিল্লকখিবা অচৌ অচৌবা চেগী উপুশিং অদুগী মনুংদগী বিয়ারগী বোটল মশিং খংদনা পুথোক্তুনা থকলম্মী। নুমীদাং অদো অসুম অসুম থেংজিল্লম্মী। ময়াই কারবা ময়াই কারবী নুপীমচা, নুপা মচাশিংনা ব্রেষ্টতর্ন জগোয় শারম্মী। ঙৈহাক্কী মতুংদা খরনা কপলকই, খরনা নোকলকই। ঙাম্না থাল্লীবা ইলেক্ট্রিককী মঙালদা মখোয় লোইনা ময়াই কারে হাইবা খংলে। চান্নবা থমল্লিবা পুখমশিংঅদো নিংথিনা চাদ্রে। পুমচাই চাইদুনা তাদুনা লৈরে। অহিং অদো অসুম অসুম থেংজিল্লকই। তুম্বা ঙমলেক্ত্রদুনা ডা. বাবুচন্দনা মাগী নুংশিজরবা মশুনুপা সনা মতুমবু থিগে খল্লম্মী। হান্ননা থমলবা বম্বুলাশিং অদো বোম পোকখাইবগুম হৌনা পোকখাইবা হৌরকলম্মী। নুপী মচাশিং অদো মাইকৈ শলাই খংদনা চেন্নরম্মী। নুপামচা ওইবশিংনা মখোয়বু অকিববু কোক্লনবা চেৎনা কোশিল্লগা লৈমাইদা তুশিনমীন্নরম্মী। ঙাল্লম্বা ইলেক্ট্রিককী মঙালসু খংমুৎ মুৎখিরম্মী। মতৌ অদো উবদা ডা. বাবুচন্দ্র অমম্বগী মথক্তা হেন্না মমশ্রে।

তুম্বা য়াদ্রবদা অথেংবা অহিংদা পর্দা হায়দোক্তুনা থোংনাওরোমদা য়েংথোক্লকই। অতিয়াদা কোমেত থোক্লিবদু উবদা মিপায়রমই। ২০০০ গী অহৌবা, চহি হৌবা নুমিৎ অসিদা সঙাইসেন পায়বা উবদা ডা. বাবুচন্দ্র হেন্না নুংশা থিরম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা ডা. বাবুচন্দ্র তুম্বা য়াদদুনা ঙস্তা হৌগৎলম্মী। অচৌবা মী ফমফম কা অদুদগী নমথিবা মনম ফাওরকই। ব্রাখল মখল মখল খল্লি। মশুনুপা চংলকপা উবদা মপুনা খাম্মী।

"ঙাইখো, ইপু নঙোন্দা ৱা হংগে।"

"করি হাইবগে পুপু ?"

" নহাক ঙরাং য়ু থকপ্রা।"

"থকই, ঐদা নৎতে ঐখোয় পুন্নমক থকই।"

" নখোয়গী বার্দ-দে খুদিংদা অদুম্না তৌনব্রা ? মায়াই কাবা পোৎ চাবা থকপসে নখোয়গী স্কুলগী ওজানা শিজিন্নগনু হকচাং ফৎহন্দে হায়বা অমুক্তা তাকরক্তবরা ?"

"তাকপদি তাকই পুপু। ওজাশিংসু চপ মান্নে, মখোয়সু থকই, পাতি  তোইন তোইনা তৌই। মীগী লমদদি য়াম্না হেন্ন তৌব্রপোৎনি। পার্টি লোয়রবা মতুং নুমীৎ নিনি হুমনি। ঙাওবা য়াওই। চৎনবীসি য়াওদবা য়াদবনি। মথং পার্টি অমা অমুক ইমান্নবীগী ময়ুমদা তৌগনি।"

"মদুদা নহামসু য়াওগদ্রা।"

"য়াওগনি য়াম্না নুংঙাইগনি।"

ডা. বাবুচন্দ্র তপ্না হিপথরকই। হিপ্না-হিপ্না থোংনাওদা কোমেত থোকখিবা মপা অদু য়েংলমই। খল্লকই- গ্লেসিদা লৈবা প্লালনেট মচাশিংনা নুমিৎকী চক্রদা তপ্না-তপ্না লৈশিনখিদুনা তুম্না মাংখিবগুম হোংলক্লিবা মীওইবগী চৎনবীদা খংন-খংনা চংশিনখিদুনা মিলিনিয়ন অসি য়ৌশিল্লকপদি নুংশি চান্নমা শান্তি ওইনা হিংলম্বা পুন্নমক মাংথ্রগদ্রা খনবদা কপ্পা হৈত্রবা, থম্মোই কনখ্রবা ডা. বাবুচন্দ্র ঙসিদি মখোল থোক্তনা কপ্লকই। মিলিনিয়ন ! হে ২০০০ !! নংনা করম্বা মাইকৈদা পুবিগদৌরিবা মীওইববু।

— — —

# থোইবী

টেলিফোন্ লাকপা মতমদুদা সেমসনদি মহাক্কী ষ্টাবশিংগা লঞ্চ চামীন্নরি। মখুৎ ওইনা ফুরিৎখাওদগী মোবাইল লৌথোক্তুনা

– হেলো !

– লঞ্চ চারিবা মাল্লি।

– চারি ! নংনা হায়ববু চুমদবা করি লৈবগে ? নংসু চারবা নত্রা ?

– উম ! ......

– হেলো ... করি হায়নিংবা লৈবগে ?

– কৈসু অরুবা নত্তেদা .... য়ুমদগী চিঠি অমসু লাক্লে।

– অদুগীরো ?

– ঐখোয় অনিগী মত হৌজিক পিরকউ হায়রি।

সেমসন পাক খুম্বা ঙমদে। থোইবীনা হন্না হন্না করি পাওখুম পিখিদোইনো হর্গল। চরাংনরবা থোইবীগী থমোইবু ফাথবা ওইনা

– হোরেন নুমীৎদাং ইংনা-তপ্পা খন্নরসি !

– নুমীৎদাংদি অনিতাগী বার্থ-দে সেলেব্রেসন য়াওগদবা লৈবদুদি !

– চুম্মীনে ! হৌজিক্তসু ফোল তৌরক্লম্বনি ! থোইবী, ঐ মাগী সেলেব্রেসনদু য়াওররোই। কম্পেনিগী মিতিং অমা লৈরে। নংদি খর য়াওরুচো, নুংঙাইখিরোই মানা .... য়ারেকো

— উম !

— বাই ...

টেলিফোন থমখি। থোইবী মমাদা পাওখুম পিবা ঙমখিদবা অদুগীদমক্তদি খরদি নুংঙাইতে অদুবু থোইনা হেন্না লুনা খনজিল্লুবদি লৈতে।

অনিতাগী বার্থ-দে সেলেব্রেসনদগী হল্লকপা তপ্পা-ইংনা ৱারি শারগা মমাদা খংহল্লগা লেপলে।

* * *

খর ঙন্না হনগে খনবনি অদুবু মরুপ-মপাং ময়ামগা ৱারি শান্নরিঙৈ, ডিনর চাবা লোইবদদি নুমীৎদাংগী পুং ১১.৩০ তাথোকপ্রে। হাথু-হাথু থোক্লক্তুনা ওটো রিক্সো অমা খাম্মী -

— জি.কে. ২ বি. থ্রি মে চৎলো !

মকোই-মরাং চোম্বা, মশা নোইবা, ওটো ড্রাইভর সরদারজিদুনা মাগী খুদাং ঘরিদু হায়ফেৎ য়েংখিবা উই। নুমীদাং থৌবা পঞ্জাবী ড্রাইভরশিংনা নুপী-অঙাংশিংবু লম্বী লান্না পুদুনা মখোয়গী খুদোং-চাবা লৌবগী চৎনবীদু খংদুনা অশম্বা লম্বীদা চৎনবা ওটো ড্রাইভরদা হায়-

— ভয়া ! লেপ ট্রন লে-লো ঔর রাইত মে চৎলো।

ড্রাইভরনা ইঙক-ঙক্না থোইবীনা তাকপা লম্বীদা চৎলি। ঙহাক তুমীন্না চৎলবা মতুংদা ওটো ড্রাইভরদুনা ৱারি শাবা হৌরকই-

— য়হাঁ, পরতি হো ক্যা ?

থোইবী খুমদে। ওটো ড্রাইভর, রিক্সো ড্রাইভরশিংগা ৱারি শানবা অফবা থবক নত্তে হায়বসিমসু থোইবী মুন্না খংই। অমরোমদনা

ড্রাইভরশিংনা পেসেঞ্জরশিংগা ৱারি শানবদা নুংঙাইবা পোকপদা নত্তনা মীদুগী মওং-মতৌ অদুসু খংদোকপা ঙম্মী।

— আব ! য়হাঁ পে পর্তি হেঁ !

— চুপ ! অপনা গাড়ী থিকসে চলাও !

থোইবীনা খংলাও লাওরকপদুদা ড্রাইভরদু খংপ্রেক খংই। পিক্লীবা খুপিক্তুগা অদুম্না লাওবক্কনি থাজকদে। অহানবা য়েংবদা অপিকপা নুপীমচা মাল্লুই। থোইবী পিক্তক তৌববসু য়াম্না চেকশিনবা শাবাননি। কুচুসু ঙাংলৈননা ঙৌই। অমুবা মচুগী তাইড-মেডি, অমুবা মচুগী ঙকশম কোৎথোকপা অমা লিৎপদুদদি অমুক্কা হেন্না অঙাং মানখ্রে। মশাদি ডিল্লি ইয়ুনিভরসিতিদা এম: এ: গী অরোইবা পরিক্ষা পীগ্রবীনি। ৱাখল মপুং মরৈ চপ-চানা ফারবী নুপী মচানি। মাগী থুংফম জি. কে. ২ বি. থ্রি. য়ৌদুনা ঔটোনা মমাংমক্তদা খাম্মী। থোইবী পৈশা পিরম্লগা পরপ-পরপ চংলকই। কোলিং বেল খিংগে হেক তৌবগা ঙাইদুনা লৈরম্লবা সেমসননা থোং হাংদোক্লকই।

— সোরি সেমসন, ঙসিদি খর থেংদোকখ্রে !

— ৱেল কম ঐসু নংবু লৌবা লাকসিরা খল্লম্লীবনি।

থোইবীনা কা মনুংদা চংন-চংনা।

— চাক চারবরা ?

— ঙসিদি চাক চাররোই ! সুব অমতং থক্কে হায়দুনা নংবু ঙাইরম্লীবনি। লেংবান্দা য়াল্লীবা বেগতু সোফাদা থনম্লগা কিচন্দা চংদুনা হান্ননা শেমদুনা লৈরম্লবা চিকন্ সুবতু লিক্লিগী ফজরবা গ্লাস অমদা থন্না হৈদুনা সেমসনদা পী। সেমসননা থকপদু থোইবীনা য়েংজরি।

মমানা চিঠিদা হংলকপা বাহংদু হৌদোকনবা তাঙ্গা ঙাইরিঙেদা শেম শাদুনা বাখলদা থমখিবা ফজরবা বাহৈশিংদু কাওখিদুনা মচিন্দা থোকপা খর হংলুরি।

— ঐখোয়গী অহলশিংসে য়াম্না খুনুংগী লোনচং চংপা মীমক্তি নত্তে। অদুবু মখোয়গী মীৎয়েংদা ঐখোয় অনি লুহোংথোকপদি পাম্মী।

সেমসন সুব থকপা লোইদুনা সাইদ টেবলদা লৈবা খবর পাইদুনা ফমুংদা মোন খাংগৎতুনা পাই। থোইবীনা হায়রিবদু ইতা তাদবদি নত্তে। করি খুমসিগে খনবনি। সেমসননা পাওখুম পিরক্তবদুদা থোইবী মখা তারকই -

— নুংশিনবা, পাম্নবা মশেন অমগা অমগা পুম্না লৈমিন্নদুনা থমোই মশক খংদোক্লবসে ঐসু য়াই। অদুবু ঐখোয়গী অহল-লমনশিংনদি মসি পামদে।

বা ঙাংন-ঙাংনা থোইবী ইমুংগী থবক-থনা লোইশিল্লি। মমা-মপাগী অপাম্বা মওংদা মনেশিং লুহোংখিবগী মওং-মতৌ অদু থবক তৌন-তৌনা সেমসন্দা লি। অউনপোৎ ওইনা উনখিবা লৌয়াম, সনা-লুপা, শেল ওইনা পীখিবা ময়ামদু অমতা চিংথদনা তম্মী। সেমসন খবর পানা পানা মরক-মরক্তা খুল্লকপসু য়াওই, পাওখুম সুকপি পিদনা য়েংদুনা লৈবসু য়াওই। থোইবীনা ঙাংন-ঙাংনা লোইশিল্লীবা থবকশিংদু উবদা নুংইএমানে -

— নংগী থবক্তু য়াম্মনগ্রে। হয়েং শুনবা খরসু থম্মু। মৈতৈ নুপী অয়াম্বা থবক শুরিবনি হায়দুনা শুবদা হকচাংগী শকওং-শাদা হেক-হেক কাইহল্লী। মসে ঐদি ওহ্থোক্লা পামখিদ্রে।

— খংদে হৈনবী ওইখ্রে। মীনা তৌবা থবকসি পুক্লিংসিনা ইপেন-পেনজদে।

থোইবী বার্ড-কম চংদুনা শেংনা ইকুজথোক্লগা অঙৌবা নাইটি অমা শেৎলগা থোক্লকই। সেমসন খবর পাখিদ্রে। থোইবীগী ফজবা শক্তমদু য়েংদুনা লৈরে। নুমীৎসিনা খ্বাইদগী ফজবগুম খল্লী। অমেরিকান কম্পেনি অমগী জেনেরেল মেনেজবগী পোষ্ট অমগীদমক ইন্টরভিয়ু য়াওরুবদা মকোক তাবকপগী পাওদু সবপ্রাজ ওইনা তমগে খল্লমদু পুংকাও কাওথোক্কুনা থোইবীগী মওং-মতৌদু য়েংদুনা লৈরে। সেমসন্দা, থোইবীসে তশেংনা ঈশ্বরনা পিরকপা কৈন্যা অমনি। মহাক্কী পামজবা পুম্নমক থোইবীদগী ফংই। থোইবীনা ঙাংথোক্লকপা ৱাঙাং, পিরকপা সজেসন, সেমসন্দা অপেনবগী অপেনবা ঙহাক্লী। অদুবু লুহোংবগী ৱাফম অসিমদি থোইবীবু পেনহনবা ঙমদ্রি। থোইবীগী মমা-মপাগী ৱাফমদু সেমসন খন্দবদি নত্তে। থোইবীবু পেন্নবা পাওখুম অমতং পিগে খল্লকপদা চিনবান য়ৌবা ঙমদনা পন্দুনা হেক্তা লৈখি। মমা-মপা ঙন্না কাইনখিবনা মিসন স্কুল অমদা চাওরকই। সেমসন হায়বা মিং অসিমক মিসন স্কুল অসিদগী থোল্লকপনি। চৎনবী অমতনা মাবু পুনবীরক্তে, পুনবসু মানা পামদ্রে। থোইবীনা তত্তনা হংলিবা লুহোংবা হায়বা ৱাহংসিগী পাওখুমদা মনা খল্লীবনা নুপা-নুপীগী মরক্তা অপামবা, নুংশিবগী মরিনা পুল্লীবা অসিবু লাইদা নত্রগা মীয়াম্না শাখি ওইহল্লগা কান্নবা করিবু লৈরিবগে ? লুহোংলবা নুপা-নুপী কয়াসু উন্নবা ফাওবা য়াদমখে কাইনরি। সেমসনগী তুমীন লৈববু থুগাইরদুনা থোইবীনা মখা তারকই -

— 'লুহোংলগা অঙাং পোক্কুনা য়ুম অমা লিংবা পামদ্রবরা ? ইমানসু টেলিফোন্দা নংগা ৱারি শানবা পাম্মী হায়বনি।'

কাদু পুমচিক চিকখ্রে । থোইবী মমাই লৈথোক্তুনা ফমুংদা হিপত্তুনা পাওখুম অমা পিরকপা ঙাইরি । সেমসননা খবরদা মমীৎ থমদুনা ৱাখল খল্লগা লৈখিবদুদা উপাই লৈত্রদুনা থোইবী মথন্তা শোঁঙ্গে ।

— ইমানা ঐগীদমক মমীৎতা মপি তাবৰ্মখে কপ্লী। নুপী ওইবীগী অৱাবসে নংনা করিমতা খংবা ঙমদবসে ঐ তশেংনা ঙকই।

সেমসন পাওখুম পিবগী মতুত্তা থোইবীবু চেৎনা কোনশিনবীদুনা চুপ্লগা

— থোইবী নহাক ঐবু লান্না খনগসু, আই লব য়ু !

অহিংদু থোইবী তুম্বা সুকয়া য়াখিদে। চৎনবীগী শক্লোন কয়ানা পুন্সিবু ওৎলিবদুগী অৱাবা ফাওই। নোংঙাল্লমদাইদা ঙহাক তুমথরুই। সেমসননা 'গুড মোর্নিং' হায়দুনা হৌদোক্লককই । থোইবীনা মমীৎ পাংথোক্লককপদা মখুত্তা চাগী কপ অমা পাইদুনা নোকফেৎ তৌবা মাইথোংদু উরকই। ঙরাংগী ৱাফম পুমকাও কাওখি। ঙসি নোংমগী অহৌবা, ইংলবা অয়ুকসিদা নুংশিবা মাগী নোকফেৎ তৌবা মাইথোংদু উজবা ফংজবদা ফাওরিবা অসিবু নত্তরা, পুন্সিগী অশেংবা মশক, মহাও হায়বদু । অদুননি মীওইবগী পুন্সিনা হিংমিন্নবগী দরকাব লৈরম্বসি। থোইবীনা খল্লী, অসুক নুংশিবা, হিরম খুদিংমক্তা চান্নজবা, অতোপ্পা নুপা অমা পুন্সিদা থেংনগদবা মান্দে । পুন্সিদা কনাগুম্বা অমগা হিংমিন্নবা তারবদি মহাক অদু সেমসননি। মাগী মীনোক-য়াতা, থবাক্কী শমব্রু, শাবান মুর্ত্তি, নুপা ওইবগী থৌনা অমদি চানবীহৈবা থোইবীবু ঙাওহল্লী। থোইবীদা ঙাওজবা নুপা কয়ানি অদুবু মখোয়শিংদো থোইবীদদি উহাম্ লোইনা ওলখ্রে। টেলিফোন্দা তাবা নুংশিরবা খোঞ্জেলদা অমনা অমবু শুমহৎনখি । শক্কা শক্কা উন্নবা

মতমদা ঙাওনখি। অদুদগী হকচাং অনি তিন্নখি। চা থক্ল-থক্লা সেমসননা হায়রকই।

– ঙসিদি ঐহাক, ইজ্জৎ, সন-মান, পৈশা পুম্নমক ফংলে। মীওইবগী থমোইগী য়াম্না নকশিন্নবা নুংশি-মরিসু নঙোন্দগী ফংলে। ঐগীদি নং নত্তনা কনাসু লৈতে। অদুবু লুহোংবগী ৱাফমসিমদি ঐহাক খনখিগে। চৎনবী হায়বসি ঐগীদি য়েকনবনি। চৎনবীননি ঐহাকপু ৱাহনখিবা।

ঙাংন-ঙাংনা মহাক ফি শেৎতুনা চৎনবা শেম শাই। থোইবীনা বার্ড-রুমদগী থোক্লকপা মতমদদি সেমসন ব্রেক-ফাস্ত শেম্বা লোইরম্লে। চামীন্নবা লোইরবা মতুংদা অমুক্তং নুংশিনা কোনবীরম্লগা ওফিসকীদমক চৎখ্রে। তিন-তিন্ননা, লৈমীন্ননা থোইবী সেমসনগী ৱাখলদু চপ-চানা খংবা ঙমদবগুম ফাওরক্লে। পুন্সিগী পাক্লবা ইপাক্তা ইরাকনগদবগুম ফাওরক্লে। নুংঙাইরবা পুন্সিতগা শাগোনন্দুনা লাকপনা অৱাববু নোংমতা নিংশিলুদে। ঙসিদি মমী-শামীরবা অৱাবগী ইথক কয়া মঙোললোমদা হুম্লকপগুম ফাওরকই। ৱাখলদা ইরাকনরগদবা থোইবীবু টেলিফোনগী রিংনা থুগাইবিরি।

– হেলো !

– থোইবীরা ?

– উম !

– ঐনা হায়খিবা ৱাফমদু করি হায়নরে।

– ৱাফমদুদা ইমানা করিমতা চিংনবীরুরনু।

– মদু য়াদে চৎনবী হায়বা অমা লৈরিনে। চৎনবীবু নখোয় অনিনা থুগাইবা খক ঙম্লোই। নুপা-নুপী লৈমীন্নবা হায়বসি



লুহোংলবা মতুংদা লৈমীন্নগদবনি। মদুগীদমক্তা লৈবাক মীয়াম মমাংদা নখোয় অনি লুহোংলে হায়দুনা তৎন-থানবা য়াদ্রবা চৎনবীগী লিপুন অমনা পুনগদৌরিবনি । মদু নৎত্রিমখৈদি লৈমীন্নবা য়াদে। মদুদা মাংজরিবসি নুপী ওইবী ঐখোয়তনি।

– নুপী ওইবী ঐখোয়তনা করিগী মাংজগৌদরিবনো ? নুপা মখোয়না মাংদ্রবদি নুপী ঐখোয়সু মাংলোই । ঐ থোইবীনি মৈতৈ নুপী ।

– সিতি অচৌবগী নুংশিৎ অদুদা নহাক ঙাওরে । নহাক্না নুংঙাইবগুম ফাওরিমদু অরানবনি । পিক্লবা লমদম অসিগী শেংলবা নুংশিৎতা পোকখিবনি নহাক ! য়ানশিল্লবা নুংশিৎ অদুদা নোংমদি শ্বর হোনবা ফাওবা ব্বারকখিনি ।

হায়রল্লগা মমানা টেলিফোল থমখি। থোইবী, ব্বাখল অনিগী মরক্তা ঙহাক চমন্নগে তৌই । চৎনবীগী মিৎয়েংদা মমাগী ব্বাখলদু অচুম্বা য়াওই অমরোমদনা সেমসনকী ব্বাখলসু খংদোকপগী দরকার লৈরি । খনখৈ-খল্লুরগা ঙসিগী নুমীৎদাং অসিদি চৎনবী অমতনা পুন্দবা, মখোয় অনিগীতগী ওইবা লুহোংবা হায়বদুমদি পাংথোক্লগে খল্লে । ব্বাখলদুনা লমজিংদুনা সেমসন লাকপা হরাওনা ঙাইরি । নুমীৎতুমদি সেমসন অমেরিকাগী কম্পনি অমগী জেনেরেল মেনেজরগী পোষ্ট অমা খল্লকপগী য়াম্না থুনা জোইন তৌবা চৎনবা টিকেৎনচিংবা কক্লগা হরাওনা হল্লক্লম্মী ।

– সেম, নহাক করম্বা মতমদা হল্লক্কনী ।

– মদুদি হায়বা ঙমদে অদু ওইরবসু নহাক করিসু ব্বাগনু ।

– ঐ ব্বাদে অদুবু অমদি খল্লি মদুদি ঙসিদি হায়ররোই ।

– ঐবু চীংনরিব্রা, থাজদবরা ?

— ঐ নহাকপুসু থাজে অদুগা ঐশাবুসু ইশানা থাজে।

— মদুদগী হেনবা করিবু লৈরিবগে ?

— সেমসন্না থোইবীবু চেৎনা কোনবীরমই অদুগা মকোক্তা তপ্পা নানবিরম্লগা চৎখিরমই।

কা মনুংদা সেমসন্না শিজিন্নরম্বগী লৈবা নাইট-গাওন, কোই-কোক্লবা লেজর ফীরোলনচিংবদু কপবোর্ড মনুংদা হাপচিল্লগা চেকশিন্না থমজীল্লি। নোংমদি শোইদনা লাকখিগনি হায়বগী থাজবদা চহি অমদগী অনি হৌখিবা খংহৌদে থোইবী মহাক্কী নুংশিজরবা সেমসন শোইদনা হল্লকখিবগনি হায়বগী থাজবা মাংদ্রি। মমান্নবীশিংনা সেমসন্না মহাকপু কাওবিখ্রবদি করি তৌগনি হংবদা থোইবীনা নোক্লুনা খুম্মী –

— ঐ থোইবীনি মৈতৈ নুপী থোইবী।

— — —



# BIO-DATA



**Name : BEENAPANI THOKCHOM**
**Address : Yaiskul Chingakham Leirak**
**Imphal - 795 001, Manipur (India)**
**Date of Birth : 20th June, 1949**
**F/Name : Late Dr. Gorbardhon Singh**
**Qualification : a) B.A., Guwahati University, Assam**
**b) Diploma in Journalism**
**c) Film Appreciation Course, FTTI, Pune - 1985**

**Experience :**

(a) Served 25 years as a Asst Editor,
Mass Media Cell, Family Welfare Department
(b) Produced, Manipuri Feature Film "CHINGLENSANA" – 1997.
(c) Produced, Anal, Documentary Film "TOTANGKAM".
(d) Produced, Manipuri Serials "LEIMAN CHALLABI"
DDK, Guwahati – 1994.
(e) Produced, Telefilm "MANGKHRABA MANG"
DDK, Guwahati – 1991.
(f) Produced, Documentary Film "NGASIGI ANGANG HAYENGI SAMAJ" DDK, Imphal (Commission Programme)
(g) CULTURAL PROFILE IN MANIPUR, DDK, Guwahati
(h) MARTIAL ARTS OF MANIPUR, DDK, Guwahati
(i) CLASSICAL DANCES OF MANIPUR, DDK, Guwahati
(j) FREEDOM FIGHTER OF MANIPUR, DDK, Imphal

**As a Writer :**

(a) "ASANGBA SARI" (Short Story)
Awarded 1st prize in State Level Children Book Competition,
Orgd. by Education Deptt. Govt. of Manipur
(b) "AHANBA DOCTOR AMASUNG MANIPUR"
Awarded 1st prize in State Level Children Book Competition
Orgd. by Education Deptt Govt. of Manipur
(c) "LEIMAN CHALLABI" (Radio Play)
Awarded 2nd best National Award – 1987.
(d) "UTANGBI" (Novel) Published – 1991.
(e) "RADIO NATAK AHUM" (Radio Plays) Published – 2001
(f) "MARU HUNBA" (Short Stories) Published – 2001.